সোয়াম প্রতাপ সিংহ, সগোলবন্দ মোইরাং হনুবা, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১
না মহাক্কী পাবুং 'সোয়াম গোপাল' গী মিংদা পাবীরিবশিংগীদমক
অহানবা ওইনা পুথোকপা, ২০০৬।



রারীমচাশিং অসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিং অমদি মমিংশিং অসি অইবগী কল্পনানা শাগৎচবা ওক্তেনি। করিগুম্বদা মান্নরম্বা য়াওরবসু থোক্লিবা, উরিবা অমদি লৈফম পুল্লুবগীনি। হিংলিবা অমদি লৈখিদ্রুবা কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনদে।



মমল: লুপা ৮৫/-

নম্ফম:
**Wizard Offset Printing**
*Sagolband Thangapat Mapal, Imphal.*

# হায়জনীংবা খরদং

শৈরেংবু পামজবা মীশক অমা ওইনা মতম অয়াম্বদা শৈরেংদা ঙাওজে। অদুবু অপাইবা নুংশিৎকুম কদোমদগী হৌরকখিবনো খঙহৌদে। হৈবোই-হৈতবোই রারী মচা খরা ইথোক্লুরে । সহিত্যগী তোঙানবা চেফোঙশিংদা হাপচদুনা ময়ামদা শক্তাকচবগী অঙ্গাসু লৌজহৌদ্রে । নাক-পু অদবা ওইনা থেক্লেগদ্রা খনবদা রাদবসু ঙমদে। ফজবা, নীংথিববু উরগা মতৌ হেক্তা তমনিংবা, ওইনিংবসি নহাগী লীচৎ ওইরমাদ্রে । মচোই-মচোই তারিবা , তেক-কায়রবা , অপীকপা পুন্সিশিংগী শক্তম খরা য়েন্নবা লান্নকই অমমমতা ওইনা খুনগত্তুনা । অমুকসু মীনা উরগা মরিং-মরাংবা ওইনা থোক্লগদ্রা খল্লি । পুন্নমক ওইদুনসু লাইরিক অসি ফোঙদোক্লিবমখৈদি রাখলসিদা লৈঅফম খঙদবা অমদি মতম চুপ্পদা লৈগদৌরি । অশেংবা অরাবা হায়রবদি মসিনি । ঐবু নুংশিবীবা মরুপ-মপাংশিং ইথক থোংবা ওঝাশিংনা পুক্লীং থৌগৎপীদুনা লাইরিক অসি মীয়ামদা খুৎশিন্নবা ঙমহনবীবা অসিমক্লসি লাংতক্লবা অসিমদি কোকহনবীরে।

রারী মচাশিং অসিবু থরায় য়াওনা পাবীদুনা বনানগী অশোয়বা কয়া চুমথোকপীরকপগীদমক তামো ডা. অথোকপম খোলচন্দ্রবু থম্মোয় শেংনা থাগৎচবা ফোঙদোকচরি । লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরিবা ঐগী ইনাও শ্রী সোয়াম প্রতাপ সিংহগী মফমদসু শিংবা ঙব্রবোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জবগা লোয়ননা তৌবীমল খঙবা উৎচরি । অরোইবদা লাইরিক অসি নম্নবা হোৎনবদা মরু-ওইবা থৌদাং লৌবীরিবা রিজার্ডওফসেট প্রিন্টিং প্রেসকি প্রোপ্রাইতর তামো কমান্দেল, ইনাও প্রেমকুমার অমদি অতৈ ইচিন-ইনাওশিংবু পুকচেল শেংনা থাগৎচরি ।

অইবা

লাইরিক মখুম য়েকপীরকপগীদমক বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, সহিত্য একাদেমি এরাদিংবু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি ।

নচাশিংগীদমক,
পুন্সি শিহ্বানা কনখিবনা
নোংজু নুংশা মরক্তা
অরাবনা কোকথোম্নরিবী
নখোয়গীদমক ।

- অইবা -

# য়াওরিবশিং

# অপীকপা নুংশাশ্বর

খুঙ্গ্রবা হোতেলগী কাখূ মচা অমদনি। মচা অহুমদুনে, মতৈ-মনাওনে, মী নপকনপ্রবা হূই অমসু। ওঙ্ছোক্লা হৈনা লৈপ্লে। মচাশিংদুনা মরোল'মা লম হেনখ্রিবা মহানি। লম অসিদা পোক্লবগী ওইরমাল্লে। মঙাওথীবনা। মীকী-লাইকিদবনা। হূইদুসু মখোয়না হেক তৌরিমখে য়াওই। মণিপুরদা পোকপা মহাক্লা বিহারদগী লাকপা মখোয়বু নীংজবসিদি।

মণিপুরী মচেৎ অমফাও খঙদনা লাকখিবনি। হৌজিক্তি শীৎ নাগ্না ঙাঙবা হৈগ্রে। মখোয় অনীদগীদি মচাশিংদুনা অমুক্কা হেল্লি ঈশিং পীত্তবমখে ঙাঙবা হৈবা। ঐখোয় শ্বাইদা তৌনরিবা ঈঙ্গিৎ-ঈরাং, মচেক-ময়া য়ৌনা খঙগ্রে।

অচাপোৎ চামিন্নবদা অমনা শরুক হেন্না থুংগ্রে হায়দুনা পুদুপ-পুদুপ ফূনরকই। মচীন থীনরকই। অকামপেৎ থাদুনা চৈনরকই। অদুসু মৈতৈলোন্দা। মখোয়গী মরোলদা মমানা চৈরকই। মদুসু অথীবা ব্বাহে য়াওরে হায়বা খোঙ্ছোক অদুনা খঙঙি। মদুফাওবা তোক্তে মচাশিংদু। ব্বাহেশিংদু মৈতৈলোন্দা চৈরবদি ইকাইবা মাল্লি। চেকশিন-ব্বা নত্তনা মখোয় অমত্তা মশাগী লোন্দা ব্বারী শানদে। মৈতৈলোন্দা ঙাঙনরিবা অকাম্বা ব্বাহেশিং লোয়না খঙই।

"মণিরাম হোতেল" রং ইকোক-কোকথবা কোঙৌগী সাইন বোর্ড অমা থেংলিবসি অচৎ-অওক পূম্নমক্লা খঙদবা লৈতে। সহর অসিদা ফজরবা হোতেল কয়া লৈ। অথন্নবা মীওইশিং নত্তনা কনাসু থোইনা চঙনরুদে। ইমোৎ-মোৎপা, কুচু মুবা, মতু চোম্বা মণিরামগী হোতেল মচাসিদা অয়ুক-নুমিদাং মী চঙবা লেপ্তে। ব্বাকিং চৎপশিংগী ফমফম্লি, ব্বারী শাফম্লি, পোত্থাফম্লি। নিংঙাই থেম্বা ঙমদ্রবা অঙাংশিং মণিরামগী হলুবা লৈবীগে হায়দুনা থেম্নফম্লি।

ইম্ফালদা থুংলখিবা নুমিত্তু মফি-মরোল খরা নত্তনা মখোয় করিসু অহেনবা লোয়নরকখিদে। মী চিনপ্রবা বাজার মনুংগী শরক মপানসিদা হোতেল মচাশি ভারাদা ফন্নকঙৈদগী শ্বর ফাওবদি হোন্দোকচরে। মখোয়নীদগী হেন্দোক্লুনা

মচা অহুম মথং-মথং পোক্লরিবনি। মখোয় অনীনা খল্লি "ঐখোয় মফম অসিদা শিরবসু য়ারে।"

মণিরামগী লুনা তিন্নজবা মরুপশিংগী মনুংদা অমতং হায়রগদি মহাক্না তোয়না য়ু থকমিন্নবা কুল্লবী অমনি। নুমিদাংবাই খুদিংগী মফি নাল্লপ মণিরামগী হোতেলদা ফম্লগনি। অথাপ্পা খুঙ্গং অমদগীনি। মশাবু শক তাকচবদা ইম্ফাল মচানি হায়জে। মথক্তা ঙাঙলগা নুংঙাইজে। মহাক্কী ৱারীদা মীচমদগী হৌরগা অচৌ-অশাঙগী ৱা পূম্বা য়াওই। 'লৱায় মচা' ৱাহৈ অসি মহাক্কী খ্বাইদগী অশাউবীনি। মহাক্না হায়, "ইম্ফালদা পোকপা মীসু লৱায় মচা য়াম্না লৈ।" মহাক্কুম্বা মীশক অমা মরুপ ওইনা ফংজবদা মণিরাম্না খল্লি, "মণিপুরদা ঐগীসু মী লৈ।"

নুমিদাং অদুমদি য়ু ফজনা ঙাওরে মখোয় অনীমক। মরোল-মরৈ লোইনা ইফাই-ফাইরে। কুল্লবীনা হায় –

"মণিরাম ভায়, নহাক মণিপুরদা পোকপা নৎত্রবসু মণিপুর মচা অশেংবনি। নঙোন্দা ঐখোয়গা মান্নবা য়াম্না লৈ। ৱাখলদা, শাজত্তা, চীঞ্জাক্তা পূম্নমক্তা মান্নে।"

মণিরাম মঙক নোপ্লি। কুল্লবীনা হায়রিবদু য়ানীংঙি হায়বগী মওংনি। মরক্তি খক থৎলুদে।

"ভায় নঙ শাউগনু, ৱা অমদি হায়গে।"

"ঐ করিমক্তা শাউদে ভায়।"

মখা তারকই "মপাল্লমগী মরোল লোনবা কয়া মশীং খঙদনা চঙলক্কুনা লৈররিবসে উরেদনা।"

"উম ! ঐসু অমনি ভায়।" মখাদি তাদে মণিরাম ।

"আলু, তীল্লৌ চেঙ বোরা মরক্তা বোরা উচীগুম য়েপ্পুনা চঙলকখিবনা অয়াম্বনি মখোয়। মরা শাংনা তাপ্রবা উপালগুম মউ লিংনা হৌগৎনরক্লি মখোয়। ভারা চারম্বা শুনীংদবা মখোয়দি নপ্তুনা হিংবদা লাইচুপ্রে।"

"য়াম্না ইকাইবা ৱানি ভায়।" মণিরাম শকফম হঞ্জিল্লি।

"ভায় নঙ ৱারৌনুকো।" হায়দোকপ্রবা ৱাহৈগীদমক কুল্লবী নুংঙাইতে।

ব্রারৌবা হৈত্রবা মণিরামগী পুকচেল খওলবা কুল্লবী অমুকসু মখা তারকই – "ভায় *ঐখোয়সে য়াম্না তোল্লবনি* । সৈতানশিংনা শরক অচৌবা অনীসে বন্দ হেক তৌখিবদা ঐখোয় করি চাগনি ? ঐখোয়গী চাকখাও পায়রিবা খূৎশিং অসে কনানসু থুদেকপা ওমদে। অহোয়নদুম মনীংতম্না শান্নহল্লি। ফোয়দংহল্লি হঞ্জিন-হঞ্জিন।"

"পূন্নমক অচুম্বা ঙাক্তনি ভায়।"

মহাক্কী ব্রা লোইদ্রি।

"অদুবু মণিরাম ভায় নওদি ইনাক খুল্লোই। নওদি লায়রগনি। মরমদি নও ঐখোয়গা য়াম্না মান্নে। মসিদনি নওবু ঐনা অশেংবা মরুপ্পি খন্না নুংশিরিবা।"

মণিরামগী মরেংবান্দা কোল্লদুনা কুল্লবীনা থম্মোয়গী ওইবা ব্রাহে খরা শোম্থাংননা হায়রকই – "মফম অসিদা নওসু-ঐসু মীতোপ্পি। সহর অসিদা লৈরিবাশিংনা ঐখোয়বু মখোয়গী য়ূল্লোন্নবনি খনবা ওমদে। অদুনা মখোয়সু ঐখোয়গী ইফমদা মীতোপ্পি। ঐখোয় য়েংনখিবা তাবনি অমনা অমবু মীতোপ ওইনা।"

মমাও-মমাওদা থল্লিবা অথনবা গ্লাসতু থাঙ্গৎনরদুনা য়াউম থন্না চিংশিন্নে। অখাবা শ্বর অমমম ফূ লাউনা কামথোক্লখ্রগা ঔংহাক তুমিন্না লৈনখি। ব্রাখল খনবগী মতৌনি। য়ুগী নিশানা মশাশিং অদু লোইনা পওথনরে। ব্রা শাংনা-শাংনা ঙাওলম্বা কুল্লবী তপথখ্রে। কুল্লবীনা তুম্মিন্না লৈখিবদুদা মরোল থৈরপ-থৈরপ মণিরাম্না হায়রকই – "ভায়, ঐ বিহারদা পোকপা বিহারিনি। ময়াংনি। মিং অসে মফম অসিদা কৌবিবনি। ঐনা হরাওনা খুমগনি। নুংশিনা কৌবিরকপসু। থীনা চৈবিরকপসু। ঐনা খল্লি চারা হেন্দুনা বিহারদা শিগদৌ শরুক পুক থন্না চারগা মণিপুরদা নোংমৈনা পান্দুনা শিবনা হেন্না ফৈ' হায়না। নোংমৈ মখোল য়াম্না তারবসু মণিপুর য়াম্না ফৈ, য়াম্না নুংশি।"

মণিরামগী থম্মোয়শেংবা ব্রাহৈশিংদু তারগা কুল্লবী মণিরাম্বু নুংশিবা হেল্লকই। মথন-মথম্ভফাওবা চুম্না ফম্বা ওম্নদ্রবা অদুদা কুল্লবীনা মণিরামগী মরেংজুমদা চেংনা কোনশিল্লকই। মখোয়নীমক পূন্না পদ্রাক লাউনা তুমিন্নে।

অমুকসু ফাক-ফাক নোকমিন্নে। ফিভম শেম্নরগা পূম্না অমুক হৌগৎমিন্নে। নুংশিনা অমুকসু কোনশিন্নে। অমুক্কসু পূম্না তুমিন্নে। অঙকপা মরুপ অনীনি।

মণিরাম লোংনা তারি। হাইরং-তুরং কুম্লবীনা হৌগৎখিবদু মহাক খঙহৌদগুম তৌই।

চোৎ-চোৎ লাউবা হোতেলগী লৈমায়দুদা মণিরাম নাখোক্তুনা তুম্লি। মহাক্কী নুপী ভাবিনী শাউনীংবনা ফি-ফি কাম্মী। মখোয়গী মরোন্দা করি-করিনো মুরুম-মুরুম শোম্লি। কুচু মুনা লংবী ফুম্লেনবী শাবাম্নি। ঙক্কী মঙ্গলশুত্র অমদি লাইবক্তগী লবাই য়ৌনা চিংলিবা অঙাংবা শিন্দুর অদুনা মশাবু শক তাক লি। তুংয়ান ওইনা থাদরিবা থাউরেক মনম চুরবা ঙাংলৈনবা সারিগী ফিদোল অদু শুপ্না পায়শিল্লগা য়েৎলোমথংবা পুকচেগ্না য়েপশিল্লদুনা হোতেলগী চাইরিবা ময়াম অদু লোইশিনবা হোৎনরি। চাইরিবা প্লাসতিক চেরং, চুরুপ মতেক, গ্লাস অহাংবনচিংবা ময়ামদু নুমিৎ খূদিংগী মহাক্না য়াওন্নরিবা ঙাক্তনি।

মণিরাম নুংঙাইনা তুম্লি। তাখিবা মফম অদুদগী মহাকপু খক চিংখৎলুবসু তৌদে। য়ুপং-দনা মবুক থন্না চাশিল্লগা মকোন্দা নুংঙাইনা কুম্লিবা ওকপী অমগী মতৌনি। কনা অমত্তনা মঙোন্দা য়েৎলুবা তৌদে। মসি মহাক্কী মহৌশানি। নীংতম্বনি। পৃথিবীগী মফম অমদা কোয়না চত্তুনা থিরুবদা ফংগনি হায়না থাজদ্রবা অমনি মফম অসিদা ফংলিবা মহাক্কী নীংতম্বা।

মচানুপীগী লুহোংবা নুমিৎনি।

পামজবা মচুগী সারি শেৎলদুনা ভাবিনী মণিরামগী মনাক্তা ফম্লি। "ইচাগী লুহোংবদি ঐখোয়গী চৎনবীদা হোংসি।" ভাবিনীনা কন্না হায়জে। মণিরাম্না ᠁দে। মহাক্না পামজবা মীতৈগী চৎনবীদা চাউনা হোংগনি হায়দুনা চৈহৎলি। মপাগী অপাম্বনি খন্দুনা খক য়েৎলুদরে ভাবিনী।

নীংথিনা পোৎলোই শেৎলবা, লৈতেংনা য়োম্লবা প্রিয়া তপ্না-তপ্না থোরক্তুনা মপাগী মমাঙদা লেপ্পরি। য়ুম্নাক-শাগে ওনথ্রগনি খনবদা মচাবু হেন্না নুংশিরকই। পুন্সি-নুংশাংনা লৈরুনবা মচাবু বর পীগে হায়দুনা খূৎ অদু তিংথোরকই। অদুবু লাম্বা ফংদনা মচাদি অসুম লাপথোকখি। লাম্বা ফংলক্তবদা য়াম্না বানা মচাবু কৌরকই।

মীৎকপ থোকলকই। হৌগত্তুনা ফম্মী, অশাংবা শ্বর অমগা লোয়ননা।

অহিং অদু লোইশিন্নবদৌরে। মশা অদু ঈংশিল্লক্লে। য়ুগী নিশাসু হল্লল্লে। অরাওবা মমীৎ অনীদু পাঙথোক্লদুনা কোইয়েং য়েংলকই। মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিং ইশি-শিনা তৃন্নি। কান মখাদা কুল্লিবা হুই অদুসু কাও চীকপদগী মনা অনীদু ক্রৎ-ক্রৎ হন্নি। মওখিবা মও অদু নীংশিংলকই। মচানুপীগী তনৌ-তনৌবী মায়থোও অদুদা মুন্না য়েংঙি।

হৌগৎল্লে মথন্তা। লৈরং অচৌবা অদুগী মনুংদা লোথরক্লবা মৈতালশিংদু খোৎতোক্লগা শিং হাপচিন্দুনা মৈ হৌগৎল্লে। শারবা খাং অদুদা শুচি অদু মুন্নবা হায়দুনা কন্না ওৎলি। লেপ্তুনা ওৎলিবা খাবৈ অদুদগী তান নাইনা খোঞ্জেল অমা থোরকই। ইশি-শিনা তৃন্নিবা মচাশিংনা হোন্দোরক্লিবা অপীকপা নুংশাঙ্গরশিং অদুগা অমত্তা ওইখিদুনা নোংঙাল্লমদাইগী অচীকপদুদা তপ্না খোঙ্গাং য়ৈররি।

মরুপ অনীগী মহৌশাগা মান্নদবা অমা হায়রগদি নুমিৎ অসিমদি মখোয় য়ু থক্তে। হোতেল অদুদি থোও লোনশিল্লে। বারীদি শারি। লোইবা নাইদে।

কাক-কাক থোঙদা থিল্লকই।

"থোও হাংদোকউ, অচাপোৎ চাগে।"

"অচাপোৎ অশাবা লোইল্লে। হয়েং চারো ইনাওশা।" মণিরাম্না তপ্না খুম্মী।

"হাংদোকউ য়াদ্রবদি কাওখাইরগে থোঙসে।" অমনা অমুক খোঞ্জাও থাদুনা হায়রকই।

"অচাপোৎ লৈত্রে হায়বনি শাউরনু ইনাওশা।"

থোঙদি হাংদোক্তে মণিরাম।

দাং-দাং কাওরকই অমনা অমুক। থোক-থোক নোন্নি থোও অদু।

"থোও অসি হাংদোক্তবা য়ারোইদৌরি।" মণিরাম্না খল্লী। কুল্লবীসু ফিভম অদু য়েংলি।

থোও হেক হাংদোকপগা মখোয় মরি-মঙা পুদুপ-পুদুপ চওশিল্লকই।

"ঙসাইনা কোক হাংদোকপা য়াদ্রা ? ফৃজিল্লকউ হায়ব্রাও ? ময়াংনা লম হেন্নুকো। মীতোপ নখোয়নসু। শ্বর মচা অমখক হোনজরিবদু থদংলম্মু হায়ব্রাও?"

মখূদাং তাখংলবা অমনা মণিরামগী মখৌরি অদু শুপ্লায় পায়শিল্লকই। মণিরাম ঙৈহাক্তি শ্বর ফুনখি। মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিং কপ্নরকই। খূং য়াওনরকপদুদদি কুল্লবী য়েংদুনা লৈবা ঙম্লক্রে।

"ইবুংঙোহোয় ফজ-ফজনা ঙাওনৌ। খূং-শা য়াওননু। অচাপোৎ লোইথোকখিদুনা লৈত্রে হায়জবনি। নথক্কী অহন্নি বেভার খরা তৌনবা ফৈ।"

"হে অহল ! নঙনা করি খঙভি ? ময়াং অসিগী মীচংগসু চঙলদনা। মসিসু মীতোপ ওইরমগনিনে।"

মমায় ইকোপ-কোপ্পা, মনীং ইশুম-শুম্বা, মমীৎ উইরুম্ববা অমনা হায়রক্লিবা ব্রাহেসি তাবদা খাঙবা ব্রাই। ওনশিন্নবদা ফজররোই খন্দুনা হনবদি হল্লে। ঈশিং হাপ্পবা জগ, গ্লাস অমদি হোতেলগী পোৎ-চৈশিং অদু কাওখাই-চাইখাইরল্লগা করি-করিনো খরশু ঙাঙলল্লগা মরী-মরী থোকখ্রে।

ঙৈহাক নিল্লুরবা তুংদা হোতেল অদু ইচীক চীকহৌই। ফৈনা-য়ুংনা তাহৌরিবাশিং অদু মশা-মশাগী মরাইবক ওইজহৌরে। অচীকপদু নক্কংলদুনা কুল্লবীনা হায়রকই -- "য়ুগ লোইরমদাইগী থুংলরিবা মীরোল অমনি মখোয়শিংসে। ওনশিন্নবা য়াবা নত্তে।" পূম্নমক্তি কাউথোকপদি ঙম্লে অদুবু 'মীতোপ' হায়বা ব্রাহে অসিমদি মহাকপু হঞ্জিন-হঞ্জিন ওংহৌরি।

থা অমগী অরোইবা তারিক্লি। থোঙ হাংবতা ঙাইরিঙৈ বাবু চঙলকপা উবদা মণিরাম হৈনদবদা খম থেংভি। হৈনদবদু লোৎশিল্লগা চা গ্লাস অমা লানশিল্লি। বাবু মনিল কারিবা চা অদু অমুক্তং চিংলগা --

"ঙসি তারিক্লি মণিরাম। অদুগা ব্রা অমসু হায়নসি। নঙনা তৌরিসি হোতেল খক্তা নত্তে। ইমুং পুন্না লৈশিল্লিবনি। হন্দক্তি পৈশা হাপ্তবা য়ারোই। ঙম্লোইদৌবা লৈরগনা ঙম্লোই হেক্তা হায়য়ু।"

মনিল কারম্বা চা অদু তপ্না-তপ্না ঈংথরকই।

ফনা হায়জরবসু নুংশিবিরোই হায়বা খণ্ডি। ভারা হেনগৎনবগী মরম অমা হায়বদা বাবুদা ব্বানা থোক্তে। থম্মোয়দদি নুংঙাইতে বাবুগী শেলচোপ-লাকচোপ্তু। নোক্লদুনা হায়, "তাবাবুনা হায়বদু ঙম্নবা হোৎনবা তারেদনা।" ব্বাহেসিমক্তি নুপাগী ব্বাহেনি। অনীশুনা ঙাঙনবগী মরম লৈতে।

মরাইবক্লা চাক্লিবগুম হিংলবসু মপা-মপুদি পরগনা তরা মঙাগী মপু ওইরম্বা জমিন্দারশিংনি হায়। অংগ্রেজশিংনা অনৌবা সেটলমেন্ট চৎনহনখিবদগী লৌচা পূম্বা মুনবিখিবনি। নমদুনা মখোয়বু য়ূল্লিংদবশিং ওইহনখিবনি। ব্বারীসে মণিরাম মুন্না খণ্ডই। মদুমক্লা মহাকসু চাউথোকচৈ মপা-মপুগীদমক। মসিগুম্বা মহাক্কী গুণ অসিননি লমদম অসিগা মহাক্কা ওম্ষোক্লা চুশিন্নরিবা।

পাকশিদা তারিবা শেঞ্জোইশিংদু লুপা শাগৎপা হোৎনরি। মদুনসু শুবা গুমদ্রে। মচানুপী প্রিয়াগী ফূরীৎ লৈজগনি হায়দুনা উতোং অমদা চান্দি খরা-খরা তুংশিঞ্জবদু লৌথোকপীরে। উচিন-নাচিন থা অমগীদি শুরে। মদুতদা হাইফেৎ নোক্লপ তৌই বাবু। মণিরাম্না থব্বায় য়াওনা লোঞ্জবা চা গ্লাস অমা পোৎহাপ ওইনা থক্লবা তুংদা পৈশা অদু ফূরিৎখাওদা নমশিল্লগা হৌগৎলকই মচীন তৈথোক তৈথোক্তুনা।

অনী-মঙা পূনবা মফম খূদিং নিংফুং-নিংফুং ঙাঙনৈ।

"ঐখোয়গী ইম্ফাল সহর লংলগনি। শরক মপান নকপা দুকান-হোতেল অমদি য়ূমশিং লোইনা তকথোক্লগনি। অচৌ-অশাংশিংনা লৈগদৌবা অচৌবা বিল্ডিং কয়া শাগদৌরে। অনৌবা কৈথেল অমদি লৈকং-থোং কয়াসু শারগনি।"

ময়ূম-মকৈ ফুক্তোকখ্রগনি খনবদা লৈফম খঙনদে। ব্বাকৎ মীফম কয়া পাঙথোক্লে। তাগদৌবনা তাদে। হায়নরিবশিং অসি মণিরাম লোয়না তায়। মহাক কয়া নুংনাংলুদে। মহাক্তুম্বা কয়া পীক থন্না লৈরি। মখোয়গীদমক মহাক্লা ব্বারুবসু ঙমদে। চাক-চারা অনীগী লানফমদা মায় পাক্লপা লাম্মী অমসু নত্তে। মদুগীসু মথক্তা মহাক্লা খল্লি, "মীতোপ অমগী ব্বাকৎ লমদমসিদা তাবিগদৌরিবা মহাক্তো কনানো ? থোক্লবা অমা লাকপদুনা লাইবক্তা তম্নবা হায়বদু তারেদনা।" মসি মহাক্কী মহৌশানি।

*তকখায়বদা য়াওগ্রবা য়ুমশিংগী ফক্লাং মচেং-মচেংশিংদু শরক নাদাদা ফিভম* কায়না তাদুনা লৈ। সিফাইশিংনা ঙাক্লি তেক কায়রবশিং অদু। অমুক অতেক-অকায় থোক্তনবা। কুম্মৈ অমনি চাউরবা। অদুসু চাউখৎলকপগী। শেমগৎপা অমগীদমক অসুক থীনা থুগায়বসে অনৌবা চৎনবী অমদি নৎত্রে হায়বা খঙলবসু পূম্নমক্লা য়ারি। থুগায়গ্রবা মহুমদগী তাম্বোকখ্রবা মখোয়শিং অদুদি মফম কদাইদা কায়দোংলমগনি ? কনানসু হোনবীখিদে অব্বাবগী নুংশাগ্বর অমতং।

মণিরাম্না মতম চঙনা শাজখিবা হোতেলগী লৈরং অদু দোজরগী চক্কানা তকখায়রম্বদগী উফুলগী মপৈ ওইনা তুমপক্লা লৈহৌবদু মমীৎমক্লা উরে। পূক্লীংদা খাঙঙমদবা চৈনা অমদি ফাওখি। অদুবু হেন্না ব্বাশিল্লুবসু মহাক হৈতে। মসি মহাক্কী মহৌশানি।

মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিংগা লোয়ননা তৌফম খঙদনা শরক্কী চিদাইদুদা লেপ্পি। চোং-ফন্দুনা শান্নবদা হাল্লেংদ্রবা হূই অদুসু মপুগী ব্বাখল খঙবগুম খোংখিদ্রে।

অচৌবা খাউ অদু মরেংবান্দা য়ানখৎলে। চৎনবদি শেম-শারে। কদায়দনো হায়বদি খঙদে। লাকপসু অসুম্না লাকখি। অনৌবা থুংফম অমগীদমক মীতোপ অমনা কয়াম ব্বাফম থোকপগে ?

খোঙকাপ অম-নী থাংবা হৌরকই মণিরাম। মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিং মহাক্লা চৎপা মায়কৈদা মায়োন তম্লকই। ❑

# শীৎলিবা নুংশিং

গাড়ী অঙনবী নংহৌনবা হায়দুনা চেনচৎ চৎলিবদু কংক্রিক মরক্তনি। মখোঙদা ফেনাৎসু তোংদে। কোকথক্তা পুরিবা লুবাক্তুসু মরোল অহুম-মরিনি। অদুবু মহাক অৱাবা মচেৎ অমত্তা ফাওদে।

নুমিত্তু কৈথেলদগী ঙল্লপ কুল্লকই। পোৎশীৎ খরা নুংঙাইরকমাল্লে। ফাইরেন-লমতাগী মতমগা ওইবনে চাকচা-হৈজানবা থৌদোক তোয়বনিনা ঙাঙৌ য়োনবা নুংঙাইবা কান্নি। হয়েংগী কৈথেল মপোৎ ফানবা হায়দুনা খা-ৱাং কোয়চেন চেল্লি। খুনীং লৈবাক তাদে। মীৎকুপ অমা লৈতানা ফমদুনা শোর হোন্দোকপা শংদে। মশীং থীবা লোইরবা কোমপ্রেক, কম্বোং, লোক্লে-পুল্লে মপুনশিং অমদি য়েল্লাং-কেঙোই পেরুক্কী ময়োমশিংদুনা ইকোয় কোয়শিল্লদুনা হয়েংগী কৈথেল মপোৎ শেল্লি। ইমোইনু নুমিৎ, লমদাগী থাংজ অমদি শজিবু চৈরাওবগী কৈথেল চহী অমগী মনুংদা খৌরাংনা ঙাইজবা নুমিৎশিংনি। নুমিৎশিং অসিদা কৈথেল মপোৎ ফাহৌদবা থোক্লবা চহিদুমা লোইদ্রিফাও তকশি শোনগদৌরিবনি।

নুমিদাংৱাই য়াচংলকপদগী মথন্তনা হোৎনরকপনি। ফনা থেঙলক্লে। লৈকাইগী ঙামীশিংনা থিল্লকপা ঙামু, উকাবী, ঙাপেম্মা অয়াইবশিংদু মচুম কংদে হায়দুনা মৈ হনবা লোইরদুনা ঙারুবাক্তা মশীং চনশিল্লি। মপান ইশে-শেগায়বা ফক মচা অমদা খুকউ-খুদক কুল্লদুনা মচাশিংদু লাইরিক ঔরাইরি। স্লেৎ মচা অমমম মমাঙদা থল্লদুনা কাঙ্গু মতেক অমমমগা করি-করিনো ইদুনা শান্নরি। তেঙ্গালি কানা ঙাঙনা চাক্লিবা মুৎশি-মুৎশিবা থাউমৈগী মঙালদুদা মচাশিংগী মতৌদু য়েংলগা মোমোন নোক্লি। থাউমৈগী মঙালনা মুৎশি-মুৎশিরবসু মহাক্কী মিনোক্তুদি মকা লান্মী।

পীজ-পীথক লোইরদুনা মচাশিংদু ফৈজুপ শুপচিনবীরদুনা ফম্মুংদা তূমহনখ্রে। কৈথেল কুল্লকপদগী পূম্নমক নংনবা হোৎনবদা পোপ তারে। তূম্মিংবনা মশাদু লোথরে। অদুবু মহাক তুম্বা য়াদ্রি। মরুওইবা মীশক অমা

হনজিল্লক্ত্রি। মহাক হনজিল্লক্ত্রিফাওবদি তূম্বা য়াদ্রি। শক্ত্রি তাখিগদৌরিবনি। কৈথেলদি য়েনখোং অহানবদা হৌগৎকদৌরিবনি গাড়ী অঙনবী নংহৌনবা।

থোঙদা কোক-কোক থিল্লক্লিবদু তোমৈনি হায়বা খঙঙি। মখোল অসে অনৌবা অমা নত্তে। ব্রাহে অমফাও হায়দনা থোঙ অদু শৎ হাংদোকই। মখোঙদু কারন চৎলদুনা থোঙজিন কানশিল্লকই। মনমসু মহা ওইরে। মনাক্তা চঙশিল্লুবা ঙমদ্রে।

"করি এঙ্গাং থোংঙি ?" মরৈ অদু ইফাই ফাইনা হংলকই।

"চানীংঙি হায়বদুদা য়োংচাক-আলু ইরোল্লে। ঙারৌসু মরাং কায়না হাপ্লল্লবনি।" মহাক্লা ঙারৌ পামজবদু মহাক খঙঙি।

মমাও থারদুনা চাকখুল্লোমদা প্রপ-প্রপ চঙশিনখ্রে। শামুক মথক্তা চাকউপ্না কুপ্তুনা থল্লিবা চাক্তু ব্রাই তৈথোক্লগা চৈনা খন্দুনা থল্লিবা মফমদুদা থল্লে। চাকচা ফান, ঈশিং খৃজাইনচিংবসু মায়োন চুম্না মফম চানা থল্লে। খুনাম অমা শোয়দনবা ওম্থোক্লা চেকশিন্না হোৎনরি।

অশংবীনা থব্রায় য়াওনা হোৎনজরিবদু পেনফাত্তবা মাল্লি। তোমৈ ঙাঙলবা মমীৎ অনীদুনা অমুক-মুক চাগদৌবগুম ব্রাহং অমগা লোয়ননা য়েংলি। করিগুম্বা মতমদা মহাক্লা হনজিল্লকপদা থোঙগা লোনশিন্দনা লৈরম্বা থোক্লবা মী ওইবগী ব্রা ঙাঙলোইদৌরিনি। মহাক হনজিল্লক্ত্রিফাও তুম্লম্বসু য়ারোই। অহকপা য়াথং অমনি। অথীবা ব্রাহে, দাকফম য়াওবা চৈফু হৌজিক্তি কয়া নাচুংদরে।

চাক্লুক মপান্দা হেক ফমথখিবদগী মনাক্তা লাপ্লপ্পা ফল্লি। অব্রাৎ-অপা হাপ্লবা ঙাইরিবনি। ফি মচা অমা পায়দুনা ফৎ-ফৎসু হুল্লি। কাংসু চীকখিবসিনা মহানি। নিংথম-কালেন নাইদে। হয়েং মেরাগী ঈখোম লাকত্রিফাও চীক্কদৌরিবনি। চাক পুখমদু অমুক্তং খোৎথবতা ঙায়রি। চাখোম অমা হুকপগা ব্রাহে তরা ঙাঙগনি। চাক পুখমদু লোয়দ্রিফাও লাপ্লা চৎথোকপা য়াদ্রি।

ফম্মুংদা কাখত্তুনা হিপথরবা ফাওবা তূমথদ্রি। পোখা-পোখা ঙাঙলি। খৃয়াদা অশংবী ফল্লি। তোমৈনা ঙাঙলিবদু তাদবা য়াদবনা তূম্মীংবনা মশাদু লেঙনীংদ্রবা ফাওবা মতাং চানা খুম্লবসু হোৎনরি।

"তূমথনবা তৌরো। হয়েংদি কৈথেল ঙন্দবা য়াদে।"

তূমথনবা কয়ারক হায়। মানা থোকপা ঙাঙলি ।

"অশংবী"

"করি হায়গে"

"ঐসে য়াম্না তূমহন্নীংদ্রা ?"

"ঐসু তূম্নীংলে হায়বনি।"

"ঐনা মতম চুপ্পগী ওইনা তূমখ্রবদি অশংবী নঙনা হরাওগদৌবসিদি।"

তোমৈনা শুরু-শুরু নৈদুনা ঙাঙলিবদুগী অর্থ তূম্নীংবনা ঙাওরবী অশংবী লৌশিনফম খঙদে। অমুকসু মখা তারকই।

"কৈথেল কাবসি নুংঙাইরিনিদা। ফম্নীংবা পোৎফমদা, চানীংবা হোটেলদা পৈশা পায়বা বাবু-ভৈয়া কয়াগা, য়ুমদগা হন্নীংলম্লোই। মৌনহা তগৎ-তগৎ তেকপী মপোপ ফবীশিংদু নুংঙাইজরিনিদা। অদুগা অশংবী নঙনা কৈথেল কাঙৈদগী ঐখোয়নি তূম্মীন্নদ্রিবসি ফনা কুইরেকো। হৌজিক্তি ঐগসু তূম্মীন্ননিংলম্লরোইদা।"

"তাবদা খাঙবা ঙমদবা মী ওৎপা ব্রাদু খীৎ ঙাঙলনু। উকায় তকপগুম্নসু লাক্লবা। অদুক থাজদবা লৈরবদি ইচাশিংসে শেন্নদুনা য়ুমসিগী মখাদা ঐবু লৈহল্লো। নঙ নুপা নৎত্রাও ?"

তূম্নীংলম্বগা শ্বায় মাঙখ্রে। অশংবী শাউরে হায়বা খঙলে। মানা শাউখ্রবদি তোমৈ তুমিন লৈখিগনি। মসি মহাক্কী চিনফা পুরবা মন্ত্রনি। চোইরোলওই করিওই মুরুম-মুরুম শোল্লন্নগা নাখোকখ্রে।

য়াওশঙ ময়াগা ওইবনে মীসু ওম্হোক্লা চিনখ্রে নুমিত্তু। ফৌবাকচাও কৈথেলদগী পোৎ তীক্লগা থোরকপী লল্লোনবী মৌনহা খরা লুবাক মরোল-মরোল মকোক্তা থোঙ্গৎলদুনা লফুপাৎ তেরাদগী মবুক থন্দুনা লাক্লবা বস অদুগী মনীংথংবা থোঙদুদা শিৎ ফংহৌনবা হায়দুনা কাখৎনরকই।

"করিনো তৌরিসিবো ? মীগী ঙা অচঙবা হাপ্লিবা লুবাকসে ননশিল্লবদি লোয়না শিবা তারে। খরা হন্দোকপা য়াদ্রাও ?"

হান্না শিং ফংহৌরবী অমনা ননশিল্লিবা মাগী ঙাক্নবাক্কু উবদা শাউনা হায়রকই।

"য়াদদনা তৌরিনি ইবেম্মা। শিং হান্না ফংলে হায়দনা বা চাউনা ঙাঙনু। মীসে খূবাক-খূনমগী ব্রাতনি। গাড়ীসে রিজার্বতি নত্তেদনা। খূৎলামখাংনগা মরোল'মা নুংঙাইতবনে খৎনবদু খীৎ হৌরক্কনু।"

কোনশিল্লম্বা ফৈজা ফিদু লব্রাইদগী লৌথরগা কম্থোক-কম্থোক্লা খোল কল্লপ তৌরকখিবী নুপীদুগা চিন-কাঙজৈ থোম্নরি অশংবী। মহাক্লা ব্রাহে খরা হেনগ্রে হায়দুনা অমদুসু ফুক-লাউনা হৌগৎলকই। খূদোম্বীগা-খূদোম্বীগা, চিনগা-চিনগা মী চিনগ্রবা গাড়ী মনুংদুদা কুম্মে অমা ওইরে।

"ইচাশা-ইনাওশা তুমিন্না লৈনরসি কৈদৌবগে। তোংলিবসে হব্রাগাড়ীনি। কুম্মে য়েংবা চৎপা অমত্তা নত্তে। কালিমাই খূরুম্নগা চৎনসি।"

মরক থৎলদুনা অহন ওইরপ তৌবী অমনা ঙাঙলকপদু তাবদগী খৎনরম্বা মখোয়নীমক তুমিন লৈনখি। কৈথেল কাঙেদগী মীগসু খৎনবা হৈরে। ঙম্ন-ঙম্নবা চৎনবদা চিনগনবী ওইরে। লুমাঙগী শাই খোমগৎপদা ঙায়রিবীনা অয়াম্বনি গাড়ী মনুংদা তোংলিবীশিং অদু শিকি পৈশা অমা হেনজিন্নবগীসু তপ-তাবমখে লাউনথোক্কনি। কৌনগনি থংনবা মীৎকুপ্তা। মখোয় কনাদসু ইকাইবীদে। ফি মোৎপগী, শম ফাবগী, ঙাহিং তৈবগীদমক। নোম্না অমনি। মীনা তম্বা ঙম্বা নত্তে মখোয়গী মতৌ। খূবাক কুরোল হৃরবসু মখোয় পোত্থাবা হৈতে।

"অশংবী" তাদে।

"অশং নঙবু তারিব্রা ?"

"ইনম্মা ঐবু কৌব্রা ?" মনম্মা পীশকমচানা কৌরকপদুদা অফিং-অফাই ওইনা খুমখি। অহিং তুমশিং ফাহৌদবদগী ঙৈহাক উইরুরে।

"ফৌবাকচাও কৈথেলদগী তীক্লকপা ঙাপেম্মা অয়াইবদুবু কয়াগী শেলহাদনো ?"

"কুনমঙাগী শেলহানি ইনম্মা।"

"খরা লেম্বা ঙম্লা ?"

"মবুক খরা কায়, মকোক খরা তেক ঙরাংসু 'দুনা' মাঙঙি। ইনম্মহোইদৌনা খুমক্তা চত্তুনা চোইনা য়োনবসু ঙমদে। য়ুমদা খেঙনা হনবসু য়ারোইদৌরিবনি। তলব মমৈগা ওইবনে ঙসিনা অমুক করম থোক্লদোইনো খঙদ্রি ?"

"কৈথেল পোৎলক্কী শেম্লেপ ইনখৎপীদুদি লোইখ্রবরা ?"

"কদাইদগী, লোইদ্রি ইনম্মা। নোংমতং শোয়বদা ঈচে থাসনানা কোক্তা শম খরা হৌরিবসি লোয়না ফোয়খিগদৌরিবনি।"

"খরা শাথীরিবদুবুদি বজার শা ওইবগীনি। চেক্ত-চেকশিল্লকপদা মা নত্রবনি অতৈদা ঙাফম লৈতবনি।"

"ব্বারে ইনম্মা। ঐ পোৎথানীংলে। হিংবসিবু অসুম্না তৌনরবদি শিখিবশিং অদো নুংঙাইরমগনি। হিংলিবসিদগী পোত্থাবা ফংখিবগীদমক।" অশংবী লাইবক মচীদা কারক্লিবা হুমাং মরীকশিং অদু কঈ চুরবা খুৎশাশিংদুনা তপ্না নাহোক্লি। ব্বাদি অমুক মখা তারক্লে।

"হেরা ইচলসিদি, কয়াম কুইনবু ব্বারুনেগে। নচা চাউরক্লগা মরাইনা নুংঙাইজরক্কনি। পেবেৎ মচা চাউবা ঙাইবা হায়দুনি।"

"ইচাশিংসে প্রপ-প্রপ থুনা চাউহন্নীংখ্রেদা", পূক্লীংদা মথন্তা শোনজে। অমুকসু খল্লি। মখোয়না চাউরক্লগা মনীং থুংহনবা ঙমদবদগী ঐখোয়বু করিগী পোকপীরম্লিবনো হায়দুনা নীন্দা তৌরক্লবদি ?

খনবমখে খল্লগা মথন্তা ব্বারেপ লৌজে – "মখোয় চাউরক্লগা ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা ব্বাহৌগদৌবগী শরুক মখোয়গীদমক ইথন্তা ব্বাজবনা হেন্না ফৈ।"

লুবাক মনুংদা য়াওরিবা ঙামু-উকাবী অচঙবশিংবু ফ্রুং-ফ্রুং চোংলকই। অহানবা চোংলকপা ফাওবদি কয়া পাখৎলমদে। তোয়না-তোয়না চোংবগী মখোল তারকপদুদদি অশংবী ফম্বা য়ারক্লে। মহাক্লা শেল্লুক তমজরিবা ঙসিগী কৈথেল, লুবাক্কুংদা চোংলিবা মখোয়গী থব্বায়শিং অদুদা য়াওরিবনি।

"ঙামু-উকাবীশা নখোয় শিবা য়াদ্রিকো" – ময়েক্তি শেংফাত্তুনা মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লি।

রিক্সা মথক্তগী ঙারুবাক অমদি ময়োম ময়ামদু হোবে-হোবে থাংথরি। ঙাঙনা-ঙাঙনা চেরং অপাকপদু তিংথোক্লগা মথা-মথা য়োনবা হৌরে। লুবাক মখুমদু লোংথোক্লগা মুকাঙা অয়াইবদু লুক মচা তারা লাকপীদুদা কাংগাংননা চোল্লপ হাপ্তুনা থল্লে। লোক্লে-পুল্লে মপুনশিং মথা-মথা থল্লিবদু অকা-অকুম চৎলিবা ময়ামদুনা তাপ-তাপ খরদি লৈনখ্রে। শোর মচা অমদি হোন্দোক্লে। মাগী-মাগী শিংনবা হোৎনবদা নাক-য়েত্তা ফল্লিবী ময়ামদু হন্না য়েংবা শংনদে।

"দুকান পূম্নমক থোঙ লোনশিনবীয়ু, পোৎফম ফম্বী ইমা-ইবেনশিং হৌজিকমক পোৎফম লোইশিনবীয়ু, প্রোসেসন চৎপা অসি মপুং ফানা য়াওবীয়ু।"

লাউরক্লিবা অদু তাবদা ময়াম পূম্নমক অমনা অমদা ওনশিন-ওনশিন হংনৈ।

"করিগীনো ? করি অমুক থোক্লে ঙসিনা ?"

অমসু অমসু ইঙক ঙক্লে। হায়নরিঙৈ অদুদা ফিঙৌ কুপ্লবা অশিবা হকচাং অমা পুদুনা য়াল্লবা মীয়াম অমা প্রোসেসন লাকই। ছাত্রনি হায়। নোংমৈনা কাপ্লগা হুন্দোক্লম্বা ওইরমাল্লে। লালহৌবনি হায়দুনা লাইরিক খাউ মনুংদা নোংমৈ অমসু হাপচিনবীরম্মী হায়। মীহাৎপা মী মতীকচাবা দন্দি পীদ্রিবা মখৈ খোঙজং কয়া চঙশিনগদৌরি।

পুলিস গাড়ী ময়াম অমা থৌজিল্লকই। "ময়াম পূম্নমক য়ূম-য়ূমদা হনবীরো। মতম কক্তনা কার্ফিয়ু লাউথোকখ্রে। গ্রেটর ইম্ফালনা কোনবা জগাদা মী পুনবা য়াদ্রে।" মীয়াম অদু চৎখিনবা হন্ন-হন্না লাউরকই।

চৎনখিবগী মহুত্তা মীয়াম অদু অসুম য়ামখৎলকই। "মীহাৎপা মীওইশিং দন্দি পীয়ু। ছাত্র হাৎপা শিফাই পুথোকউ।" হায়দুনা মীয়াম অদুগা পুলিশকা নীংঙাই-শংদান্নবা হৌরক্লে। খোয়শাওনরবা মীয়াম অদু লাকশিনবা ঙম্লক্রে। মীয়াম অদু তানখায়নবা হায়দুনা তিয়ার গ্যাস, রবর বুল্লেৎ,ষ্টন্ট-বোম্নচিংবা কাপশিল্লকই।

মায়কৈ সলাই খঙদনা কায়দুনা চেন্নরে। চেন্নরিবশিং অদু শিনীংদবগীরা নত্রগা চেনফম থোকপগীরা মেন তাদে।

লোইশিনবা নংহৌদ্রবা অশংবীগী কোমপ্রেক, লোক্লে-পুল্লে ময়ামদু মীয়াম চেন্নবদা নেৎশিন্নদুনা লোয়না চাইখাইখ্রে। পোৎশিংদুবু খুনজিন্নবা হোৎনগদ্রা,

মশাবু কঞ্জনবা চেনগদ্রা অশংবী জ্ঞান তাখিদ্রে। মহাক্কী পোৎফমদগী চাইখাইগ্রবা পোৎ ময়াম অদু শরক নালাদা ইচাই-চাইনা তারি। মীয়ামদুসু মায়কৈ খণ্ডদনা চেন্নরি। তিয়ার গ্যাসনা মমীৎ থুপ্লবা কয়াসু নালাগী ফত্তবা মরক্তা চোংথনরি। ইরাং খণ্ডদবা কৈথেলগী কাও খরদি অশংবীগী পোৎফমদগী চাইখাইখ্রবা কোমপ্রেক লোক্লে ময়ামদু য়াম্না হাউনা চারি।

মতম কক্তনা বন্দ কৌপ্রে।

কৈথেল কুপ্লকপদু অশংবী মথ্বায় ইনুং-নুংঙাইতে। শকফম ইহন-হঞ্জিল্লি।

"য়াওশঙগী ফি-রোল লৈরক্কনি হায়দুনা মখোয় ঐবু হল্লকপা য়েংদুনা লৈরমগনি।" কোম্থোঙ কানশিল্লমদাইদা মচাশিংদু নীংশিংলকই।

মমানা কৈথেল কায়বগী পাউ তম্বদু থাজবসু য়াওই থাজদবসু য়াওই। মাগী-মাগী তপ্পখিবা ময়ামদু হায়নরদুনা মমাবু ইকোয়-কোয়শিল্লি। মতম কক্তনা বন্দ কৌখিবদা মমানা ইপাই কারিবদুমদি মখোয় খণ্ডদে।

নোং ঙানবদি ফনা কুইরে। করিনা শিনগদৌরিবনো ? লাম্বা অমা ইফং ফংদে। তোমৈসু থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্তে। করিনো খরদি তান্নগে খনবনি। ফল তারোই হায়বসু খণ্ডি। মথন্তা ব্রাখল অদু চময়্নে। করিনো পংখন্দা খল্লি অশংবী। খন্ন-খন্ন নীংশিংলকই – কৈথেলদা চাইখাইহৌবা পোৎশিং, অশিবা পুদুনা লাকপা মীয়াম, কায়দুনা চেন্নবা, রবর বুল্লেৎনা পাল্লবা শোক্তুনা তারিবা নুপা অমগী শক্তম, তুশিনখিবদগী হৌগৎপা ঙমহৌদ্রবা হনুবী অমনা কপ্পা মথং-মথং।

"ইমা চাক লাম্লে চাক থোংঙো।" মচা অতোম্বদুনা মতম্বাক্তা ফন চোংশিল্লকপদুদা ব্রাখল অমদা উংলুবদগী মীৎকপ থোক্লকই।

খনবখৈ খল্লুরগা অব্রাং লৈকাইগী মনে পশোৎখোয়দা ঙৈহাক চৎলুশিরা খল্লকই। ঙহান নোংমা হায়রম্বনি, "অশংবী নঙগী তেরাজু ৎকী লোংথ্রাই অমা শাবা লোইশিন্দনা লৈবদু খরা থুনা লোইশিল্লু। কুমশিদি উন ঙন্না তাখি। খোঙঙা থিবা কান্ননি। লোং মরুং অহেনবা অমা লৈ লৌরলাও। তোমৈবু মখোক পালহল্লু।"

তোমৈদা মদুতা শেম্বীনবা কয়ারক হায়জে। মনাদা হাপ্পীদে তোমৈনা। মানা থোকপা অমা ঙাওলল্লগা থোকখি লমজাওরোমদা ফূরীৎ মঞ্জুনবা অমগা। অশংবী মখোই-মরিল ব্রী-ব্রী থীৎলি।

কোনাপাৎ ঈশিংপা মতমসু য়ৌরক্লে । হাকুমদি ঙাতাংবদা ফনা কান্নখি। ঙা থাদনা থরোইদনসু ফৌ শংবাই অমা ৱানখি।

থংনবগী মচে মেনৌবীনসু তত্তনা হায়বনি, "অশংবী, ইল-হঙ্গেল শেমহল্লু তোমৈবু। সোয়বু পাৎ ঙানৈবদা পোরোম য়াম্না ফানরে হায়। ঙানৈবা য়াওরুসি।"

পৌরা লীজাওদু তৎলগা লৈরকপা ফনা কুইরে। লোংগ্রাই মখোক অমতং পানবীয়ু হায়বফাও য়াদবদুদা পৌরা লীজাওদু করম্না শেম্বীয়ু হায়রুনি । খনবদা অশংবী লাইমল হুনগৎলকই।

তাঞ্জাদুদা মখা লৈকাইগী মনম্মা থাগোয় হোবে-হোবে চঙলকই – "অশংবী চাক ঙল্লু ঙসিদি। নুংশিৎসে ঙস্তানা শীৎলক্লে। লাইনা ঐখোয়বু চাল্লিবনি। পাৎকী অতাউবা ফুম্বীশিংদু পনয়াদা হুমজিল্লক্লল্লগনি। মৈরা শঙগী পাল্লিসু তাই ঙসিদি। থেঙনা হল্লকপসু য়ারোই, শল্লম মকোক্তা ঙাইরমগে। হৈবী অকঙবদু থুম্মোক্তা অম-নিদা হাপচিল্লকউ।" হায়রল্লগা হোবে-হোবে চৎপ্রে।

লমতাগী অৱাউবা নুংশিৎনা মনীংতম্না শান্নরি। অকংবা উশাদগী চোংলকপা অশংবা উনাশিং মোমোন নোক্লি। হৈখা-হৈনৌ নোবাপ মপালশিংনা নুংশিবা লৈনম ফাজিন-পুনশিন্দনা হুন্দোরক্লি। অশংবী মোমোন নোকচৈ পূক্লীংদা। নীংথমগী লম্মে লোইখ্রবা তুংদা চোংলকপা কম্বোং হানৌ মরক্তা লোক্লে-পুল্লে মনৌশিংনা খর্শা মনা শারদুনা লম্পাক-লম্পাক হৌবদু মীত্তা শং-শংনা উরকই।

ৱাখলনা খল্লম্বদু খঙহৌদনা চিনবান থোঙদা হায়দোকখি – "হোয়দহে ! ৱায় হায়দুনা মীবু হেক্তা শিবা য়াব্রা ? ঈশ্বর লৈরিসিদি। মহাক্লা তম্বা অমা মরাইনা লাকচনি। মালংবা কুহু-কুহু ......... ।" শীৎলিবা নুংশিৎ অদু খুৎলাম তোইনা কৌরি অশংবী।

খূদোং থাঙ্গোল মায়তিংবীদু লাইতং থুম্মোক মনুংদুদা হাপচিল্লে। বোরা খাউ অমসু পীক্লা থুপচিল্লে। মনম্মা থাগোইনা হায়রম্বা হৈবী অকংবদু অমা-নীগা হাপচিল্লে। ফিদোল কৌরপ চিংখৎলি। থুম্মোক্কু শেগাদা য়েপশিল্লগা শীৎলক্লিবা নুংশিৎকী মায়কৈ তম্লা থোরক্লে।

খরা লাপথোরক্লবা কান্দা লাউরকই — "চথোক্কনুকো। পুন্না শান্নমিন্নরম্মু। ইমা ঙন্তা হল্লক্কনি।" ❑

# মমা শাবীগী নাউশুম ঈশৈ

পোস্ট মোর্টেম তৌবা লোইরদুনা থবায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু মোর্গকী চণ্ডফম ময়াদা হৌরিবা বরবলৈ পাম্বীদুগী মনাক্তা অঙৌবা ফিনা কুপ্তুনা থম্লি। মহাক নীংতম য়াওল লুপকী লুচিংবা অমনি। সেক্যুরিতি ফোর্সকা অকনবা খূৎ থোক্লবা অমদা লৈখিদবনি।

মহাক লৈখিদবগী পাউ অসি লমদম অসিগী মরুওইবা পাউশিংগী মনুংদা অমা ওইরি। খবরগী অহানবা লামায় খূদিং মহাক্কী ফোটোগা কোন্ননা হাপ্লক্লি। মায়কৈ কয়াদগী মীয়াম লাক্তুনা মহাকপু ইকাইখুম্নবা উৎলরি। লৈ কৎলরি। মহাক্কী অত্মা শান্তিগীদমক। আইন্না য়াদবা মীশক অমা ওইরবসু মহাক মীয়াম্নদি য়াই হায়বসি লাক্লিবা মীয়াম অসিনা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লি।

মফম অসিদা মখোয় কয়া লাকখি। মখোয়বু লৌবা লাকখিবশিং খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পগা হনখিবা ঙাক্তনি। অদুবু ঙসি লাক্লিবা মীয়াম অসিমদি তোপ-তোপ্পা শক্তম অমনি। কনাসু খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পদে। চীং লেম্মী। মায়থোঙ খূদিং কনশিল্লবা থম্মোয়গী মমি তারি। শীংনবগী মৈরী লিশিংনা ইক্লবগুম ইচং থৌনা উরি। "কপ্পগী মতম অদু লোইখরে।" মায়থোঙশিং অসিনা হায়রি।

"ইমাগী ইবুংঙো, হন্দক মপোক্কী ইচাগা কায়নবা তারব্রনে ইমাবু ? ইমানা কৌবসে অমুক্তদি খুন্নকউনে নহাকপু।"

কনা অমত্তা কপ্পদ্রবা মতমদুদা নুপী অমখক্তি লৈশেম্ববু কৌদুনা তেংথারি।

"নুপী অসিবু কনানো ? লৈশেম্বগী মমা নত্রা ?"

"কপ্লিবা অসিনদি অপোকপী মমা ওইরমগনি।"

"মহাক্কী মচা য়াম্বনি। মফম অসিদা তোইনা লাকপনি।"

ফিঙৌ শেৎ ফিরুক খুমদুনা লাক্লিবীশিংদুগী মরক্তা চিবোন-চিবোন ঙাঙনৈ। ঝাহং কয়া হংনৈ তেংথাদুনা কপ্লিবী মহাক্কী মরমদা।

লৈ-তনা কুপশিনগ্রবা লৈশেম্বগী হকচাং নীংঙাইদনা য়াতারি, মমানা কৌবা তাদনা।

কপ্পমখৈ কপ্পন্নগা মহাক হৌগৎলক্নে। মখোল থোক্লা কপ্পম্বসু তোকখ্রে। বরবলৈ পান্বীদু তম্না প্রপ-প্রপ চঙশিনখ্রে। তুমিন্না বরবলৈ পান্বীদুগী মখোঙদা ফমথখ্রে। ব্রাদি ঙাঙদনা বরবলৈ পান্বীদুদা মীৎ কুপ্তবমখৈ শংত্রিক য়েংলি। য়েংলিবা মীৎয়েং অদুনা ব্রাহং অমদি হংলি।

"মশা খঙজদনা মফমসিদা লাকখিবশিংগী ব্রারী নঙদি খঙবনি। অদুনা নহাক হায়য়ু। মখোয় কনা-কনা অমুক লাকখিগনি মফমসিদা ?"

মীৎলু অনীদু ঈহৌরকই। মচাবু য়েংলগা হীক্লা-হীক্লা অমুকসু কপ্লি।

ব্রাহং কয়া অসিদগী খঙলে মহাক মথাদগী মচা শেৎনরবী মমা অমনি হায়বা। অপোকপা মচা অদু য়াওল্লুপ অমগী লূচিংবনি। চহী খরগী মমাংদা অচৌবা লানফম অমদা মহাক লৈখিদ্রে। মচা কায়নবগী মৈচাক্লা কঙাওনরবদা, মচাগা শকমান্নবা লৈশেম্ববু মচা ওইনা ফংজখি।

মচাগী ব্রাখন্না ঙাওচৎনগে তৌরুরবী মহাক ফরকখিবা কুইদ্রিবনি। ঙসিসু অমুক মচা অমা কায়নবগী মৈচাক অমনা ব্রাখল চোইরবী অমগী মতৌগুম ব্রা-লান অমত্তা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈখ্রে।

লেপ্পা লৈতনা চুরিবা নোংজুথাগী অহিং অমদনি। লৈশেম্বনা মমাগী মনাক্তা লাক্লম্বদু। মরোয়-মনাওশিংসু লোয়নরকই। মখূত্তা খুৎলাই পায়, শাফি-লানফি শেৎলকই। অনৌবা লানফম অমা চৎলমদাইগীনি । মমাগী আর্শিবাদ লৌবা লাকপনি।

মমাগী মখোঙ শোক্লদুনা হায় –

"ঐখোয় ঙসি ফাওবা নীংতম্লবা লৈবাক্কী মীনাই ওইদুনা লৈরি ইমা। ফীরিঙ্গিশিংনা ময়ূমদা হনখ্রবসু মখোয়গী শাসন্দি ঙসিসু লৈহৌরি। অপুনবগী থৌনাতনা পুল্লিবা য়োৎহিং অসে থদৎপা তাবনি। য়েংবীয়ু ইমা, ইপা-ইপুশিংনা চিংলম্বা নীংতম্বগী লৈই ঙসিফাওবা মুত্তনা লৈরিবসে।"

অকিবা মরীক অমা পক্লবা থৌনা ফবগী ব্রাহৈশিং অসে তনৌ-তনৌরিবা মচাগী মচীন্দগী অসুম্না হায়রক্কনি হায়বা থাজরুদে। মখোয় য়েক্লবা মশক খঙলম্লে।

অহিংসিনা লোইদ্রিঙৈ মখোয় অমুক চৎখিগনি। তুমদ-চাদনা শাংলবা লম্বী কয়া লাকপগী চোকথরবা মখোয় গোথাররি মমাগী মতম্পাক্তা। মীৎকুপ অমত্তং ওইরবসু। অঙাং-নবাগুম নুংঙাইনা তুমখুন তাল্লরি।

মোর্গ তম্না চঙশিল্লক্লিবা ফিভৌ শেৎপা মীয়াম অদু মহাক্না উরুদে। অভৌবা ফিনা কুপ্লিবা লৈশেম্বগী হকচাং অদু নুংঙাইনা তুমখুন তাল্লিবগুম খল্লি।

অমুকসু নীংশিংলি। লম্মুক্লরবা মচানা লমথুংফম থিরকপদা 'ইমা' হায়না কৌরখিবা নুমিৎ অদো। লৈখিদ্রবা মচানা মোংফমগী লৈমায়দগী হৌগৎলকপ-গুম্না থোকখি। খন্দোকফম খঙদ্রবা শক্তম অমনা মমাঙদা লেপ্লখি। হুমাংনা পুমচোৎ-চোৎলবা মচাগী মায়থোঙ অদো হন্ন-হন্না তৈথোকপিখি। মোমোন নোকচখি। পিরাংনা থুম্মৎলবা মীৎম্না অনীদু।

মমাগী মীনুংশিনা চেৎনা পুনশিনম্লবা মহাক্কী থম্মোয় পুবা ঙম্লক্তে। পিরাংতনা থুম্মৎলকই। নীংঙম্লক্তে। অপোকপী মমাবু নীংশিংলি। অমুকসু নীংশিংলি মীনুংশি য়াওদ্রবা মপাগী ব্রাহৈশিংদো।

"নুমিৎ অফবা অমা য়েংঙু হায়বদু হৌজিক ফাওবা য়েংদ্রিব্রা ?" ব্রাহং অসিগী পাউখুম খক পীদে।

"হায়রিবসি মীতৈলোলদনি"

"মীতৈলোল ওইরবসু পাউখুম লৈতবা ব্রাহংদি হংনগুমসি।"

মমাগা-মপাগা খৎনরিবদু তাবদা লৈশেম্ব চঙশিনবা ঙমদনা থোঙজিন মরুমদা লেপ্লি।

মখা তারকই —

"ঐহাক কৈদৌঙৈদা খক মপা শারোই। য়াম্না থুনা চৎহনখো। মহাকপু চাউনবদি য়োকপীরেদনা। মখা অমুক তারক্লবদি ঐবু ফত্তে হায়রক্কনু।"

বজ্র তারকপগুম থোকখি ব্রাহৈশিং অসে। খাঙঙমদবা মৈরী অমনা কয়াৎ খূদিং থুংনা চাকখৎলকই। লৈশেম্বা মশা অদু থক-থক নীক্লক্লে। মমাগী চেকশিন মীৎয়েংখাদা ব্রাহৈশিং অসে নোংমতা মফমদা তাহল্লকখিদবনি। পোক্তবা মপাগী মকাদা মমানা মহাকপু চেল্লকখিবনি হায়বা মীৎকুপ অসিদা খঙলকখি। অচৌবা

মীনম্বা অমনা মহাকপু শুমদুনা থম্বীরম্লে খঙলকপা মীৎকুপসিদা মাগী মীত্তা উরিবা পুম্লমক অকিবা পোক্লকই। খল্লকই, পুম্লমক মীনম্বনি।

নুংশি হৈতনা মমাবু থীনা-থীনা ফৃবিরিবা মপাগী মখূৎ অদু পায়দুনা খামলুরগে হায়না খল্লকই। থংনবা মীৎকুপ্তা মশা পূম্বা খঙশোন শোম্বুরকই।

পোক্তবা মপাগী অয়াকপা মীৎয়েংগী কৈশুশঙদা বন্দি ওইনা লেপ্লিবী মমাগী ফিজীদা মহাক্কী পুক্লিবু পুনশিন্দুনা থন্নিবা অদু খাঙবা ঙম্লক্তে।

মহাক থোরক্লে কনাদসু তাক্লমদনা।

নুমিদাং অদু ফনা থেঙজিল্লক্লে। লৈশেম্বা মথন্তা অসুম চৎলি। চৎলিবা অদু কদাইদনো হায়বসু মহাক খঙদে। শুক-শুকনা মম্মী। থা-থবাম্মিচাক থোক্তে। অমুবা নোংনা কুপশিল্লি, অতিয়া পূম্বা। অমম্বনা য়োৎশিনখ্রবা লম্বীদুদা মহাক লেপ্তুনা চৎলি। হায়না তান্নবা য়াদ্রবা নোংলৈ নুংশিৎসু কন্না শীৎলক্লি। উপান ব্রাপালশিং হাই-হুমদুনা খাঙলি। নোংসু ব্রা-ব্রা চুরক্লে। নোংনা মশা পূম্বা পূমচোৎ চোৎলফাও অঈংবা মচেৎ অমত্তা ফাওদে লৈশেম্বা। চৎন-চৎনা মপাগী মচিশ দগী থোরকপা ব্রাহৈশিংদু হন্ন-হন্না শীংজা য়ৈরকই। মপানা ফৃবিবদা মমাগী মনঙ্গন্দা তারিবা দাকফমশিংদু উরকই। হিংবগী হক মৎপীখ্রবশিং, মশাগী ঈজ্জৎ হুরানবীখ্রবী, মচা কায়নরবী কয়াগী তেংথাখোন্তনা নিল্লকই মহাক্কী নাকোংদা। তপথনা চৎপা ঙম্লক্তবদগী মহাক কন্না চেল্লক্লে শকখঙদ্রিবা লম্বী অমদা। হায়না-তানবা য়াদ্রবা নোংলৈ-নুংশিৎসু কন্না শীৎলক্লি অখাক-অরাউগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা।

মহাক্কী মরমদা করিগুম্বা লংলা-লংজিন অমফাও খঙবা ঙমখিদ্রে। মীপাই চাউবী মমানা মহাকপু হন্ন-হন্না কৌজে পাউ-চে কয়াগী খৃথাংদা "ইমাগী ইবুংঙো লৈশেম্বা নহাক হল্লক্লো। ইমানা নঙবু ঙাইরি। নঙ ইমাবু নুংশিদ্রবরা?" লৈশেম্বা অমুক হল্লকখিদ্রে। মমানা কৌবা তাখিদ্রমাল্লে।

অশেংবা মমাগী খোঙ্গুল লীবদা কঙাওনরবা মহাক ঙসিদি নুংঙাইনা তূমখুন তাল্লি মামাগী তম্পাক্তা। মতম্বাক্তা তূল্লিবা মচাবু উরগা নীংশিংবনা মহাকপু খূৎ পায়দুনা চিংলরি। শুর কায়খ্রবা, ময়েক মাঙখ্রবা মহাক্কী নাউশুম ঈশৈনা অনৌবা আশাগী ফিজোল হোংলদুনা মহাক্কী থম্মোয়দা খোম্থাং য়ৈররি।

মমাগী তম্পাক নুংঙাইবদা চেন-চোংদুনা শানরিঙৈ চাউবা শারেপ ফারকখি। ঙসিনা অমুক তৃমখুন তাল্লরি অনৌবা নুমিৎ অমগী মঙ মঙলদুনা। খল্লি মখোয়না, অনৌবা নুমিৎনা থোরক্লগা মীখা পোনবগী অমম্বা অহিংবু জয় তৌরগনি হায়না।

চীংখৈ ফিদুপ হল্লক্লে। চুরম্বা নোংসু লেপখ্রে। মরোই-মনাওশিংগা লোয়ননা খৃৎলাই লেংথোন্নরদুনা চৎকদৌবগী শেম-শারক্লে।

মমাগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্লকই। অরোইবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মমাগী মফমদা হায়রকই,

"মীখা পোনবগী নুমিৎ তাখ্রগনি ইমা। য়েংবীয়ু অমুক্তং নোংপোক মায়কৈদা। থোরক্লগনি তরং-তরংনা নীংতম্বগী অনৌবা নুমিৎ।"

চৎখি মমাবু খুরুম্লম্লগা মখোয় অনৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা।

থোরকখি নুমিৎ কয়া মশীং নাইদনা। কয়াসু তাখি। অহিং কয়াসু হৌখি। নীংশিংবনা লৈতাদ্রবী মহাক্তি য়েংলি ঈখৌলাংনা কোরৌগী ঙংঙ্রান্নবা মশেকলক্তা মচাবু লাকপ্রা হায়দুনা। মচানা খৃৎ থিল্লম্বা মায়কৈতবু য়েংনীংখি। মপূক্লীংদা তত্তনা হংজখি "করম্বা নুমিৎপু ওইরিগবা অনৌবা নুমিৎ হায়বদো ? ইমাগী ইবুংঙো লাক্কদৌবা নুমিৎপু নহাক্লা থিরিবদুবু ব্রাদবরা ? ঙসিসু ইমাদি ইচাগী মায়কৈতবু য়েংলি।"

"ইমা হৌগৎলো চৎলসি। মী পূম্নমক চৎনখিগদৌরে।"

লৈশাবী মচা অদুনা মশাদু পায়দুনা নোম্লকপদা মহাক জ্ঞান তারকই। কপ্ন -কপ্না বরবলৈ পাম্বীদুগী মখোঙদগী মহাক তপ্না হৌগৎলক্লে।

ইকাইখুম্নবা শনমানগা লোয়ননা লৈশেম্বগী হকচাং অদু বজাই বেঙ্গুল খোংদুনা লাক্লিবা মীয়াম অদুনা পুরগা চৎখ্রে। মোর্গ অদু ঈচীক-চীকহৌরে। কয়াম কুইনা অসুম্না চীক্লা লৈহৌগনি ? ব্রাহং অসিগী পাউখুম কনাসু পীরক্তে।

মফম অসিদগী হনখিবা মখোয় কয়াগী মোংফমতনা মফম খৃদিং লৈগুম চাইরক্লে। লম্বীগী চীদাই, তুরেলগী তোর্ব্বান, চৎকদৌবা লম্বী পূম্নমক মোংফম্না লাঙ্গোই চল্লক্লি। অঙাংবা ফৃরাশিংতনা লৈ ওইনা শাৎলদুনা চীঙ্গোম্নুং অসিদা। শেম্লক্লি অনৌবা মোংফমগী লৈকোল অমা।

মোংফমশিংদগী কারক্লিবা মৈখুতনা অমংবা নোংগী মপৈ ওইদুনা মমশিল্লক্লি অতিয়াসে। খনজিল্লক্লি অসুম-অসুম মঙাল মশেক পূম্নমক। উগনি খল্লম্বা অনৌবা নুমিৎ অদুগী।

অমংবা নোংগী মপৈদগী চুথরক্লিবা নোংলিকশিংনা পিরাং ওইরদুনা তেংথারি মচা কায়নরবী মহাক্তি। মহাক্কী তেংথাখোন্না নাউশুম ঈশৈ ওইরদুনা অমুকসু নাউথেল্লি। য়াহিপ তাল্লিবা মোংফমশিংবু। ❑

# অঙনবা অয়ুক্কী নোংহৌ

"থাবল্লে নহাক য়ূম পাল্লু। নঙগী নুপা অমা ঐনা শোয়দনা পীগনি।"
থাবল্লেগী অরোনবা ফম্মুংদা য়ারেক্লিবা রাবৈনা তত্তনা হায়।

"ঐগী নুপা হায়ববু নঙ লৈরিবসিদি।" থৌ-ব্রা ইশা শাদনা খুম্মী।

"মসিদি অরোনবনি। মীনা খঙনদ্রিবা। খঙখিদবনসু ফৈ।"

"নঙ নত্তনা কনা অমমুক থিরুখো হায়রিবনো হৌজিকপু ? ঐ ঙল্লোই।"

ওইনবগী মতৌগুম থমফম খঙদ্রবা খূৎ অদুনা তাইনফম খঙদনা, ফুরিৎ লীৎত্রবা রাবৈগী মতা ফবা থবাক্তুদা হঞ্জিন-হঞ্জিন নাল্লক্লি। অশুকপা পীশুম্না খল্লিবা অরাওবা মীৎ অনীদু তপ্ন-তপ্না উইশিল্লদুনা মোমোন নোক্লি রাবৈ। তুখোং খূদিংগী লেপ্তুনা কারক্লিবা হুমাং মরীকশিংদুগা লোয়ননা তনৌরবী খূৎশাশিংদুনা ওন-থোইদুনা শান্নরি।

"ঐবু থাজৌ। নঙগী নুপা অমা শোয়দনা পীগনি।" অমুক্কসু হন্না হায় রাবৈনা।

থাবল্লে ফুক হৌগৎখি। ব্রা অমত্তা হায়রমদে। শাউনীংবগী মওংনি।

ফি থোংদ্রবা হকচাং অদু খ্বাঙ ফাওবা কম্বল অমনা কুপশিল্লগা লোংনা হিপ্লি রাবৈ। ময়াই কারিবা মীৎকুপ অসিদদি হকচাংদা ফি থোংবা অমসুং থোংদবগী খেন্নবা লৈতে। চিংলিবা চুরুপ্তুগী মৈখুদু শাংনা কামথোকশ্রগা তুং ওনশিল্লগা লেপ্লিবা থাবল্লেদা মুন্না য়েংলি। অহিংচুপ্পা মখূত্তুনা মনীংতম্না চাইখাইদুনা শান্নখিবা শল্লাংশিংদু য়েংলগা খল্লি, মহাক্কী মখূৎনা শোক্তবা থাবল্লেগী হকচাংগী শরুক অমা অমুক লৈত্রে হায়না।

অরোনবা অহিং কয়া মশীং খঙদনা হৌখি। অহিং অমা অতিথি অমা। মীৎয়েং অমা শাথেক অমা। পীরম্বা খূদোল পূম্নমক লৌশিল্লি ওকপা নাইদনা।

পূম্নমকসিগী মনুংদা রাবৈ অনৌবা শক্তম অমনি। রাবৈগী ময়াই কারবা হকচাংনা মাগী থোৎ-নৌরবা লৈকাদা শোক্লকখিবা খূদিং থম্মোয় য়ৌনা থেংলকপগুম তৌরখি। মসিননি থাবল্লেনা রাবৈগী মফমদা থম্মোয়গী ওইবা

পাউখোং অমা ফোঙনবা হোৎনরিবা। "লমজাও মপান্দা শাংপী তখেল্লৈসু লৈনম চেল্লি। নুংশিবা করিনো খঙডি।" পূক্লীংনা ৱাখল্দা ইনশিন্দুনা মীৎয়েংগী ৱাহৈনা ফোঙদোক্লবা লাক্লে।

রাবৈসু খঙডি। থাবল্লৈগী নুংশিবা লৈনম্মা মহাক্কী থম্মোয়দা চুখরে হায়বা। মসিমক্তা য়ুমগী নুপী অমদি মচাশিংবু কাউথোক্লুনা থাবল্লৈনা শেমজবা ফম্মুংদা মীৎকপ থোক্তবমখৈ ওন-থোইদুনা লৈবা ঙম্লি। নুংশিরুবা পোৎ খূদিংমক মমল লৈরক্কই। পাম্মুবা ফাওরক্কই। মপু ওইনীংলক্কই। মসিনা হায়খিবা ওইরম্বা য়াই "নঙগী নুপা অমা পীগনি" হায়না।

ফাজিন-পুনশিনবা য়াওদনা, ঙংলম্বা খূদিং পীথোকখিবা লৈনম হৌজিক্তা তাশিন-খোমজিল্লগে খল্লক্কই। পাম্মুরক্কই মাঙখ্রবা লৈনম ।

চীংহি মনম চুরবা শল্লাংশিং অদু লেংপাক য়েনা থাদরদুনা মোং-হাদনা ফল্লি থাবল্লৈ। ঙসিগী নুমিৎ অসিনা মহাকপু নুংওল্লহল্লি। নুমিৎ অসিনা হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক অমবু তত্তনা নীংশিংহল্লি।

লুহোংবা নুমিৎকী খ্বাংদা শেৎলম্বা পোৎলোয় লৌথোকখিবতা ঙায়রি। পূক্লীংবু নুংওনহল্লিবা অনৌবীগী কা অদুমক্তদা অহকপা চৈরাক পীরল্লবা মহাক্কী মপুরোইবগী ঈনা পুমঙাং-ঙাংলবা থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদুনা লোংনা তাদুনা লৈহৌরি। মীরোং ওইরল্লগা চেনখি হায়বগী মরাল অমদনি পীরল্লিবা অহকপা চৈরাক । অহৌবা নোংমৈগী মখোম্না লৈনম চুরবা অনৌবীগী কা অদু পুম্লিন-নিনখি। খোঙঙুপ বুটশিং অদুনা চবেৎ-চবেৎ নেৎশিল্লল্লবা চৎখি লৈমায়দা তত্তুনা তারিবা কুন্দো পরেংশিংদু।

অহিং অসিনা লাকপা খূদিং মহাকপু তোয়না ওৎলখি। মহাক য়াম্না শিনীংখি।

অদুবু ঙসিদি মহাক হিংনীংবগী ময়াই কারক্লে। মহাকপু য়োৎকদৌবগী তাম্নরিবা মখোয়গী মমাঙদা মীপাইচাউবী শজিগুম তথক-তথক চেল্লম্বদু লেপখরে। কনামতা কিরুবা ফাওদরে। মতমগী অশাবা নুংশিৎকী অকনবা শহুম্না কয়ারক হন্না য়েররবসু নাচুংবা পোক্লুদ্রে।

রাবৈগা থেংনখিবা নুমিৎ অদুমক মহাক্কী পুন্সিদা অনৌবা তাংকক অমনি।

আইম্না থিংখ্রবা অরোনবা পোৎ কয়া লেপ্তুনা কারবার তৌরিবা মীওইশিংগী খূৎনেক্তা মহাকপু খূৎলায় ওইনা শীজিন্নখিবা নুমিৎ অমদনি। মখোয়

পুম্নমক নাম্বোক্তুনা চেনগ্রে। পুলিসকী মখুত্তগী নাম্বোক্লবগী তাঞ্জা কৎদ্রবা মীৎকুপ অদুদা রাবৈনা মহাকপু কনখি।

মহাক্কী পুন্সি কনবিখিবা রাবৈগী মফমদা তৌবিমল ওইনা থম্মোয় পীথোকখি। শকখঙনবতা ঙায়রিবা অহিং অদু অনৌবা মথেল অমনি। ওক্তবী কয়াগী অরোনবা ফম্মুংদা মশীং খঙদনা য়ারেক্লু রবসু থাবল্লেগী মকাদগীদি খক লাপথোকপা ঙমখিদে রাবৈ।

খোইরাদগী নীক-নীক লাউনা তারক্লিবা খোইহিংগুম ঈথক হৌরবা থবাক্কী শরুক অদু ফাজিল্লদুনা শকয়েং মিংশেল অমগী মমাংদা মকে শেপ্লি। চরাম্লনা য়েংলিবা রাবৈগী মীৎয়েং অদু মিংশেল ফাওনা উই।

"করিগীনো অদুক মুম্না য়েংলিবদি ?"

"ইনাক খুল্লবী নঙগী মায়থোঙ অদু য়েংবগী পেনবা নাইদবা।"

"ঙাওশিন্ননু হনুথংদা"

"নুপা অদু ঐনা পুদুনা লাক্কনি। মরল য়াম্না লৈবা মীনি।"

"কান্নদবা ঋাদু খিৎ ঙাঙলনু। পোৎ খরা থুংলগনি। শেল খরা পীরম্মু।"

"ঐখোয় অনীগী য়াইফনবনি ঐনা হায়রিবসি থাবল্লে।

মহাক অহলনি। মানা নঙবু খক পেনহনবা ঙম্লোই হায়বা ঐনা খঙভি। নঙনা মঙোন্দা লৈগদৌরিবসি মমিংতগীনি।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা ফুরীৎখাউদগী চামা চৎপী খরা লৌথোক্তুনা পী।

"নুপা অদুদা লৈরবদি ঐখোয় অনী কায়নবা তারেদনা।"

"কায়ননবা নত্তে থাবল্লে। ঐখোয় অনী থুংননবনি।"

মিংশেল্লোমদগী মমায় অদু খঙলৈ লৈথোরকই। মখোয় অনী মীৎচাম্লে। থাবল্লেগী মীৎয়েং অদু লাংতক্লে। রাবৈবু মুম্না য়েংলকই। ঈংথরুরবা রাবৈগী হকচাং অদু হুমাং মরিক-মরিক কারকই।

অশাংবা নুংশাশোর অমা হোম্দোকখ্রগা —

"ঐবু থাজৌ থাবল্লে। ঐখোয় অনীগী মরী — কনানস্ থদৎপা ঙম্লোই।"

"ঐহাক নুপা হায়বা জাৎসে পেল্লবনি। পৈশা খূৎনাং চাবদি চৎপনি। খূৎনাং চারবা মীগী পুক্সিদি তিন শিংনফম ওইবনি। ঐবু অমুক ৱাহল্লনু তারাবে।"

মীৎচান্নরম্বা মীৎ অদু লুকথনা য়েংলকই। তৌফম খঙলক্তে থাবল্লে।

রাবে থাবল্লেবু চেৎনা কোনশিল্লকই। কয়ারক হন্না কন্না কোনশিল্লি। থাবল্লে তুমিন্না লৈপ্রে। ৱাহৈ অমত্তসু মখা তারকখিদ্রে। মহাক্না থিংলুবগী হক লৈত্রবা রাবৈগী খূৎনা চেৎনা পায়শিল্লকখিবা খূদিং লাংতক্লরুবা মীৎম্না অনীদু চেৎনা উইশিল্লি।

মখোয় অনীগী মনবা মতৌদু তোয়না উমল্লবদা ফক্লাংদা থেৎলিবা শকয়েং মিংশেল অদো মথন্তা ইকাইবা পোল্লকই।

চা থকফম হোটেল অমদনি।

"খুরা, নুপী অমা লৈরে।"

"কয়াম নহানো ইবুঙো ?"

"খুরাগা য়েংনরুবদা য়াম্না নহানি।"

"মদুদি য়াম্না ফৈনে।"

"মদুদা নুপী অদুনা খুরাবু অহন ওইমল্লি হায়দুনা য়ারক্লোইদ্রা শিনিনে।"

"হেরা ইবো, মমোন্দা শেংসনু। লৈশাবী ওইরবসু পান্নগে হায়রিবনি খুরাদি।"

বয়স মতাদুনা তৌরক্লিবা এক্তিং অদু উবদা রাবে তুমিন্না থিক-থিক নোক্লি। ৱারীদা লুপ্লিঙৈ ঈংথ্রবা চা অদু কূৎ-কূৎ চিংশিন্নরবা তুংদা অহল অদুনা হায়—

"ৱা কোইথোক্লগুমসি রাবে অচঙবা খরচ ঐনা তিংগনি। নঙ নখোঙ য়াম্মী ; কোয়না চাক্তাবা মীনি। নঙনা ফনবা শিল্লু। নন্দোন অমা থিদবা য়াদে। ইচা-ইশুগী লমন তোল্দ্রবা মীনি ঐহাক। ঐগী লন-থুম পান্থশিংনা ঐবু থুনা শিহন্নীংঙি। নন্দোন লৈখিদবা কুমওন হেল্লবনি। ঐগী কনাসু লৈতে। য়ূম পান্দবা য়াদবনি।"

অহল অসিগী হকচিনবা ৱাহৈসিদা রাবে ঙৈহাক খঞ্জানে। ঙৈহাক খল্লবা তুংদা —

"খুরাগী ৱাখল্লবু মদু য়ৌরবদি নচা রাবে লৈরিদনা।"

রাবৈগী নুপা মানবা ব্রাহৈসিদা অহন্দু ময়া য়াওদ্রবা য়ারীদু হিগত্তুনা পেন্না নোকচৈ।

"ঐগী নীংবা শোয়দনা থুংলগনি" অনীমক্লা মপৃক্লীংদা খল্লি।

কৈনা কৎখিবা পংকুই কুইখিদ্রি। অনৌবী লাকপগী হৌনবী ইমুং অদু তনান-তনাল্লি। য়েৎপীনবা কনাসু লৈতে। থাবল্লেনা লোনবা চা গ্লাস অমা থব্রায় তানা থক্লগা নহা ওইথোক্লবা মায়ওকব্রা শান্নদুনা হনুবদু ব্রাকিং চৎখি। থাবল্লে মথন্তা ফি মতেক অমা কেরপ ইল্লদুনা ফল্লি। ইমুং অদু ইচীক চীকই।

কদোমদগীনো খঙহৌদে শৎ ফাওজিল্লকই।

"অনৌবীগী য়ুমসিবু করম-করম পাল্লিবগে ?"

"য়াম নুংঙাইরে।"

"অদুবুদি মহৌশানিদনা।"

"পুম্নমক ইবুংঙোগী লিলানিদনা।"

"নঙগী চৈশুদুবু লৈত্রাও ?"

"ব্রাকিং চৎখি নহা ওইথোক্লবা।"

থাবল্লেনা থারিবা ফিদাদু লৌশিন্দুনা ফম্মী। মহাক্লা ইনৌ-নৌথোক্লম্বদু উরুবদা লাংতক্লে। পুক্লীং অদু লৈতাফম খঙদে। অঙনবা অয়ুক্তা হৌরকপা নোংহৌগুম থম্মোয়গী ইহল মঙাও থিরকই। মায়থোঙ তংখায় খুন্নিবা ইন্নফি অদু হায়দোক্তুনা নাপ্পদা অরোনবা মপাউ তম্নীংলকই।

"চা থকখিসি তারাবৈ। য়ুমগী ইনম্মা অমদি অঙাংশিং অনা-অয়েক য়াওদবা নৎত্রা ?"

"কনাসু থোইদোকপা অনা-অয়েক য়াওদে। মখোয়সু মখোয়গী থোকপা।"

থাবল্লেগী চন্নবা ব্রাহংসে ফজে। রাবৈ পুক্লীংনদি য়ানীংবা পোক্তে। ব্রাহংসিনা মখোয়নীবু লাপথোক্লহল্লি।

চা পীরক্লিবা খুৎ অদু চেংনা পায়শিল্লুই।

"নঙসে য়াম্না ফজরম্নে থাবল্লে।" ঙৈহাক মীৎচান্নে। মীৎয়েংদুগী অর্থ অনীমক ফাওনৈ।

"নঙ য়াম্না ফত্তে তারাবে। ঐবু য়াম্না ৱাহল্লি। মরাই চাইথরবা মী অসিগা করম্না লৈমিন্নৌ হায়রিবনো ?"

তপ্না নাম্বুরক্লিবা ইন্নফিদু মপুং ফানা চিংথরকই। মমুন ফারবা উহৈংগুম নীংথিরবী হকচাংদু নকশিন্না উরকই। লেংজুম অনীদুদা তপ্না পায়রকই। মকা ফোংলকই লম হেল্লবা থম্মোয় অনীমক।

"লৈনম চাউবী থাবল্লে। নঙদি ঐতগীনি।" লৈমায়দা তারিবা ইন্নফিদু খুনগত্তুনা ইনশিবীরগা চেৎনা কোনশিল্লুই।

অয়ুক্কী নোংহৌসে কয়াদা ময়াই কারিবা ।

মচাগী চাকউম্বা নুমিৎনি। হৱাও-তয়াম্বনা ইথন-থল্লি। ফূরীৎ খোঙগ্রাও শেৎচিনবিরদুনা মচাবু পল্লি থাবল্লে। রাবৈসু মফি নাল্লপ তৌনা চঙলকুনা ফল্লরি। হনুবদুগা ফম্মিন্নদুনা রাবী শারি।

"নঙগী নপান্দগী খুরা নীংবা থুংলে। য়াম্না নুংঙাইরে।"

"অঙম-অঙম্বা মতেং পাংনবা হায়বদুনিদা খুরা।" মীরক-নারক য়েংলগা রাবৈ অঙাং অদুদা মুন্না য়েংঙি। থাবল্লেগা অমুকসু মীৎচায়ে। পাউ ফাওনখি।

"ঐগী সম্পতি পূম্নমক ইচাগী মিংদা পানশিনবীরগনি। ঐবু থুনা শিহন্নীংবশিংনা খূৎ থিংজিনবা ঙল্লরোই। লাইনা পীবিদুনা ইচানুপা অমদি ফংলে। নন্দোনসে নহাসু ওইরি। ইচানুপী অমত্তংগা পান্নিয়ে।"

"মদুসু শোয়দনা পীনরক্কনি খুরাইবুংঙো।"

মীৎয়েংদু থাবল্লেদা থল্লগা মফৈ নীকখি রাবৈ। থাবল্লে খারূপ য়েংলল্লগা পৈথোকখি। অরোনবা খোঙলম্বী অমা নারক্তা চৎকম খঙদনা মাঙগ্রগদরা খল্লম্বনি। মথোই কানা নোকখি রাবৈ।

হন্দক মরকসি ইরাক লাকখিদে। "করি লমদবু চৎশ্রবজাৎনো ?" থাবল্লে মপূক্লীংদা শোঞ্জে।

মতম অসিগী চপচাবা নুপা হায়বদুনি। মহাক্কী মফমদদি নুপী হায়বসি ঈশিংনি। চোংথদুনা ফনা শান্নরবসু দাকফম লৈতবা। "নুপাদি ঙমগদবনি। পাপ-পুইনদি মীগী নত্তে । লাইগী ৱানি।" মহাক্কী ৱাখল্লি। নুপা হায়বসি নুমিৎকী মঙালগুম্বনি। ফক্লাংগী অহোবা মখুন অমত্তং লৈবদা লিৎশিন্দুনা ঙানবা ঙম্বা।

মশামক্কি হায়নসু খল্লি। মসিগীদমক চাউখোকচৈ মহাক। নুপা ওইনা পোক্লুবগীদমক।

য়াম্না কন্না ঙম্লুদে। ডাক্তরদা কুইনা লায়ৱেংলুই। উনখিদ্রবসু ফনা কুইরে। নাদুনা লৈ হায়বগী পাউসু ফংলে। হংলুনবগী অঙ্গা অমদি ইফং ফংদে। নোংমা থবক অমা লাকপদগী লমদাং চারে খন্দুনা চঙলকই।

মহৌশাদগী য়াম্না হোংলম্লে। মতম অমগী শক্তম অদু মাঙখ্রে। ফিভম থীনা শোক্লে। মাগী নুপী অমদি মচাশিংনা মীগী থবক শুরুরগা চানবা অমসুং অনাবগী হিদাক লৈনবা হোৎনরি। অনাবগী মনাক্তা তোয়না পঙচঙ চঙনদে। চাউশেন শেন্নবা হায়বদুনি।

কম্পোর অমনবা অমখক শুপ্লদুনা হিপ্লি। মচাশিংনা মনাক্তা চঙনীংদবগী মরমসু মহাক খঙডি। মহাক য়াম্না নুংশি হৈখিদে। মখোয়বু য়াম্না ৰাহনখি। হৌজিকসু ৰাহল্লি। মীমান্নবা ঙমহনখিদে। মহাক য়াম্না লানখি। য়াম্না নীংঙন্নক্তে হৌজিক্তা।

থাবল্লে লাকই তাবদা শোক্লবা ফিভমদু শেমজিন্নবা হোৎনরি। মহাক্লা খল্লি থাবল্লেদি মহৌশাগুম মপোপ-মতাং করমখিগনি। শোকচিল্লবা ফিভম অদু থাবল্লেনা উখিদনবা হোৎনবদা অনাবগী ৰাখল কাউখোক্লুই ঙৈহাক্তং।

থাবল্লে চঙলকই।

"হকচাং খরা নুংঙাইরৱ্রা তারাবে ?"

"করি হায়গদৌবনো হায়ফম খঙদ্রে থাবল্লে। মোরাদু লৌশিল্লগা ফম্মু।"

থাবল্লেগী মহৌশাগুম ইতিং-তিংবদু হোংলমদ্রি। অনাবনা চাবা য়াবা অচা-অথক খরা খাউ মনুংদগী লৌথোক্তুনা পী। মতম অমদা থৌনা য়াম্না ফখিবা খুৎ ঙসিদি তিংথোক্কদবা ইকাইরকই।

ৰা-লান অমত্তা ঙাঙনদে। কা অদু ইচীক-চীকই। অচীকপদু নক্কৎলদুনা থাবল্লেনা শোম্বাংননা হায়রকই —

"নুংঙাইতবা ৰাখল খল্লুরনুদা। হৌখিবা পূম্নমক তিন্নরুবা খুদিংমক্কী লোনচৎনি খন্দোক্লসি। হকচাংদু কনখৎনবা নুংঙাইবতা খল্লু মতম অদুগুম।"

"নুংঙাইবতা খল্লু" ৰাহৈ অসিনা অমুক্কা হেন্না চৈনা ফাওরকই। নুংঙাইবা

হায়বা পুন্নমক মথন্তগী ওইখোক্লবদগী ঙসিদি মহাক্কী নুপী অমদি মচাশিংনা মহাকপু হৌদোং অনাবগুম চেগপ্না চপ্তুনা লংশেক্লীংহল্লি।

"ঐ অমুক চৎলুখিগে তরাবে। হকচাং নুংঙাইরবকান্দা নোংমা চখোরকউ।"

থাবল্লে তপ্ন-তপ্না থোকখি। মহাক্কী অকোনবা ৱাহৈদুদা রাবে ঙক্তমক নোমহৌই। চোকথরবা মীত্তুনা থাবল্লেনা থোকখিবদু নীংঙমদনা য়েংহৌই।

খৃবাক্তা থিংলিবা চন্দন অদু কৃষ্ণগী খোঙ্গুল হক্লিবা ছাপা অদুনা লাইবক, পাম্বোম অমদি থবাক্তা কিং-কিং নম্লি। য়ুম নৌনা অমুক পাল্লবসু পংকোং অমনি। মচা-মশুশিংগী শেবাদা থাজবা ঙমদ্রবসু লাই ফাওবদি নীংলি। থাবল্লেগী মখুৎনবু থোংলবদি থবায় তানা লৌখৎলি। ফৈজোম শেংলবসু থাবল্লেনা সিনেমা য়েংনীংঙি হায়রবদি মখাঙ অকোনবদুগা হেক্তা ইন্নখিগনি।

গাড়ী মচা তোংবা পাখঙ মচা অমা কোনথোংলোমদগী থৌজিল্লকই।

বার্তোন তৌবা লাকপনি। ময়েক খঙদ্রবা অহল অদুনা তানবা বার্তোনগী মরোল অদু হায়রম্মী।

"ইসে! ইচা রাবে লৈত্রবা। পাউ-ঈ করিমত্তা তাখিদবা কুইরবনিনে। নুমিত্তং হায়রম্মু বার্তোনদু থনল্লনু। হরে কৃষ্ণ, হরে হরে ... ...।" চন্দন উপুদু কোল্লদুনা ইমুংদা চঙখি।

পাখঙ মচাদু গাড়ী থৌদোকখি।

মপান্দা ঙাঙনরিবা পুম্বা লোইনা তায়। হপ্তা অমা হেল্লে চাক মরু অমফাও চাদনা হিপ্লিবা। লায়ওং মফম খঙদে। মহাক নাবদা মচা নুপা অদুসু চেন্নরে। মনাম তারম্বা চীংহি মনম চুরম্বা শন্নাং অদু ইপুন-পুনশিন্না ইয়েং য়েংশিন্নে। অমুক হন্না খোমগৎনীংলুদরে। মায়খোঙ অদুসু মায়হিংনা কাহৎলে। লৈনম্মা লৈনাশিংবু মীরাইরক্লে থাবল্লে।

মমা-মচা অনী শেন্নবদা মীৎকুপ অমা পোখাদ্রে। ডাক্তর কৌদুনা য়েংঙি। চেকশিনবা কয়া হায় ডাক্তরনা। লৌশিনবা ঙমদে না পঙশিল্লক্লবা হনুবদু। পীজরুবা হিদাক নুঙদা ঈশিং চাইবগুম থোকই। শাউনীংনা হায় — "কান্নদবদা হৌজিক্কানগী ডাক্তরশিং অসিনা থৌরেম ঙাক্তা হেক তৌরদনা। লাইওক-তীলওক্তুনা ঙমদবসু অদুনি-অদানি পঙহায়দা হেক হায়।"

ফুঙ্গা অদু মৈ হৌগৎলি। হৈরম তরেৎ, লৈরম তরেৎ, কবোক নাচন তরেৎ অমদি অতৈ দখিনানচিংবা পোৎলম শুনা য়াংকোক অমদা হাপ্লে। মমা-মচা অনীমক ফক অমদা ফমহল্লি। য়োৎশবী মখোঙ অহ্মদা পোৎলম শুনা কখোকই। পায়রিবা থাঙ অদুনা লৈমায়দা পল্লান্দবী লৈই তরেৎলক চিংঙি। শোনবা লোইরদুনা য়াংকোক পায়দুনা মপান্দা পুথোকখি।

চবান থাদোকপা লোইরদুনা মমা-মচা অনীমক মমীৎ পাঙথোক্লবা হায়।

মীৎ অনীদু য়াম্না ৱানা পাঙথোরকই। মতম্পাক্তা পল্লিবা মচাদুদা অমুক য়েংঙি। অহল ওইরবা মাগী নুপাদুদা নীংঙমদনা অমুকসু য়েংলি। মীৎলু অনীদু পিরাংতনা থুন্নাৎলক্লে। পূক্লীং ৱাখল অমদি হকচাং ঙম্নমক চোকথরে। পোখানীংলক্লে মতম চূপ্পগী ওইনা।

উইশিনখিবদগী পাঙথোকখিদ্রবা মচাগী মমীৎ অনীদু শংত্রিক য়েংলগা থম্মোয় ফূক্না কপ্লকই। ❑

# লমজাও পুখ্রি

ঈকং থোক্লুনা মী পূম্নমক ৱানরে। পুখ্রি-খোংবান, লৌবুক-লম্মাং, তুরেল লৈত্রক চৎলে। থারুবা মহে-মরোং পূম্নমক লেপকং কংলে। থরুবা ঈশিং ফংহন্নবগীদমক উপাই অমা থিনবগী মিটিং ফমই।

পুনশিন্নবা হোৎনবদা অৱাবা অমা ওইরিবা খুল অসিগী অপুনবা অমত্তং হায়রগদি শরক অচৌবা মনাক্তা লৈরিবা নীংথিনা য়েংশিনবিদ্রবা পুখ্রি অসিনা লোইরে। হৌখিবা কুম অমত্তদা কংবা নাইখিদবা পুখ্রিনি। হন্দক্তি মহাক কংলে। লৈত্রক লাওনা চৎলে।

খরা অমনা হায়,

"পুখ্রি অসি খরা তৌথোক্লুনা ঈশিং খাঙবা ঙম্নবা শেল্লসি।"

খরা অমনা অমুক য়েংলি,

"মসি ফুনজিল্লসি। লম য়াম্না মাঙহল্লে। লম্পাক ওন্থোক্লুনা শান্নবুং শেমদোক্লসি।"

নাকন অনী থোক্লদুনা য়াম্না কন্না য়েৎনরে। ৱারেপ তাবা ঙমদ্রে। মতমসু ফনা শাংনা চঙলক্লে। ৱারোইশিন অমা পুরকপা ঙমদ্রি। মিটিং অসিগী অশিল-অরাং ওইনা চেল্লি মংলেম। মহাক তৌফম খঙদা কোয়চেন চেল্লি। য়েৎনরিবা নাকন অনীগী লুচিংবা মনিথোই অমদি চাউথোই অনীগী মরক্তা কন্না মুক্লরি। অমনসু মংলেম, অমনা অমুক মংলেম, মংলেম মকোক ঙাওরে। মখোয় অনিগী মরক্তা মহাক হা ওইরে।

কাইনথংদা খূৎ য়াম্না থাঙ্গৎনরকপা নাকন অদুনা পুখৎলকপা ৱাফম্না অরোইবা ৱারেপ ওইরে। পুখ্রি তৌবদা তাখরে।

মনিথোই মঙক নোমখি। মহাক্কী কাঙবুনা পুখৎলকপা ৱাফম্না মিটিংগী ৱারেপ ওইখিবদা। চাউথোই মখা চীক্লুনা ঙাইরি। মথংগী মীখল লাকপা। হন্দক্কী সরকার অসিমদি মনিথোইগী খূৎচাবী ওইখিবনা মহাক্কী মী খজিক ৱাংখিবনি। মথংদি

মনিথোইগী মীবু মাগী মীনা ইম্বুবা হায়বসি মহাক্কী ব্রাশক্লি। লৈকাইগী থবক খূদিংদা মখোয় অনী ফিবায় চক্রি তৌনদুনতা চংলি।

মংলেমগী অনেম্বা যূমগী থংনবদা পাওনম তোম্বীগী অব্রাংবা যূম লৈ। লৈকাইগী অহল্লোন-নহারোল অনীমক্লা য়াবা মংলেম্লি। ইনাকখুনবা তোম্বীনদি মহাকপু য়াদে। য়াম্না শাওই। মহাক্তা নত্তনা মাগী অব্রাংবা যূম অদুনসু মংলেমগী অনেম্বা যূম অদুবু য়োংকদৌবগী মুনা-মুনা য়েংলি। করিগুম্বা মতমদসু দলান মথক্তা লেপ্লগা মচেক্লা য়ৈরগা অসুম্না ঙাঙলকপসু য়াওই — "চফূদা মিরাং থুরগা, অহাঙবা চাকখাও মেনবসু ঙমদবা, নেতা ওইনীংবা মী য়াম্না লৈপ্রেদা ঐখোয় লৈকাইসে।"

ব্রাহে অসি মাবু ইকাইবা পীবনি হায়বা খঙডি। মসিমদি মংলেম শাউনীংঙি। ইনাক ফনা খুল্লবসু পাওনম তোম্বীবুদি মহাক্লা কল্লক্তে। "মীকুপ। মীগী ঈ চূপ্পা। শেন্দ্রাং মথীদা অনানি খুনবা। শেম্দোইদা ঙাওবা নঙনসু ঐবু নোক্লবা শাই।" মপূক্লীংদা হায়দোকখি। ওনশিন্নরুদে।

ঈশিং ফংদবগী অব্রাবসে হায়দুনা কান্নদে। যূমদা চঙলকপা মী ফাওবা ঈশিং গ্লাস অমফাও পীথক্লীংদে। ঈশিংগীদমক ব্রাথোক ওইনৈ।

কালেনগী নুংশানা চেকখায়বমখৈ শারিবা নুংথিল অমদনি। মী পূম্নমক শরক্তা চংনদে। ময়াক কনখ্রবা নুংশা অদু নেমথরকপা ঙাইনৈ। অরাপ্পা তুরেল অচৌবদগী হোল্লকপা ঈশিং গাড়ী টেঙ্কি অমা পাওনম তোম্বীগী কোম্বোঙ মপাদা খান্নে।

লৈকাইগী অঙাং মচা খরা গাড়ী মখোল তাবদা চেম্বোরকই। টেঙ্কিদগী নীকথোরকপা ঈশিং মরীকশিং অদু য়াগদৌবগী মখোয় মরি-মরি চেনশিন্নরকই। ক্রয়াদি কুইরে মখোয় ঈশিংগা শান্নমিন্নদবা। মখোয় হরাওরে ঈশিং মরীকশিং অদুনা মশাশিং অদুদা চোংলকপদা। মখূৎ মচাশিংদুনা অমনা অমগীদমক য়ানরদুনা মকোক্তা-মমায়দা, মশাদা হৈজিন্দুনা শান্নে। মবুক থনবমখৈ থকচিল্লি।

ঈশিং শান্নরিবা অঙাংশিংদু উবদা পাওনম তোম্বীগী নুপী থম্বালমচা চৈ পায়দুনা তান্নরকই। অঙাংশিংদু হৌদুনা চেন্নখি। অথীবা ব্রাহে থাদুনা চৈহৌই - "মহা পাপীগী মচাশা নখোয়না শান্নবা লৈরুবা ঈশিংলা ? ঈশিংদু অদুক খৌরাংলবদি নমা-নপাদা পীথকউ হায়উনেহে।"

চোং-চোংদুনা চেন্নখিবা অঙাংশিংদুনা চৈহৌরিবদু তাখিদে।

য়ূমথোংগী নুপা অমমম্মি পুস্ত্রি তৌবদা য়াওগদৌবা। অয়াম্বা লোয়না লৈকাইগী পাল্লিনি হায়দুনা থোক্লরকই। ইনাকখুনবা পাওনম তোম্বীখোয়গীদি কনামত্তা থোরকপা উদে। মখোয়গী ইমুংনা লৈকাইগী থবক্তা য়াওগন্দবসি অনৌবা অমা নত্তবনা ময়াম্না থোইদোক্লা ঙাঙনরুদে। তোতি তারিঙৈদসু তুলুনা হেক্তা চিংথোকখিদুনা ময়াম শোকপা হেক্তা ফংহৌরোই। ঙাঙলুবদি ঙমদে। পূম্নমক্লা খায় ।

শরক্তা তাইনবদা নলা অচৌবা অমা লৈবদু তপ নপ্পা চেক্কী ৱাল খাগৎখ্রে। খরা লৈরগা ৱাল অদুগী মখোঙদা নুং হৈথদুনা অস্তর তৌশিল্লকই। মফম খঙদনা মাঙখি নলাদু। নোংজুথা লাকপা কান্দদি চেম্ভোকফম লৈতদুনা মংলেমগী শুমাং ঈশিং খৃকউ য়ৌই। নুমিৎ অদু মংলেম য়াম্না শাউনীংখি। মখূত্তা য়োৎপাক অমা পায়দুনা থোকখি। অতাবী অমা খঙনরগে হায়দুনা। মমানা মখূৎ পায়দুনা খাম্মী। "মীদি ইনাকখুনবনি। তৌগেদা ঙম্বনি। ইমাগীদি নথন্তনি। ইমাগী মংলেম।"

থবাক্তা হুল্লিবা মিহুন অদু ফনা কুইনা তপথরকউ য়াখিদে। নুমিৎ অদুদগী তোম্বীগা ৱাসু ঙাঙনখিদে। অদুনা মংলেম্না খল্লি, মহাক থোরক্রবসু পুস্ত্রি অসে ঐখোয় ময়াম্না শোয়দনা তৌগনি।

"পুস্ত্রি অসি হান্নদগী খরা চাউথোক্তবা য়ারোই।"

"চাউথোকহনবা য়ারোই। লুথহনবা নত্তনা।"

য়ানি য়ারোই হায়বগী মরৈ কন্না য়েৎনরকই থবক শুরিবশিংগী মরক্তা। য়েৎনরিবশিং অদু কনাসু নত্তে। মনিথোই অমসুং চাউথোই অনীগী নকশিন্নবা মীওইশিং ঙাক্তনি। য়েৎনরিবা নাকল অনীমক য়াশিন্নবা পুরকপা ঙমদ্রে। থবক মখা চত্থবা য়াদনা পন্দুনা লৈরে। নাকল অনীমক মংলেম্না মখূৎ লোন্নদুনা হায়জে — "পুস্ত্রি অসি মীয়ামগীনি। মীয়ামগী অৱাবা কোক্লবগীদমক পুস্ত্রি অসি তৌবনি। ময়াম লিংজেন মান্নরিঙৈ ঈশিং ফংদবগী অৱাবা অসিদদি কোক্লবা হোৎনমিন্নসি।"

মংলেম্না হায়জবদগী য়েৎনরম্বা মায়কৈ অনীমক য়েৎনখিদ্রে। নহা অহল খূদিংমক মংলেম্বু থাজে। মখূত্তা মতীক চাবা খূৎলাই পায়দুনা থোরক্লিবা মখোয়

পূন্নমক থবক্তা মায় ওনশিন্নে। লিংজেল মান্নবা হায়বসিদি হিজাউ হোনবগুম্বনি। য়ান্নবা ঙম্বা নত্তে।

খরনা খূত্তা য়োৎপাক পায়দুনা লৈবাক তেংলৈ ফল্লি। খরনা লৈরি চৎলি। শাফবা নহা ঙাক্লি। হুমাং লোইনা তারি। লিংজেন মান্নবগী খুদম্নি।

ইকান-কান্নদে, চাউথোই অমসুং মনিথোই, খোঙলোই খরগা লোয়ননা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লক্কুনা পুখ্রি অদুগী নাকল ঋাংমা-ঋাংমদা লেপ্লে।

ময়াক য়াওনা শাগৎলক্লিবা নুংশাগী মঙাল অদুনা য়েবদা হুমাংনা চোৎলবা শাফবশিং অদুগী মনঙ্গলশিং অদু ইরং-লংনা উরি। মখোয়গী মশাশিংদগী ইরং-লংনা শিন্থরক্লিবা হুমাং-মরীকশিং অদু সনগ্লাস উপ্লিবা মনিথোই অমদি চাউথোইগী মমীত্তা উখিদে।

"ইনাও ইবুংঙো মংলেম ইয়াম্বা নঙগা ঋারী খর শাবা পাম্মী।" মনিথোইনা মখৌ পোংলপ মংলেম্বু কৌরকই।

মনিথোইনা কৌবা খুম্বা লোইফাৎত্রিঙে

"ইবুংঙো মংলেম থবক্তু ঙৈহাক খুৎ থাখো ইয়াম্বগা ঋারী অমা শান্নসি। য়েৎনরম্বা পূন্নমক ইনাওনা তাইশিন্নখ্রে হায়বা তারে।"

চাউথোইনা অমুক মংলেম্বু মনাক্তা কৌশিল্লকই। কনাগী মনাক্তবু হান্না চঙগদৌরিবনো ? মংলেম চঙক্লে। থবক শুরিবা নহা শাফবশিং অদুসু পোত্থানীংবা পোক্তনা লম্মুক্লে।

"ইয়াম্বা অনীমক থবক খূৎথারগা য়ূমদা ওইনা লাকচরগে।" নাকল অমত্তদা লেপ্লিবা খোঙ অদু থাংদোক্তনা মংলেম্না খুম্মী।

শোয়দনবা ঋাফম শিন্নরম্লগা নাকল অনীমক শমজি খাইদুনা চৎনখি। মুক্ল বা মীৎয়েং অনীনা ঈকং থা নংলবা পুখ্রি অদু মৈ হৌরক্কদৌবগী মতৌগুম থোকখি।

"পুখ্রি অচৌবদা হৈথনবা ঈশিংগী পৈশা সরকারনা পীথরক্কগনি।" লৈরক কোনশাং খূদিং ঙাঙনৈ। অনী মঙা তিনবদা।

"নোংদোন লাইরেম্বী হরাওবগী লাইমাঙ ফম্বদা কুমগী নোং লাক্লনি ইচা-ইনাই অবাবা কোক্লগনি হায়দাইনে।"

"কনানা খঙনোদা, মাইবীগী চিম্থোক্লা করিনো।" কৈথেল কাবীশিং লম্বী চৎনা-চৎনা ঙাঙনৈ।

খুনগী লৈশা-পাখঙশিং হরাওনৈ। পুম্রিদগী ঈশিং শোকপা ফংলগনি খন্নবদা। কুইরে মখোয় পুম্রি অসিদগী ঈশিং শোকখিদবা। লৈশাবীশিংনা খ্বাঙদা সনাবুন য়েপ্তুনা পরেং-পরেং কারকপদা খুল্লোম্নবগী পাখঙশিংনা লৈগী নাচোম শেমদুনা পীগদৌবগী ঙাইরম্বদো। ইকং থা নঙ লাকপদগী মখোয় কনাসু লাকখিদ্রে। শাবী-শানৌশিংগী ঙাইনা পুম্রিনি। "লমজাও পুম্রি" ব্রারী কয়ানি লোত্তুনা লৈরিবা নঙোন্দা।

মংলেম মনিথোইগী নাক্তা ফম্নি।

"মংলেম চাউথোইগা ঐগা লম্বানি। মানা ঐবু ইম্থুনবা হোৎনৈ। নঙনা খঙগদৌবদি ইয়াম্বদি ফম্মাইবা কয়া তুংদা লেপ্লিবনি। লুপা কয়াসু চঙসনু পুম্রিগী ঈশিং ঐনা পীগনি। নঙ ইয়াম্বগী মীচঙদা লেপকদবনি।"

মনিথোইগী মীচঙ খোল্লিবা ব্রাহে অদুগী মপুংফাবা পাউখুম পীরমদনা মংলেম হৌগত্তুনা থোরক্লে। মনিথোইনদি মহাকপু থাজনা য়েংহৌই।

চাউথোইনা অমুক হায় "মংলেম নহাক নগুণ লৈবা অঙাংনি। ঐগী শঙ্গ নঙনা খঙলিবদুনি। লাক্লিবা মীখন্দা ঐগী ইতিক য়েংঙু। অঙম-অথৌ খনসি ইয়াম্বগী তুং ইল্লু। মাগী মনিথোই হায়বা সভা গুণ চেন্দবদুনা হায়বা লৌরুনু। পুম্রি অসি ময়ামগীনি। মহাক্লা কুশি য়ারোই।"

ময়ি লৈত্রিবা মংলেমগী কোক অদু মশুং কয়া থোক্লা কায়রকপদৌনা তৌরকখি। মখোয়না পীবা ঈশিং থক্কদৌবগী শরুক ঝৌগংনদুনা পুক্সি লোমখিবনা হেন্না ফরদ্রা খল্লকই। ব্রাঙাংদি রাবন ঙাক্তনি অনীমক। তৌথোরকপদি অমত্তা শিংথানবা য়াদে। মশক য়েংনীংদ্রবসু উনদবদি য়ারোইদৌরি। করম তৌনা লাং অসিদগী নানথোক্কদগে ? মংলেম নাম্থোক্লে খন্না-নাম্থোকপা ঙমদে।

মীৎ অনীদু উইশিন্নবা হোৎনৈ। তুমথবদি য়াদ্রে। মশেন-মরাং পঙউ উরকই। ভূৎনা চেল্লিবা মী অমগুম।

য়ুমথংনবা তোম্বীনা দলান মথক্তংগী মত্তিন শিথ্বরকপদু উরুই। শাওনীংমনখিদুনা চেক্তুম অমা পায়দুনা লংগে তৌরুই। থংনবদগী চেনশিল্লকপা ঈশিংনা শুমাঙ অদু অমুক থুমজিল্লকই। য়োৎ পায়দুনা চেনথোক্লুই। অমুকসু তারকই। চেকপন মরুমদা তোম্বীনা খাক্লা নোক্লিবদু।

কন্না চেজেৎ উইশিল্লি। হন্দক্তি শোয়দনা তূমথরগনি খল্লি।

তপ্ন-তপ্না অমুক উরকই। খুনগী শাফবা পাখঙশিংগী মমায়দগী তারক্লিবা হুমাং মরীকশিং অদু। হুমাং মরীকশিংদু মিংশেল ওইনা খন্দুনা অমুক য়েংলুরি। মনিথোই অমদি চাউথোই মিংশেলগী মমি ওইনা লেপ্লম্মী। মমিশিং অদুনা মহাকপু য়োৎকদৌবগী শেম-শারক্লম্মী। মখূৎশিং অদু শাংনা তিংথোরক্লম্মি।

"ঐ খাঙবা ঙমদ্রে ....... !"

মিংশেল অদু থুগায়রদুনা লাউরকই।

"কনাদনো নঙনা অদুক কন্না লাউরিবদুবু মংলেম ?" মমানা চেনশিল্লক্তুনা হংলৈ।

"ভূৎ-প্রেৎ ময়াম অমনা ঐবু ওৎলরে ইমা। ঐ য়াম্না ৱারে ইমা।"

হুমাংনা মশা অদু পুমচোৎচোৎলে। ইল্লিবা ইন্নফিদুগী ফিজিদুনা তপ্ন-তপ্না তৈথোকপীরি মমানা। "ইচাগীদমক ইমা লৈরিবসিদি, ঈশ্বরবু থাজৌ। অচুম্ববু কাউগনু।" মমানা হায়রিবদু ময়েক শেংনা তায় মংলেম। মশা অদু খরা ঈংথরক্লে। তপ্ন-তপ্না তূমথখ্রে।

নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরম্লে মীকপ থোক্লকপদা। ইনা কুপ্না য়ূমথক্তুদা জেরে-জেরে হায়বা খোঞ্জেল অমা তায়। মংলেম জ্ঞান তারে — অহিং অদু নোং লেপ্তনা চুখ্রে। ❑

# কেতুকি

ওফিস চৎলিবনি হায়দুনা মহাক্না কেনা-কেনা সারি শেত্তুনা থোরকপদু অউবশিংনা হংনৈ "মহাক্না থবক তৌরিবসিবু করম্বা ওফিসতনো ?

"থবক্তি তৌই হায়বনি। করম্বা ওফিসতনো হায়বদি খঙদে। থবক্তি তৌদনা অসুম হায়না নুমিৎ খূদিংগী কেনা সারি শেত্তুনা চৎপা হৌনব্রা ?" খুন্নিদুনা হায়।

"হোয়নে চুম্মীনে। ঐখোয় মীতৈ নুপীশিংসে ওফিসকী থবক অমা তৌদ্রবদি সারি পাক শেৎনদবনি।"

ওফিসতগী কুন্নকপসু নুমিদাংদদা কুন্নকই। মখোয়গী ওফিসতু থবক য়াম্না চিনবা জাৎনি। নোংমনা মচু অমা। নোংমনা মচু অমা। মহাকপু থিল্লকপগী মখোই থোঙান্দা খাল্লিবা মারুতি কারগী মচুসি য়ামপ্রে। মহাক্না তৌথোরকপা পূম্নমক ইপক্তা-পকচৈ। ইফদা-ফজে। হৌজিক্কী মতমগী অব্রাংবা থাক্কী ইবেম্মশিংনা তৌরিবসিমক্লি।

কেতুকিনা লৈরিবসি মপামদনি। মাগী নুপা বিজয়গা খাইনরে। চহি অনী হেল্লক্রে। বিজয়না নত্তে। খাইনরিবসি মহাক্ননি। হঞ্জিন্নসি হায়দুনা মাবু কৌবা লাক্লিবসি মশীং য়াল্লবনি।

"নঙ ঐহাক্কী খন্দ্রবসু নচা মরিগী খল্লু" বিজয়না কৌবা লাকপদা হায়।

কেতুকিনা শুকয়া য়াদে। "ঐখোয় অনী পুন্সিগী লোইনরবনি। ঐবু কৌবা লাক্কনু। মচাদি মপাগীনি। ঐনা ব্রাফম থোক্কে।"

নুং অতেকপগুম্বনি। অমুক হন্না ঙাঙনবা য়াদে। অসুক থীনা শাউখ্রিবসিগী মরম অমদি লৈ।

অহোংবা হায়বসি অহোংবনি। মহৌশানা পুরকপা অহোংবা হায়বা অমা। মীগী খূৎনা শেমদোক্নুনা পুরকপা অহোংবা হায়বা অমা। হোংহন্নবা মরমসে য়াম্না লৈব্রে। কেতুকিনা হোংলক্লিবা অসি মহৌশাগী খূৎ নত্তে। বিজয়গী খূৎনি। বিজয় মশাসু হৌজিক্তা খঙলকপগুম তৌই।

বিজয়না কেতুকিবু থীনা-থীনা ফূই। য়ু থক্লগা নুমিদাং হঞ্জিল্লকপদা থোঙ লোল্লমদবগীসু ফূই। এঙ্খাং হাউতবগীসু ফূই। নোকপগীসু ফূই। করিগুম্বা মতমদা য়ু ঙাওরগা মমায়দা ওশিনবসু য়াওই। য়ূমথংনবশিংনা বিজয়বু য়াম্না শাউই। নুপীবু অদুক থীনা ওৎলি হায়দুনা।

বিজয়না কেতুকিবু য়াম্না থীনা ফূই। কেতুকিগী মনঙ্গল অদু দাগফম ঙাক্তা ঙায়রে। মথা-মথা পোল্লে। লৈকাইগী মী চঙলক্কুনা বিজয়দা ঙাওলে। নুপীবু শা-ষন ফূবগুম ফূই হায়দুনা।

লৈকাইগী মচে-মনেমশিংনা হায় — "কেতুকি নঙ অখাঙ কনমল্লি। শিনবা য়াওদুনা ব্রাথোক ওইবা তারে। নপামদা নোংমা-নিনি লৈথোক্লুচো। কায়নৌ হায়বগী ব্রা নত্তে। খরা মূক্কুনা য়েংঙু। বিজয়সে খরা হেনমল্লি।"

ব্রাহৈশিংসে কেতুকিনা য়ানীংদে। "শিরবসু মহাক্কী খূত্তা শিগনি। ইচেখোয়না ঐগীদমক ব্রাবিরুনু।"

"ইবেম্মা নঙসিদি মতা অমনিহে। শিনবা য়াওরগা লৈকাইনা য়েং লৈব্রা হায়হনগুমসিকো। মসিননিনে মতৈ-মনাও খৎনবা খান্নুনু হায়নরিসি।"

মহৈ-মহৈ ফৎ-ফৎ হন্দোক্লখি। তারিবা মনঙ্গলগী দাগফমশিংদু থোইদোক্লা চৈনা ফাওদে কেতুকি। মমায় ইপোম হেক পোন্বমখৈ মচা অপীকপদুমা পোশিল্লগা মানা তৌগদৌবদু তৌদুনা অদুম মরৈ।

"নঙ ঐ হঞ্জিল্লকপদা য়ূমসিদা লৈরমগনুকো। নপামদা য়াম্না থুনা চৎখো।"

করি-করিনো ঙাঙলম্লগা থোকখি বিজয়। মহাক্লা ঙাঙলম্লিবা ব্রাহৈশিং অসে কেতুকি চীনফা পুরবা অমনি। ব্রাহৈ অসি নত্তনা বিজয়সু অনৌবা ব্রাহৈ অমা থিরুদে।

শাউগন্দবী, নুংগন্নবী কেতুকিনা শাথীরকখিবা নুমিৎ অদু কুম্মৈ অমনি।

মৈরা পায়বী, নিশাবন্দগী নুপীশিংনা বিজয়বু ফাদুনা থল্লি। নুপী অমসু ফিরুক খুম্নদুনা বিজয়গী মনাক্তা ফল্লি। নাতৈ চাদবা ফিভমদা লৈমিন্নরম্বগীনি হায়।

কেতুকি হোবে-হোবে চেল্লকই। চিংনবা অমগা লোয়ননা কোয়চেন-চেন্দুনা হংঙি। কনামত্তা পাউখুম পীরক্তে। বিজয় মমায় ঈমুক ঙাংনা লেপ্লি।

"লেম্না তোকপা য়ারোই। কৈনা কৎকদৌবনি।" মচিন মেল্লুবা ঙমদ্রবা ময়াম অদুনা কবোক পোকপদৌনা লাউনরকই। কেতুকি ভাব তারে। ইল্লিবা ফি অদু খ্বাঙচেৎ শেৎচিল্লগা নুপী অদু তম্না চেনশিনখ্রে। মশা শাগন অদু লাক্তুনা মশম অদু খূদাংদা য়েত্তুনা চিংলুরে। ময়াম চঙদুনা খামদোকই।

ও-খোংবমখৈ কপ্লি। কপ্লম্বদগী বিজয়দা ওনশিল্লকই "ওক্তবী অসিগা নহাক নুংঙাইনা লৈহৌরো। ঐবু কৌবা লাক্কনু।"

বিজয় কেতুকিগী মমাঙদা ফাদোক অমগা চপ মান্নখ্রে। কেতুকি কপঙাঙ ঙাঙলদুনা মীরক অদু খায়না থোকখি।

মসিনি বিজয়গী খূৎনা শেমখিবা কেতুকিগী অহোংবা।

নুমিদাং অদু ফনা য়াম্না থেঙজিল্লক্লে।

কেতুকিগী মবুংগা মনম্মগা মখোয়গী কাদা লৈ।

"কেতুকি, হৌজিকফাও হল্লক্ত্রিবসি কদাই চৎকনি হায়রম্মী ?

"মী উনগদবা খরা লৈ হায়রম্বনি। হনবুদি হল্লক্লগনি।"

"মহাক্লা চৎলিবসে খরা হেনমল্লি। মহাক নুপীনি নঙনা খরা ঙাঙ-শকউ। ঐখোয়না ইনশিন্দুনা য়াদ্রিবনি হায়দুনা বিজয়না ঐখোয়বু ব্বারৌই। মচাশিংদুগী খনবদা নুংঙাইতে। নঙনা খরা থেম্মু।"

"ঐনা ফনা হায়। মহাক্লা য়াবা কৌবা লৈতে। বিজয়গী ব্বা পল্লুবা শুকয়া য়াদে। মচাশিংগীদি মপা লৈরি হায়।"

"খঙদ্রেদা নখোয় নুপীশিংসে অমত্তা ওইখ্রমাল্লে। নঙ ফাওবদা তনশিল্লক্লে।"

"কেতুকিনা কেতুকি, ঐনা ঐ। ঐখোয় পকশিনবিরক্কনু। মখোয় তাচৌনবুদি খঙবিপোত্তে। নচন্নুপীসে ঙাঙনবা ওহ্বোক্লা ব্বাখ্রপোৎনি। নিংঙোম্না হল্লকপসে ওহ্বোক্লা পামজদে।"

মবুংগী ব্বা অমা য়াওখিবদুদা কেতুকিগী মনম্মদু শাউনীংলপ তৌই। তুন্নমদাই ফম শেমদুনা হিপথগে তৌরুরবনি। তুমিন্না লৈনখি। ব্বা অমদি লৈ। অনীমক্লা খঙঙি। অদুবু অমনা অমদা খক হৌদোক্লরুবা তৌদে।

থোঙ্গান্দা কার অমা খামখিবগী মখোল তায়।

কেতুকিগী মবুংগা মনম্মগদু তূমথখিবতা ঙায়রি। অসিগুম্বা মতমদা মখোয়গী থোঙাম্দা গাড়ী খাম্বগী মখোল তাবসি অনৌবা নত্তে।

"ইনম্মা। তূম্লব্রা ইনম্মা ?" থোঙদা কাক-কাক থিল্লকই।

থোঙ হাংদোকই ।

"তাচৌ তূমখ্রবরা ইনম্মা ?"

"তূমথখিবতা ঙায়রি। নহাক য়ু থক্লকব্রা ?"

মনাতোন মেনশিন্দুনা খাঙখি ।

"তাচৌ তাখিনি ইনম্মা। পার্টি অমা য়াওরুবদগী পায়দবা য়াদদুনা খরা পায়শিল্লকপনি।"

"তূম্লবা তৌরুরো থেঙলে। হয়েং ব্বারী শারসি।"

"ঐবু কা ফাওবদা খূৎ শন্নম্মু ইনম্মা।"

মনম্মগী মরেংজুমদা ঙাথরদুনা মাগী কা তম্না চঙখ্রে। তোংলিবা খূনীংব্বাংবী অমদি মকে শেম্বদা শীজিন্নরিবা ময়াম অদু অমমমতা ওইনা লৌথোক্লি মনম্মনা। কেতুকি তাখিবা মফমদগী লেঙদে। কাঙখল অদু খনজিল্লন্নগা থোরক্লে।

"ঐহাক অসে মখোয় মচিন-মৌপ্বাগী লোন্নবী হায়বদু হেক ঙায়রে।" মনম্মনা য়ূময়ায়দা চৎনা-চৎনা ঙাঙলিবদু তাখিদে তূমথখ্রবা অনীমক্লা।

নোং ঙাল্লে।

শকয়েং মিংশেল অচৌবা অমগী মমাঙদা ফন্নদুনা মকে শেল্লি। বেনি লোল্লবা শম অদু মাংলোমদা থাদরগা লাওনা কোৎখ্রবা ফূরীৎ অদুনা খুমজিনবা ঙমদ্রবা থবাক্কী মথক থংবা শরুক্কী কুৎশিল্লিবা মপাদুদা নেক্লেসকী মেদল অদু চপ-চানা তাহল্লদুনা কোচি অদু ফাজিল্লি। তুংদা মনম্মা চঙলক্লিবদু মিংশেলদা উই।

"ইনম্মা লীক্কী কোচি অসি অমুক্তা ফাজিনবীরকউ।"

"কদায়দা অমুক চৎপা তারে ?" কোচি অদু ফাজিন-ফাজিন্না মনম্মনা হংঙি।

"ঙসিদি উনগদৌবা মী য়াম্না লৈ। মন্ত্রি অমা উনগদৌবা লৈ। লোন অমা

ঐঙোন্দা পীগনি হায়। অচৌবা শেনফম অমগীনি। হান্নগী মথক্তা হাপচিন্দুনা হন্দক্তি ইনম্মগী লীক অদু খরা চাউনা শাদোক্লসি।”

ৱা খরা ঙাঙগে খল্লম্বনি। কেতুকিগী অকোনবগী ৱাহৈদুদা মনম্মদু ইপেৎ পেখৈ। অদুবু খরদি হায়দবা য়াদ্রে খল্লি।

“নঙোন্দা করিমত্তা হায়বিদে হায়দুনা বিজয়না নঙগী তাচৌবু ৱারৌই। অদুনা নচাশিংগী খন্দুনা নঙ অমুক্তংদি ৱাখল তৌ। ইনম্মগীদি করিসু বেরা লৈতে।”

“ঐ অমদি ইচাশিংগীদমক করিমত্তা ৱাবিরুনু ইনম্মা। শীংনরকপা পূম্নমক ঐ মায়োক্লগনি।”

“মহাক্তি নুপানি। নশাগী ঈজ্জৎকীসু খরা খনবা ফৈ হায়বনিদা ইনম্মনা।”

“ইজ্জৎ ! ৱাহৈ অসি ঐগী অশাউবীনি। ইজ্জৎকী মপুসিবু নুপাতনা ওইগদবরা ? মসিগী চৎনবী অসিবুনি ঐনা শীংনরিবা। নুপাগী মখা থাদুনা পুন্সিসে, য়োৎকি কোল্লুদা চপখায়রবা চুবাগুম কেমগদৌবগী শরুক লম্বীগী চাক্লিবী ওইনা নীংতম্না হিংজখিবদুনা হেন্না ফৈ। নুপানা শেমজবা সমাজ অসিবু শৌগৎলিবা মখোয়না মসিগীদমক ঐবু হায়নীংবা হায়সনু।”

মখা অমুক তারুবা কান্নরোই খল্লে।

“ঙসিসু ঐ খরা থেঙলক্কনি ইনম্মা। তাচৌদা নীংথিনা ৱারী তৌবিয়ু। য়াম্না থেঙদা থেঙলগা ইবোতোম্ববু ওফিসার কোলোনি ফাওবদং লৌবা লাকহল্লু। চৎলুখিগে।” কেতুকিনা কেনা থোকখিবদু মনম্মা য়েংদুনা লৈহৌই। করিনো খরদি হায়নীংলিবগুম তৌই।

সেক্রেটরিয়েৎ মমাঙদা ফজ-ফজবা কার ময়াম অমা খান্নি। সন-গ্লাস পানবা কার অমদা তাই পুনবা মশা নোইবা নুপা অমগা কেতুকিগা কাখৎখিবদু শরক ৱাংমদগী বিজয়না উই। কারগী থোঙ অদু গম লাওনা থিংজিনখি। মীনোক অমা ময়াই কানা হৌনা নোকখি। কার অদু শৎ থৌদোকখি। মীনোক অদু বিজয়গী নাকোংদা শিংজা য়েহৌই।

য়ু থকফম বেন্দর অমদা বিজয় য়ু থক্লি। মমাঙদা লৈরিবা অহাংবা লিক্লিদু ফনা য়াল্লে। গ্লাস অদু থন্না-থন্না চিংশিল্লি। অমুবা গ্লাসনা খনজিনখিবা মিনোক

অদু হন্না-হন্না নোকশিল্লকই। অমুকসু হন্না-হন্না থকচিল্লি। অমুক্কসু থন্না হৈরবা গ্লাসতুদা মুন্না য়েংলি । কেতুকিগা মশক খঙদবা নুপাদুগা ঙাথু-থেংথুনদুনা নোক্লিবদু গ্লাস মনুংদা উরকই। বিজয় মমীৎ অদু ঙকশং ঙাংনা য়েংলি । খূৎপায় চেৎনা থুগায়রগে মতাগুম পায়শিল্লগা গ্লাস অদু থাঙ্গৎলকই । মুন্না শংত্রিক য়েংলল্লল্লগা গুৎ লাওনা য়োৎশিনখ্রে । মীনোক অদুদি মহাক্কী নাকোংদা নিন্দুনা লৈ।

থোঙ্গান্দা নুপা অমা তাদুনা লৈ। অচৎ-অওক পুম্নমক্লা য়েংনৈ। মী পুম্নমক্ল দি খঙদে মহাক কনানো।

ব্বা ঙাঙনরকই ইমুংদা। ইবোতোম্বা ফূরীৎ খূদাং তাখৎলকই। কোম্বোংলোমদা থোকখিগে তৌরকই। কেতুকিনা খূদাং পায়দুনা খাম্মী। মনিন নাইদনবা ব্বা হায়খি। ব্বা মখা তানখিদে। হৌগৎপা ঙমদনা তাদুনা লৈরি। মশাদু মথন্তা লেঙবফাও ঙমদে।

উখিদবা কুইরবনি । বিজয়গী মশক্কু উবদা নুমিৎ অদুগী থৌদোক্কু নীংশিংলকই । নুপী অদুগা নাতৈ চাদবা ফিঅদা লৈরম্বদু মমীৎতা শংশংনা উরকই। তুদুনা লৈরিবা বিজয়বু হন্না য়েংলমদনা প্রপ-প্রপ চঙখ্রে।

শাউনীংবগী মৈরী অসিমদি মুখৎপা ঙমদ্রি । পাঙ্গল থোক্তে। অফা-অপুন্নবগুম তৌফম খঙদে। মতৌদু য়েংবা ঙল্লক্তদুনা গাড়ী অমাদা হাপ্লগা বিজয়বু যূমদা থিলহনখি।

অচৌবা হোটেল অমদনি।

লাক্লিবশিংদু অব্বাংবা থাক্কী ইবুংঙো ইবেম্মাশিং ঙাক্তনি। জুরা শেমদুনা লাক্ল রিবা ঙাক্তনি। মচু কয়াগী মৈঙাল্লা ইথক থকৎহল্লি। ষ্টেজ অমগী মথক্তা কলাকারশিংনা ঈশৈ শক্লি। ঈশৈগী তাম্বাদা জুরা শেল্লবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিং জগোই শারি। অব্বাংবা থাক্কি কুম্মৈনি।

কেতুকি মথ্বায়না খোইদাজবা নুপা অমগা জগোই শামিন্নরি। চিনগা চিনগা শোক্লে। খজাইগা-খজাইগা থেংনৈ। খোঙহাই চানা লৈরি। নুপাদুনা মহাক্কী খূৎ নাম্মা পায়দুনা থাঙ্গৎলি। কেতুকি মশাদু তান-চানা লৈরল্লগা শৎ তুথৈ। নুপাদুনা তাপ ওকই। খূৎ শম্নরগা অমুক তিংথোক্লে। নকশিল্লকপদা নুপা অদুগী

মখূৎ অনীদুনা মহাক্কী পুক্লোপ্তা পায়শিল্লি। নুপাদুগী লেংজুমদনা মহাক্লা পায়। লৈনা-লৈনা জগোই শারি। ফিনা খুমজিনবা য়ৌদ্রবা পুক্কী শরুক অদুদা নুপা অদুনা খুবাম চেৎনা পায়শিল্লিবদু বিজয়গী মীৎয়েংদগী লৈথোকখিদে।

কেতুকি জগোয়গী রাগদা তাউরিঙৈ বিজয় চঙলকপা উহৌদে। চঙলক্লিবা বিজয় মহৌশা নত্তে। নুপা অদু ঙকশম পায়দুনা চিংথোকখি। ফূনরকই শামু অনী য়াথিন্নবগুম। ঈশৈ শক্লম্বা, জগোয় শারম্বা পূন্নমক কায়রে। অনী অদু কন্না নম্নরি। কেতুকি তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা য়েংলি।

নুপা অহূম-মরিসু হোৎচিনখ্রে। মখোয় ময়াম চঙদুনা বিজয়দু য়াম্না থিনা ফূবিরে। মমায়দা ঈ থোক্লে। থানাশিং চেনশিল্লক্তুনা খামদোক্লে। খামদোক্লবফাও হন্দে। মখোয় ময়াম চঙদুনা বিজয়বু হোৎচিন-হোৎচিন ফূরি। বিজয় মখূৎ হনবা ঙমখিদ্রে। উপথুননা তুশিল্লবফাও মখোয়না মাবু ফূবিবদু খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্তরে। কেতুকি প্রপ-প্রপ চেনশিনখিদুনা নুপাশিংদুগী মমায়দা খূৎপাক্লা হন্না-হন্না থারুরে। ময়াম পূন্নমক ইঙক-ঙক্লে।

বিজয়গী মনাক তম্না কপ্লা-কপ্লা চেনশিল্লকই। ঈহিং-নাহিং তাবমখৈ শোক্লবা বিজয়গী মশাদু কোন্দুনা হিক্লা-হিক্লা কপ্লক্লে।

"ঐ লাম্লে। ঐবু ঙাকপিররোইদ্রা ? ঐগী নীংতম্বা হেনমনখ্রে। নঙনা য়ানীংদবা লম্বীদা ঐ অমুক চৎলরোই।"

বিজয় ৱাহৈ অমফাও হায়রক্তে। "পূন্নমক ঐনা থোকহনবনি।" ৱাখল্দদি খল্লি। চিনবান থোক্লা হায়দোকপদি ঙমখিদ্রে। য়াম্না ৱানা মশা অদু খজিক্তং লেঙলকই। পাঙ্গল পূন্নমক মাঙখ্রবা খূৎ অদু তপ্না থাঙ্গৎলকই। লৈমায়দা তাখ্রবা সারিগী ফিজিন অদু লৌখৎলগা কেতুকিগী মশাদা তপ্না কুপশিল্লকই। য়েংলিবা মীয়াম ভাব তানখিবগুম তৌই। ❑

# কাংশুবী লান্নবা

বারী অসে থাইনা মমাঙঙৈগী নত্তে। ঙরাংগী থৌদোক্লা ঙসিগী লমায়দা ইবতা ঙায়রিবা মচুম কংদ্রিবা মুক্কী হয়েংগসু ইশম-শন্নরিবা বারীনি।

জিবন মপুং-মরে ফারক্লিবা পাখঙনি। মহাক্কী পূক্লীং বাখল হকচাং যৌবনগী কল্লবা ঈচেল অমদা তাউথরি থিংলুবা ঙমদনা।

শনারৈগা মখোয় অনীগী নুংশিনবা মতমগী শাবী শানৌশিংগী নুংশিনবগী ঈচেলদা ঈতিনফম য়ৌনবা চেপ্পুরকই। মফম কয়াদা কোয়মিন্নে। শিনরি কয়া য়েংমিন্নে। অচীকপা চীঙ্গোম্নুং, ঈশিং চাইবীগী শান্নফমদা নুমিৎনা ময়ূম চঙখ্রবফাও যূমদা হনগনি কাওবখে লোম্বা নাইদবা নুংশিবগী হৌরকফম থিমিন্নে।

নিল খোংলিবা শহরগী ময়োন্দা লৈরিবা রেষ্টোরেন্ট কয়াগী অমম্বা কেবিন্দা, মন্নি-মন্নিবা মঙালদা কোক্কা-কোক্কা থেংনদুনা ফম্মিন্নে। খূবাক ময়ি য়েংমিন্নে। মোমো, চৌচৌ ইন্নদুনা চামিন্নে। রোমিও-জুলিয়েৎ, লৈলা-মজনু, খম্বা-থোইবীগী বারীগুম ক্লাইমেক্স য়ৌশিল্লকই মখোয় অনীগী নুংশি বারী। মীৎকুপ অমত্তং উনদবদা থাবুম অমগুম খন্নরকই।

থাজদনা লাকখিবা অহোংববু কনানা হায়বা ঙম্বগে। মীৎকুপ অমত্তং উঁদবদা পোত্থাফম খঙলমদবা জিবন শনারৈগা উনখিদবা মতম ফনা কুইরক্লে।

শনারৈ লৈতাফম খঙদে। জিবনগী মরমদা পাউ লৌনবা হোৎনৈ। মমান্নবীশিং থাদুনা হংহল্লি। অশেংবদু খঙবা ঙমদে। নুংশিদনা নুংশিবা শা মহাক্কী চল্লবী থম্মোয়বু মীনম্বীরম্লিব্রা ? চিংনবগী বাহং কয়া মথন্তা হংজে।

জিবনদু মফম খঙদনা মাঙখি। মহাক্লা হনজিল্লকখিদবা অহিং অদুদা হেল্লোয়না চেনখ্রবনি হায়দুনা মোইবুং খোংদুনা থিনৈ। অদুম মফম খঙখিদে। মহাক্লা মাঙখিগদৌবা নুমিৎকী নোংমা নীনি মমাঙদা মমা-মপাদা য়াম্না শাউরম্মী হায়বা পাউ অমদি তায়। মোটোর সাইকল অহনবা অমা লৈবীয়ু হায়দুনা তক্লকপা ফনা কুইরমাল্লে। মমান্নবশিংনা মানা-মানা খঙনজবা লৈশাবীশিং মোটোর সাইকলদা হাপ্লগা পুদুনা চৎপদু জিবন য়েংদুনা লৈবা ঙল্লমদে।

মহাক্কা মাঙখিবগী মরম অমদি লৈ। পূন্নমক্কা পান্নরবসু মরম চাদনা নোংমৈ পায়বা মহাক্কা খ্বাইদগী তাথীবনি। নোংমা শকখঙদবা নোংমৈ পায়বা নহা খরগা নিংঙাই শংদানখি । কন্না মরৈ য়েংনখি।

"নোংমৈ হায়বসি মরৈবাক্কীদমক মথ্বায় থাদোকপা ঙম্বা অশেংবা লাম্নীতনা পায়গদৌবনি । ঐখোয়গী লম অসিদদি ঙানু-য়েন হূরানবশিংসু অশেংবা নোংমৈ পায় । নোংমৈবু শান্নপোৎকুম খনগনু । "

খ্বাইহেশিং অসে জিবন্না থৌনা ফনা হায়রুবগীদমক শকখঙদবশিং অদুনা মহাকপু মমীৎ-মমায় পুনশিন্দুনা পুখি । কোয়শিন্দুনা খ্বাহং কয়া হংখি। মদু ফাওবা মহাক অকিবা পোক্লমদে । অতেনবা নোংমৈ অমা ফুরিৎখাউদগী শংতোক্লগা মহাক্কী কোক্তা কিৎ নমলকখি ।

"অঙাংগী শান্নপোৎ অদুনা মীবু কিহনগনি হায়নদি খল্লুনু।" জিবন্না করেম্নন হায়দোকখি।

মকোক্তা নন্নম্বা নোংমৈ মতোন অদু খোঙবী মতোন্দা ওম্থখি। খিচুং, খিচুং রাউন অমা-অনী কাপশিল্লকখি।

জিবন খঙপ্রেক খঙখি। "অশেংবা নোংমৈ অসিবু কয়াদা লায়না শীজিন্নরিবা। মখোয় অসিবু অশেংবরা? শেংদবরা ?" মথন্তা মপূক্লীংদা হংখি।

মখোয়গী মখূত্তগী নানথোকপদি ঙমহৌরে। লুরিবদি য়ূমদা লৈবা য়ারোইদৌরিবা অসিনি ।

মসিমদি চেৎনা থাজখি। মঙোন্দা শীরক্লিবা মরাল অসে কৈদৌঙেদসু ঙাকপীরক্রোই।

মশাবু নোংমৈগী খূত্তগী কনজনবা নোংমৈ পায়রগে হায়না লেপ্লে। নোংমৈবু শান্নপোৎ ওইরিবা লমদমসিদা নোংমৈ অমা পায়বগীদমক মতম চঙদে। জিবন মহাক্কী শনারৈ অমদি মমা-মপাগী মফমদগী লাপথোক্লীংদা লাপথোক্লীংদনা লাপথোকখি।

অরোনবা মফম অমদনি ।

জিবন মখূত্তা চেংনা পায়রিবা নোংমৈ অদুদা মুন্না য়েংলদুনা ৱাখল অমা শাগৎলি। "নঙনা ইনাক্তা লৈরবদা কাউথোকহল্লি থৱায়নি খল্লম্বী মহাকপু। কনখৎলকই ঈচেল, শিংলিদা চেল্লিবা ঈগী। ইমা লৈবাক নীংবশিংনা শান্নরিবা ড্রামা অসে য়াওনিংলকই। মসিবু নঙগী করম্বা ময়াইনো?"

কুইরবগী তুংদা চিঠি অমা লাকই। সনারৈগী মিংদনি। জিবন্না থারকপনি হায়বা খঙলে। চিঠি অদু হঞ্জিন-হঞ্জিন পারবা তুংদা মথাদা চেংনা কোনশিঞ্জে।

"সনারৈ নঙগী ননাক্তা নোংমা শোয়দনা লাকখিগনি।" ইরক্লিবা ৱাহৈশিংদুগী মরক্তা পরেং অসিমদি কয়ারক হন্না পারে। চিঠিগী অরোইবা চেদোন্দা ইরক্লিবা জিবন এলাইজ্ পোইরৈ হায়রিবসিগী অর্থ ইচম-চমজবী সনারৈ খনজিল্লুবা ঙল্লমদে।

থম্মোয়দা পুদুনা চৎলম্বা অৱাবা অমদি থাংথখি। জিবন বিরেনগুম নীংবা কায়খিদে। সনারৈ উরিরৈগুম থাবন্দা মৈশা লাংলুদে। ভাবতা কোকিল খোংলক্তে। পূক্নীংদা চেংনা থাজে "জিবন্না মহাকপু লৌবা লাকখিনি।"

নোংমা ইথা-থাজদনা জিবনদু সনারৈগী মমাঙদা চপ লেপ্লে।

"ঐতবু ঙাইবদা নহাক ৱারম্লগনি। লাক্লো, চৎলসি ঙসিদি পম্লুং তম্না।"

তনৌরবী খূদাংদু পায়দুনা চৎলসি হায়ররে। অসুক কুইনা তুম্বা চাবা চঙদনা ঙাইজরকপা মথংলেন ওইবা মহাক্লা মাঙদা লেপ্লরবদা তুংইঞ্জনীংবী মহাক্লা করম্না মতম চাদ্রি ঙমখিরোই হায়রুগনি। জিবন্না পায়শিনখ্রবা মহাক্কী খূৎ অদু চিংশিঞ্জনবগী পাঙ্গল লৈখিদে।

লুহোংবদু ওম্থোক্লা ফজখ্রে। কুন্দো পরেং হুকপদু য়াম্না হৈখ্রে। হান্না তন্নকপসি ঙায়। য়েৎকা ওয়গা লৈবদু জগৎকী মবুংঙো কৃষ্ণগা শ্রীমতি রাধিকা অনীনা ঙাম্থোইবগা পাংখক ওইখ্রে। অমনা হেন্দে। অমনা ৱাত্তে।

কাংশুবী লান্নবগী মতাংনি। নাক-য়েৎ অনীদা বরগী মমান্নবশিংগা কৈন্যাগী মমান্নবীশিংগা লৈ লংনরি। লোন্না মিং হংনরি। মাগী মাগী মীচংদা লেপ্লদুনা বর-কৈন্যা অনীবু থাগৎনরি।

অরাংফম্না শীন্নরক্লিবা কাংশুবীদু তাঙ্গ অমদা হাপ্পদুনা সনারৈনা জিবনগী খূত্তা লাল্লি। জিবন থব্বায় তানা লৌশিল্লি।

ইন্নফি খাওল মনুংদগী নাইন এম.এম.গী পিস্তোল অমা লৌথোরক্লগা জিবন্না সনারৈ মখূত্তা পী। ময়াম অদু ইঙক ঙক্লে।

"নোংমৈনিনে, নোংমৈনিনে বরনা লাল্লিবসে" মাঙোপ্তা তিল্লিবা মীয়ামদু মুরুম-মুরুম শোন্নে। "ওন্থোকপনিদা ! নুপীমচা অসি মরাইবক থীগদৌরি।" নুংঙাইতনা শোপ্লি অহন খরদি।

পীরক্লবনিনা লৌশিন্দবদি ঙমদ্রে। নোংমৈ অদু তপ্না পায়শিল্লি। মীৎলু অনীদু পিরাং ঈহৌনরকই সনারৈ। থুক্কৎপদি পোক্তে। অব্বাবা অমদি ব্বারৌবা অনী পূনশিন্নে।

সনারৈনা হায় "খূৎ ওইদনা মৈরা, খূৎ য়েত্তনা নোংমৈ, লৈবাকসিবু নুপীখক্তনা ঙাক্লগদ্রা ? অনীমক শেন্নবদি ঐ ঙমজরোই।"

জিবন সনারৈগী মতৌদুদা হেন্না নুংশিবা পোক্লকই। ফল্লিবদু খয়গা নকশিল্লক্তুনা নুংশিনা পাউমেল্লকই। "নোংমৈ মরকসিদা নোংমৈ য়াওদনা নথস্তা করম্না লৈহৌগনি। নঙদি ঐগী থব্বায়নি। ঐহাক্না হল্লকখিদবা থোক্লবসু নঙবুদি খক ব্বাহল্লোই। এক্স গ্রেসিয়া লৌনবগী মরম ঐনা তাকপীগনি। মহাকপু চেকশিন্না থম্বীয়ু। হয়েং ইচাগী শান্নপোৎ ওইজনবা।"

সনারৈ মপি চদুম-চদুম শিন্থরি। অদুগা নোংমৈ অদুদি চেৎনা পায়শিল্লি। ❑

# ঈশ্বরনা হায়রি

শারবা কালেনগী নুংশা মরক্তা কোয়না চৎলুই। শহরগী মী চিনবা মরক্তুদা মতম কয়া হিংনবগী লম্বী থিরুই। ওম্ন-ওম্নবা মরক্তুদা খাওফম খওদনা লেনখি। লৈতাফম খওদ্রবা, নিল-খোংবনা কুপশিনথ্রবা মফম অসে থাদোক্লগে হায়না লেপ্লে। মখোয় শহরদগী লাপথোরকখি।

শহরদা লৈরিঙৈ নোংমতসু কৌনখিদে। থেংনৈ করিগুম্বা মতমদা। ফংখিদে কৌনবগী মতম। মশা-মশাগী হোৎনবদা অমনা অমগীদমক খনবা ওম্নখিদে।

মন্দির অসিদা হেক থুংলবদগী মখোয় অনী শক খওনরে।

অচীকপনা নাওকোল্লিবা, তাল্লবা খুঙ্গংগী লম্বীগা শম্নখ্রিবা চীংয়াগী নিংথিজবা থেল অমনি। মহৌশা কৌবি মহাক্লা মোমোন নোক্লিবা মফমনি। চোংঙা, খোইনিং, লমখুনুশিংগী শান্নফম্লি। মন্দির অসিগী অকোয়বদা মখোয়গী অপীকপা য়ূমশিং লৈ। মরুপ অনীনা থুংলবদা মখোয় হরাওরি। ঈশৈ শক্লি মাগী মাগী মরোলদা। ঈশৈ হৈবা ঙাক্তনি।

মফম অসি থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা অমুক চৎনবগী আশা তৌরুদ্রে।

মন্দির অসিদা লাই খুরুম্বা লাকপশিংনা পীজরম্বা উহৈ-ব্রাহৈ অচা-অথকশিংদুনা অরাম-খৌরাংবসু কোকহনবিরে। শহরদা মতম কয়া লৈরকপদু কনাগুম্বা অমত্তনা নোংমত্তা অচাপোৎ মচেৎ অমফাও মীনুংশিগা লোয়ননা পীজরকখিদে। মফম অসিদদি লৈরল্লিবা পূম্নমক্লা মখোয়বু চেৎনা কোনশিল্লকপগুম তৌরকই। মফম অসিগী অব্বাবা হায়ববু শাংলবা নিংথম থাগী মতম্না চৎখিবা ঙাইবা অদুতনি।

মরুপ অনী অসিগী ব্বারী মতম অসিগী মীনা তারগা শোয়দনা নোক্লিংগনি। মখোয়না থাজরোই মসিগুম্বা ব্বারী অমা লৈ হায়বা। নুংঙাই য়াইফবশিংগী ব্বারী নত্তে। শাংলবা মতম কয়া মখোয়গী পুন্সিনা লম্বী চিদাইদা ব্বানা লেল্লকপদা মরী-মতাশিং অমত্তনা খোঙ্গুল লিবিরকখিদ্রবশিংনি।

নিংথম থা লাক্লে।

করিগুম্বা খরদি শেম-শানিংখি। খন্না খন্না করিমত্তা ঙমহৌদে। লাকপদা ঙায়রিবা মহাকপু য়াম্না থুনা চৎথ্রদি ফনিদা খল্লকই। মন্দির অসিগী ফক্লাং অসি নত্তনা উন পুবা নিংথমগী মচিন থৌবা নুংশিত্তগী মশাশিংবু কনজনবা হোৎনবদা ৱানা থোক্লি। তেল্লবা নুংথিনগী লুম্বু-লুম্বুবা নুংশা লৈরিঙৈদা মফম অসি থাদোক্কুনা কদাইদনো অমা চৎলশিরা হায়না খল্লুরবনি। ঙম্ল-ঙম্লবা হিংবগী চৈনা খাঙগদবগী শরুক নিংথমগী চৈনা খাঙবনা মফরে খল্লে অমুকসু।

লোইখিবা ঙাইবদা ৱারবা নিংথমগী অহিং কয়াদি হৌখরে। কয়ামসু লাক্লি। উনগী ফিজোল হোৎলদুনা। অইংবনা য়োৎশিল্লক্লবদা চীংয়া-তময়া, উপাল-ৱাপাল পূম্নমক অচীকপগা লেংগোন্নদুনা তুমপক-তুমপক লেপ্লি। মহাক্কা শাথেংনবা কিবদগী কনামত্তা চৎপিদ্রবা চীংয়াগী লম্বী অসে ইঙ্খোকপীরবগুম নাইতোম তারি। শিথরকপা ৱাকচিংগী থাজ মহাকসু মহৌশাগুম মোমোন নোকখিদে।

অইংবনা নাউথেল্লিবা অহিং অসে নিংঙাই কনবা অঙাংগুম চৎলু ময়াখিদরে। মীৎ উইশিন্নবা হোৎনবসু অৱাবা অমা ওইরে। নুংঙাইবা ৱারী শাদুনা মখোঙ তপ্পা নিংথমগী অহিং অসে চৎখিবা ঙাইরগে খল্লে।

"কামধেনু নহাকপু তূমথবা য়ারিব্রা ?"

"তূমথবা নত্তে করিগুম্বা অমা নীংশিংলিবনি।"

"হৌজিকপু নীংশিংনিঙাই ওইবা করি লৈরিবগে ?"

"মঙ অমখক মঙলুই।"

"করম্বা মঙ ওইরিগবা ?"

"মতম অমগী ঐহাক্কি নুংঙাইরবা য়ূম অদুদা লৈরিনি হায়দুনা তৌরম্মী।"

"নহাক্কীসু নুংঙাইরবা য়ূম লৈরম্রা ?"

"লৈরম্মি অদুবু হৌজিক্তি শীদোকপীখ্রে।"

"মীগী য়ূম শীদোক্লিবা মখোয়দুদি ময়ূম লৈত্রা ?"

"লৈ। মখোয়গীদি কনানসু শীদোকপা ঙমদে।"

"চুম্মী মখোয়গীদি কনানসু থুদেকপা ঙমলোই।"

কামধেনু মহাক্কী হৌগ্রবা পুন্সিগী থৌদোক অমবু নীংশিংলুরি।

নাইতোম পোকপি নিংঙোল অমগী অউনপোৎ ওইনা অনৌবা য়ূম অদুদা থুংলবা নুমিৎনি।

ঙকশমদা ফজরবা লৈ পরেং হুকপিদুনা লাইবক্তা সিন্দুর নম্বীখিবা নুমিৎ অদো মহাক্কী পুন্সিদা নীংশিংদুনতা লৈরিবা নুমিৎ অমনি। হাউরবা হুপ্লৌ, তিংথৌ মনাশিং মাঙদা থম্লদুনা ধুপ থাউমৈ কৎতুনা মহাকপু পূজা তৌবিখিবা নুমিৎনি। নিংঙোল মহাকপু মাগী ব্রাখন্দা সনাইবেম্মা হায়না থাগোন্নজে।

সনাইবেম্মনা মাগীনি হায়দুনা চাউরবা য়ূম অমা শাবীখি। মহাক্না পোকচবা মচা-মশুশিংতনা য়ূম অদু থনখি।

মহাক্না পোকচবা মচাশিংগী মরক্তা মঙাও-থীবা লাকনা-ফানবা ঙমদবা অমা য়াওই। সনাইবেম্মগী মচানুপা অতোনবদুগা হৌমিন্নবনি। মখোয় অনীনা মাগী শঙ্গোম মুন্নদুনা থকমিন্নখি। মচাগী খাকচবা শঙ্গোম অদু মহাক্না মবুক লামদুনা নিঙাই তৌরবদা পীথক্কুনা থেম্বীখি। মচাগুম লুনা তৌজখি।

"ঐনা য়ূম অসিদা লাকপদগী হৌদোকমিন্নরকপনি। মহাকপু লুনা তৌবীয়ু।"

অহল ওইরক্লবা সনাইবেম্মনা মচাশিংদা তত্তনা হায়জে। মখোয় কনামত্তনা তাবিখিদে। য়োনথোকপীখি মঙাও থীবা মচাদুসু পাবোৎ লোইবা মীদা। লোইখি মহাক্কী নুংঙাইরবা পুন্সি সনাইবেম্মনা থূপখিবদা।

মহাক্না লুনা তৌজখিবা মহাক অদু মতিক চাবা অচৌবা মী অমা ওইরে। অদুগুম্বা মীশক অদুননি মহাক্কী য়ূম শিদোকপিখিবসু।

য়ূম শীদোকপীগ্রবা তুংদা কয়ারক হন্না য়োনথোকপীখি অহোঙবা মমলদা। শোল্লে, অহল ওইরে হায়দুনা কনামত্তা লৈবীয়ু য়াদবদগী কৈথেন্দা লৈরুরো হায়দুনা তানথোকপীরকখি।

চঙলে ইকাই-ইকাই কৈথেল পোৎলক্তা। কুইনা লৈরকপদগী পোৎফম-ফম্বীশিংগসু খঙনরে। 'কামধেনু' মিং অসিসু মখোয়না থোনবীরকখিবনি।

নোংমদি ওম্ভোক্লা ইকাইবা অমা নংলে। মঙাও থীবা ষন্নাও অমনা পোৎফম অমদগী পোৎ লাক্নুনা চারুই। মাবু তান্নবা ফংহৌদবদগী মঙোন্দা ওনথোক্লা থীনা ফূবিরে। চৈ অমা তুম্বমখৈ। পোৎফম ফম্বীদু কৈথেল থোরকপা কুইদ্রিবীনি।

ফূবদা নত্তনা ওম্ভোক্লা থীনসু চৈবীরে।

"পুনসু থিবীরক্রুবী। নঙতা শিজখ্রোনেহে। অহল অদুক ওইরফাও নিরগা হিংগনি খল্লিবদুবু ইকাইদ্রা ?"

পুম্নিদা অসুক নাবা ৱাহৈ তাখিদ্রি। চৈনা ফূবদগী ৱাহৈশিং অসিনা হেন্না দাকফম লৈখ্রে। নুমিৎ অদুদগী কৈথেল পোৎলক্তা চঙখ্ররোই হায়না ৱাশকখি।

মচাবু নীংশিংদুনা মহাক কপ্পি ।

"কামধেনু নহাকপু অইংবসে করম্না খাঙলিবগে ?"

"ইচা কায়নবগী মৈচাক্তগী নিংথমগী অইংবনা হেল্লমগদবা মানব্রা ? ইচাগী মৈনা ঐহাক অইংবা কাউরে।"

"কাইনখ্রবা নচা অদুবু হৌজিকসু হিংলিব্রা ?"

"মহাক হৌজিকসু হিংলি।"

"হিংলিবা নচাগীদমক অদুক ৱারিবা করিগীনো ?"

"মহাক য়াম্না ৱানা হিংলি। ইচাগী অৱাবা মতৌ য়েংলগা লৈবা ঙম্লক্তে।"

"মহাকপু কদাইদা থেংনবগে ?"

নোংমা থেংনখি।

নোংঙাল্লমদাই উচেক-মচা খোংলকপা মতম্লি।

নোংচুপ চীংখোংলোমদগী মান চিংবা গাড়ী পরেং-পরেং থৌগৎনরকই। লম্বী অসিদা মতম অমগী মঙাও থীবা মচাদু নোংমা উখি। মচাবু উনীংবনা লাংতক্লে।

নোংমদি অহিং তূমদবমখৈ লম্বীগী মচি অমদা লেপ্তুনা মচা লাকপা ঙাইদুনা লৈখি।

নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপদা ষন গাড়ী পরেং লাকপদু উরে। মঙক নোনখৎপা ঙমদনা পোৎলুম চিংলিবা মখোয় ময়ামদুগী মরক্তা মচাবু য়াওব্রা হায়দুনা মমীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলি। হেক উবগা কামধেনু হৌনা কৌরুই মচাবু। মমাগী খোঞ্জেল তাবদা মনঙ্গদা পোৎলুম পুরি হায়বা কাউথোক্তুনা মমাগী মায়কৈ য়েংলকই। নমথা-নমথা থারক্লিবা শাজৈদুনা মমাবু য়েংতমক য়েংলম্লগা চৎখি মপোৎ ফারবা গাড়ীদু চিংলদুনা।

মচাগী মতৌদু উবদা কামধেনু থম্মোয় শোক্লা কপখি। নীংশিংলুবদা মহাক কপ্লি।

"মরোল থোকপা মীওইবনা লোম্থোক্তবশিংগী অব্বাবা খঙবীফম থোক্তে। কামধেনু নহাক কপ্পুরগনু।"

"নহাক্তি মীওইবনিনা পূম্নমক খঙলিগনি।"

"খঙভি হায়দুনা ঐহাক্লা করি তৌবা ঙমগনি। অঙাওবা হায়না মিংগৌনদুনা নুংদূম-লৈতূম্না থাদুনা মীরক্তগী তানথোকপীরবা ঐগুম্বা অমনা কনাগী মফমদা ব্রাকৎলুগনি । ঈশ্বর মঙোন্দা নত্তনা। 'তোনু অঙাওবা' মিং অসে ফজদ্রা? মখোয়না কৌবীবনি । ঙসিদি ঐ হরাওনা খুম্বা তারি । ... মহাক লৈরিদনা। পূম্ন মক মহাক্কী বিচারনি। বিচার অসে হরাওনা য়ারবনি ঐহাক। "

কামধেনু কপখিদরে। তোনুসু তুমিন্না লৈম্রে।

ইচিক হুল্লে অহিংশে। অব্বাংবা চীংদোন্দগী হুম্লকপা মালংবনা থোইনা হেন্না মনিং তম্লরি। ফৌ চরোংশিংনা হুন্দোকপীরম্লবা অকংবা লৌবুক্কী চরুখোকশিং লুপা মচুগী ফিজোল হোংলক্লি।

নামিবনা পুরকপা উনগী মরীকশিংনা কবোক চাইবগুম চাইথররি। মশাদা পক্লিবা উনগী মরিকশিং অদু পংশিল্লবা খূৎশাশিংদুনা পঙ্গল থোক্তনা তপ্লা তপ্লা নানথোক্লি। পূক্নীংদা তত্তনা হংলি, অহিং অসে লোইগদৌবা কয়াম ব্রাৎলিবগে?

অঙৌবা উনগী ফৈজুপ্না কুপশিনবীরক্লবা মশাশিং অদো লেঙ-ওৎকনি হায়বা কাউখ্রে। লৈয়েং অদু খৎনবা হোৎনবা তনিক-তনিক্লা খাঙলে। মশাশিং অদু তুম্পক্লা তাশিল্লকই। হকচাংদা চেল্লিবা ঈগী ঈচেল লেপখিবগুম তৌরকই। ব্রাখলদি মাঙদরি। অব্রা-নুংঙাইগী ব্বারী কয়া শাগে খল্লি। পূক্লীংদা খল্লি, অব্রাবা মীৎকুপ খৃদিং নুংশিবা মরুপকা ব্বারী শাবদি অমৃতনি। পুইনগী মশক্লি।

"অহিং অসিবু লোইগদবা কয়াম ব্বাৎলিবজাৎনো ?"

"নোংয়াই চবুক লোল্লকপদা ঙাইরি।"

"পুন্সিশে নুংঙাইবগীদি মীৎকুপ অমত্তনি। অব্রাবগী লীশাং শীৎপা ব্বারীনি।"

"হায়রিবশে অচুম্বা ওইবা তাই। নুংঙাইনা তৃমখুন তানখিবা অহিং অমত্তা ঙসিগী অসুম্না নিংঙাইখিদে।"

"অম্বনা কুপ্লিবা ঙসিগী শাংলবা অহিং অসে ঐখোয়গা লাইবক মান্নবশিংগীদি পুন্সিনি।"

"মীওইবগী থম্মোয়দা হংদুনা লাক্লিবা ব্বাহং অসিগী পাউখুম অমদি পামই।"

"ব্বাহং হায়বসিদি হিংনিংবনা লাংতক্লরিবা মখোয়গী ধর্ম্মনি। লাংতক্লবা পূম্নমক থাদোক্লবসিংগী মফমদদি ব্বাহং অসে শিপ্রবা অমনি।"

"ঐগী ব্বাহং লাংতক্লবগী, করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তগীসু নত্তে।"

"মীওইবগী থম্মোয়দগী নঙনা আশা তৌরিবা মহাকপু কনানো ?"

"নুংশিবা।"

"কুইরে ! য়াম্না কুইরে। মীওইবগী থম্মোয়দগী নুংশিবনা মাঙখিবা।"

"মহাক অমুক হল্লক্লরোহদ্রা ?"

"হৌজিক্তি পূম্নমক অরেম্বনি। আশা তৌরুদবনা ফগনি।"

"ঙাইখিগে হায়নদি খল্লি মহাক্লা অমুক হল্লকপা।"

"পূম্নমক থাদোক্লগে হায়না লেপ্লবনি ঐহাক্তি।"

জ্ঞান মতেক অমুকসু মাঙখিবগুম তৌরকই। কনানা কদাইদা করম্না লৈরিবা? খঙবা ঙম্লক্তে। অমুকসু মমি-শামি নীংশিংলকই।

"কামধেনু ঐখোয়না লৈরিবসিবু কদাইদনো ?"

"চাউরবা য়ূম অমদনি।"

"ঐখোয়গী য়ূমদি য়ূম্লিংবশিংনা শীদোকখ্রবদাই।"

"কনানসু য়ূম অসিবুদি শীদোকপা ঙম্লোই। খুৎহৈবা মহাক্কী খুৎনা শাখিবা য়ূমনি।"

"অদুদি ঐখোয় অসে কয়াদা লাইবক ফরবা !"

"মফম অসিদগী ঐখোয় নুংঙাইবগী মপান নাইদ্রবা মফমদুদা চৎপা ফংলগনি।"

"মসিগীদমক ঐহাক্তি ৱাদবা ঙমদে।"

"অৱাবা হায়বদু লোইশিল্লক্রবনি । অশিবা ! ঙসিদি নহাকপু তরাম্না ওক্লি।"

"অঙকপনি নঙগী পুকচেল। নিংথৌবুসু হুন্দোক্লমদে নহাক্না।"

"য়েংঙু ! উরব্রা ? অঙৌবা উনগী দোলাই তোংদুনা ঐখোয়বু লৌবা লাক্লিবসে মহাক্না।"

"লোইনাইদ্রবা অহিং অসে নুংঙাইনা তূমখুন তাল্লি।"

"মহাক নুংঙাইনা তূমহৌরসনু। মাগী তূম্বা কায়হল্লগুমশি।"

"দোলাই অসে মাঙদা থাররে। ঐখোয় তপ্না কাখৎলসি।"

উল্লেন নংখ্রবা অহিংদুগী ৱারি কনানসু খঙখিদে।

লোইশিল্লক্লে অহিং অদো। চীংখৈদা মঙাল হুন্দোরক্লে। উশাথক্তা য়ারেক্লম্বা উচেকশিং তাম্ল মায়কৈ য়েংদুনা শাগল লেঙবা হৌরক্লে।

লন্তক-লন্তক চৎনবা হৌরক্লে উন্না কুপশিনখ্রবা চীংয়াগী লম্বী অদু।

ইপা পাখংনা চেল্লকই মন্দিরগী লাইপাম্নবা পূজারি। তল্লে খুনগী লুচিংবদা। মন্দিরদা ওইহৌরিবা মতৌশিং অদু অমত্তা চিংথদনা। খুলগী লুচিংবা থুংলবদগী মীয়াম হুপ্লা তিল্লরে।

অশেং-অমাং খণ্ডবশিংনা হায়,

"মন্দির অসিদা অসুম্না তৌবসি হৌনদে। তৌহ্নেদবা থবক্লি। প্রতিকার তৌদুনা কোকথোক-চামথোক্তবা য়াররোই।"

খুনগী লুচিংবনা মখ্বাঙ মেত্তুনা ঙাঙলি – "মসি অফবা খুদম নত্তে। ঈশ্বরদা লংজবা থোকই। ফত্তবা ফল লাক্কনি। পাপী অনীশে কদাইদনো লংশেকখো।"

লংজা-ক্বাক্কি চাক্তফম ওইরিবা অপুম-অশা হুন্দোকফমদুদা কাইদা হাপ্পুনা পুপ্লে। হুনজেক্লল্লে অশিবা মশাশিংদু মফম অদুদা। মখোয়বু পুরক্লম্বশিংদু চংনখ্রে। মতিন শিং-শিত্তুনা।

অশেংবা ফি শেত্তুনা, অথেনপোৎ ময়াম পুরক্নুনা কৎলরি মহাক্কি খুয়াদা। হায়জরে মহাক্কী মফমদা। ফত্তবা ফল পূম্নমক মখোয় অনীদা পুহনবিখো হায়দুনা।

অথেনপোৎ পুরক্লিবা মখোয়গী অব্রাবসু উরে। মনাই অনীগী থব্রায়না মহাক্কী খুয়াদা চংজরক্লি হায়বসু খণ্ডলে। অদুবু মন্দিরদা ঙাম্থোইরিবা মহাক্তি মোমোন্তা নোক্লি। মসিতনি মহাক্কী ব্রাহৈ। ❑

# চৈনা

লান অসি ঙসিসু অমুক হৌরে। হূ তৈরবা ৱাহৈগী তেনজৈ শংনদুনা কাপ্লরে।

নুমিৎ কয়া, থা কয়া, চহি কয়া লেপ্তুনা শোক্লরক্লিবা লান অমনি। মতম কয়া থম্মোয়দা ফুমদুনা থল্লকপা শক্তি লৈরবা বোম কয়া পেন্দবগী মৈনা চুদুনা মথং-মথং লংশিন্নরকই। ৱারে পোংথানখিশি হায়দুনা নাকল অনীমক্লা হন্দোক্লবা নত্তনা কনাগুম্বা শক্তি অমনা খাম্লুবদা লেপকদবা লান নত্তে।

য়ু ঙাওরগা ময়ূমদা হনজিল্লকপা নুপাশিং মাগী-মাগী নুপীদা নৈরবা ঙাক্তনি। ঙাঙনিং-শক্লিংবা, চৈনিংবা, ওইননিংবা পূম্নমক মাগী-মাগী নুপীগী মফমদা ঙাক্তনি। মসি নত্তে মহাক্কীদি। মমাগা অমুক্তং খংনহৌদ্রবদি তুম্বা য়ারোইদৌরিবনি। কৈদা অমনি।

চন্দ্রমনিগী হেনজিনবা মতৌশি মাগী নুপী মালিকা শাউনিংঙি। ঙাঙলুবগদি ঙমজবা নত্তে। থাফম চাদনা থাজিল্লক্কদৌরিবনি। মীফু-চাফু ফজদে। খূৎ হনবা ঙম্লরোইদৌবা মীদনা খরসু হেল্লি শাথীবা। চুম্নগী মমা-মচা খংনবা খাম্লুবগীদমক মনম দাক লৈবমখৈ য়ৈবী। করিসু লৈতবা ৱা অমগীসু চৈ হেক্তা পায়রক্কনি।

সনধ্যা য়াচংলকপদনি। লান অমুক হৌরে। মালিকা মাগী নুপা চন্দ্রমনিবু খাম্নবা কন্না হোংনজৈ। মমাগী মখৌরি মেৎকে হায়দুনা চেনশিল্লকপদা মালিকানা মখূৎ পায়দুনা য়াল্লুবগীদমক খূবাক অচৌবদুনা হাইজিন্দুনা থাজিল্লকই। মালিকা ঙাইহাক্তি জ্ঞান মাঙদুনা তুশিল্লি। মমীৎ অদু তন্দনগী-তন্দন ঙাক্তা ঙাইখ্রে। জ্ঞান তারকপদসু মমা-মচাদু লাউনদুনা লৈরম্মী।

"হিংচাবগী মমা-মচাশে অমুক হন্না খাম্লরোই। শিনরসনু।" খামগে খল্লুদরে মালিকা।

অথৌবা ৱাহৈগী থাংশাং শংতুনা গ্াইথনরে।

"মচা হাৎপা ঙম্বী, হায়য়ু অঙাং অদু কদাইদা লৈব্রে ?"

"মহা পাপী নঙ ৱা মখা অমুক তারক্কনু।"

"ৱাহং অসিগী পাউখুম পীদ্রিমখে লান অসি লোইখিরোই।"

"লান পাম্বা নঙ ঐনা শাপ তৌরবদি উৎ ওইনা তুমগনি।"

"ফরবনে উৎ ওনখিবদুনা পুম্নিসে হিংনা-হিংনা নরক তাগদৌবগী শরুক।"

"হায়েংমুক্কি মপোক্তদি নমীত্তা নমা উবা ফংলুবদি হায়রুনু নঙ।"

"মথংগী মপোক্তি থম্বু-থমখ্রো। হন্দক্কি মপোকশিদফাও উজনিংব্রে ইমীৎশিদা ইমা কৌবতা। পেঞ্জরে ঐহাক মমা-শাবীগী মীৎকি পি।"

"খুন্নকপ্রা য়েংঙু মহা চন্দান, মীগী মমা ফজবীদু ইমা হায়না কৌবদা।"

"মবুকথোক্কি মচাবু কোরি চফুদা হাপ্তুনা ঈশিংদা থাদখিবা ঙম্বী কুন্তীদসু মচা কনগী অৱাবা খঙদুনা মচাগী খোঙ্গুল লীরকখি। অদুবু নহাক্তি নচাবু ফিজিদগী হুন্দোক্লম্লগা উচেক্কুম পাইখিবা ঙম্বীনি। নঙগী থম্মোয়দুবু ঐনা তুক্কৎচৈ। অদুনা ঙসিদি — ঐহাক পশুরামগী শক্তম লৌরবনি। শাপ কয়াসু ফংলসনু।"

"বিষ্ণু, বিষ্ণু মচীন অসি কয়াদা ঙম্লিবনোনে !"

"পাউখুম পীবা ঙমদ্রে নত্রা ? পাউখুম পীদ্রবদি য়ূম অসে মৈ থাদোক্লম্লগা ঐহাক কদাইদনো অমা চৎখ্রগনি।"

"নহাক অঙাং অদু খঙনিংব্রা তশেংনা ?"

"অশেংবদু খঙনিংবননি ঐনা পাপ চাদুনা হিংলিবশে।"

"চৎলু অদুদি হৌজিকমক।"

"কদায়দা ?"

"তুরেন মপানগী মোংফমদা লৈবাক ওনখ্রবা নপাদু কোৎথোক্তুনা হংলুচো। মহাক্তনা খঙবনি।"

"মদু খক ওইথোকপা য়ারোই।"

"ওইথোক্তবা ৱাহংগী. পাউখুমদি ওইথোক্তবা ৱাহৈনা পীবা তাবনি।"

"শিখ্রবা মহাক্না অহিংবা মীগী ৱাকৎ খক তাবিরোই। ঐশে কয়াদা মপোক থীখ্রবা।"

"চন্দ্রমনি, নঙ ইমাবু ওৎলনু। নঙগী চক্রি অসে ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। অত্মাঘাৎ তৌদুনা শিনিংলে।" মশা অদু থক-থক নীক্লে।

"ঐসু খাঙবা ঙমদরে ইমা। পুন্সিসিদা নঙনা মশিং খঙদনা ওৎপিখিবগী। ঐ শিনিংলবনি।" মখূৎ-মশা প্রোক-প্রোক থেক্তুনা খাঙলি।

চোকথনরে নাকন অনীমক। মায়থীবা অমদি মায়পাকপগী ৱা নত্তে। বন্ধ তৌবনি। লান লোইবা নত্তে। থৌরবা ৱাহৈগী তেনজৈ লিরুংদগী শৎতোক্লখরে। লোইবা নত্তে তূম্লিবা মৈগী চীংগুম নোংমা শোয়দনা পোকখায়রকখিনি।

মালিকাগী খজাইদা তারিবা খূবাক্কি মমিদু উবদা চন্দ্রমনি মালিকাগী মনাক্তা চঙগে খল্লুদরে। মাগী মীচং লৈতবগা চপ মান্নখ্রে। মফি হোংদোক্তুনা ফমুং চঙখ্রে। মানা মানা থোকপনি। অমনা অমদা ৱা হায়নবগী হক মাঙনখ্রবা ঙাক্তনি। অয়াকপা ৱাহৈ ময়াম্না নিল্লম্বা ইমুং অদু পুমচিক চীকখ্রে।

শাউনিংবগী মৈরীনা লিংজেন ফবা শারুবগী থংনবা মীৎকুপ্তা শ্বর চনীং-চমাং শম্লখিদ্রে থাগোই। কোকচাউবী কাদুনা ফমথখিবদগী হৌগৎপা ঙমখিদ্রে। হোল্লম্বা শ্বর অদু লেপখ্রে। তুমিন্না লৈখ্রে। মালিকা পাখত্তুনা চেনশিল্লি। মশা নোমদুনা কৌই। খুম্মকপা লৈতে। পুনগী ঈশিং অইংবদু লৱাইদা তপ-তপ থাদুনা মশাদু নোইবদগী শ্বর তপ্না হোল্লকই। "ফৎসু ফত্তেদা মহা পাপী অসে। ঐবু ওনথোক্লা ৱাহল্লিদা।"

কংশিল্লবা মীৎলুদুদা পিরাংনা ঈহৌরকই। অমুকসু খল্লি, "শিরম্বনা হেন্না ফরবনি।"

মালিকা মনেম্বোক্কি মতৌদু উবদা পুবা য়াখিদ্রে। হিক-হিক কপ্লক্লে। ধর্ম্ম য়াওদবা মাগী নুপাগী মতৌদুদা মহাক ৱারৌই। তাইনবা ঙমদনা।

পুমচোক চোকথরে। পাঙ্গল থৌনা পুন্নমক লোইখরে। পুন্সিগী নুমিৎ তারক্লে। কোক্কা মোনগা শোক্লখিবদগী হৌগৎপা ঙমখিদরে।

চাক চখোম্মুক চারগা তুম্নবা মালিকানা হায়ৰবদু তাখিদ্রে। ব্রা লান অমত্তসু ঙাঙলকখিদ্রে। মালিকা তৌফম খঙদনা ফম্মাঙদা লেপ্লি। মচা অপীকপা অদু শেগা ওনথদুনা কপ্লিবা অদু থেল্লি। চাক চাদনা ফম্মুং চঙনখ্রবা অহন অনীবু থেমগদ্রা কপ্লিবা মচাবু থেমগদ্রা ফুম্বংনরে।

মীৎকপ অমা উইরোন-শারোন তূমথরুরবা তুংদা তাখিবদগী লেংবা ঙম্নুদ্রবা হকচাংদু য়াওল্লকই। মীৎ উইশিল্লবসু তূমথবদি য়াখিদ্রে।

মঙাঙথোক্কি মঙাঙথোক্কি খল্লুবা মচাগী ব্রাহৈশিংদুনা ঙসিদি মখূৎ কয়া লোংদুনা ঙকশম পায়দুনা ইল্লরে। মহৌশাগুম থম্মোয় পেম্থোকপা ঙমদরে। অমুকসু খল্লি পাপ্পা য়োল্লবা মপোক অসিনা কনাদসু দোশ তৌররোই। "পাপ চেল্লবা মপোক হায়বদু ওইরেদকো।" হৌজিক্তদা খল্লকই।

পূম্নমক লোৎশিন্নবা হোৎনরবসু তত্তনা হংলিবা ব্রাহং অমনা শাগন পায়দুনা চিংলরি। খুইজিল্লবা খূৎশাশিং অদুনা মল্লবা পুন্সিগী চেনাশিংদু তপ্পা-তপ্পা হাইগৎলুরি।

মপুরোইবগী শ্রাদ্ধ লোইখিবতা ঙায়রি। থা মপন্তা ঙাইরিবা মচা অপীকপদুগা লাক্লিবদু মপামদা নত্তে মনেগী য়ূমদনি। মমা-মপা অনীমক লৈখিদবদগী মপামদা মাগী খোঙ্গুল মূৎপ্পবনি। মপাগা পোকমিন্নবা মনেশি নত্তনা মাগী চঙজফম কনাসু লৈতে।

তুফক-তুফাই ইচন-চন্না থাউমৈসু থান্দবা কা অমদা ফল্লি। মপুরোইবা হেক লৈখিদবদগী চাক চারা অমফাও মবুক থন্না চাবা ফংলক্ত্রি। মনেগী নাক্তা লৈরদি শিবমক্তি শিররোই খল্লকপা মীৎকুপ্তদা মনেদু মনাক্তা চঙলকই।

"ইবেম্মা। থাগোই ইনে ব্রা হায়গে। অশিবা হায়বসি আশিবনি। মতুং ইন্দুনা চৎপা য়ারোই। নঙ য়ূম পাল্লু। নচাশে ইনেনা য়েংগনি। মপাগী শ্বত তালহনগনি। নচা থনম্মু। নশা নহানি। নুপা অফবা লৈ। অওনবা পুম্নমক থেংনবা ঙম্বদু পুন্সি কৌই। হৌখিবগীদমক পুন্সিবু লাইমন ওইহনগদবা নত্তে। ইনেনা হায়রিবসি নঙগী ফনবনি।"

মশাদু হুমাং অনপ্পী কারক্লে। মকোক অদু উরু-রু ঙাওরকই। মতম্বাক্তা কপ্লিবা মচাদু মনেনা লৌখত্তুনা পুখিবফাও খঙহৌদে।

মীয়াই চল্লপ তৌরবা নুপা অমা মনাক্তা ফল্লিবদু মমি-শামি উরকই। ইহল্লরিবী মহাক্কী মায়থোঙদু চিংনা য়েংলদুনা শোচ্ছাংননা হায়রক্লিবা ৱাহৈশিংদু লৌশিনবা ঙম্লমদে। ইল্লিবা ফি অদু মরেংজুমদগী লৈমায়দা তারিবদু খুনগত্তুনা ইনশিনবিরকপা মীৎকুপ অদুফাও মীশক অদো কনানো হায়বা খঙবা ঙমদ্রি।

নুপা অদুগী মখূৎনা মশাদা শোকলকপা ফাওবা থৱায় য়াওদ্রবা মী অমগুম উংদুনা লেপ্লি থাগোই। মহাকপু কোন্দুনা পুরিবদু কদাইদনো খঙলমদে।

হৈনম লৈনম চুরবা নিংথিনা লৈতেংলবা কা অমদনি। ফজবা লৈরোং হৎলিবা মোমপাকফিদক্লা কুপ্লিবা ফম্মুং অদুগী মথক্তা ফি থোংদ্রবা থাগোইগী থা মাল্লবী হকচাং অদু তাদুনা লৈ। অমম্বা কা অমদা চীং লেম্না ফল্লখিবা মহাক অদু চরাম্নরবা নোংশাগী শক্তম লৌদুনা ঙৌরবী মহাক্কী হকচাংবু পুম্না য়োৎকদৌবগী মতাগুম চঙলকপা মীৎকুপ অদুদা খঙলে মহাক্কী অনীশুবা নুপানি হায়বা। খূৎপায় চেৎনা পায়শিল্লদুনা চোইনা তারিবা শল্লাংশিংদু অমমমতা ওইনা মশিং থীরক্লি। মীৎ অনীদু চেজেৎ উইশিন্দুনা খাঙজবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। মনিল কারবা নুংশাশ্বরগী খোন্থাংগা লোয়ননা পীরকখিবা পূম্নমক তারাম্না লৌশিল্লুরি শ্বর হোনগনি কাউখ্রবা মীৎকুপ্তুদা।

মপুরোইবগী মোংফমদা হুনখিবা হঙ্গাম মরুশিংদি পোকখায়বা লোইদ্রি। মহাক্কী থম্মোয়দগী চোংলকপা অনৌবা লৈনাশিংদি শাৎকাইরক্লে লৈকা ফন্না। শরা শনখরে লৈনম্না ময়াই কারবা অহিংদুদা।

অনৌবা মপোক অমগী নোংঙাল্লকপদা ঙাইরিঙৈ মংগুল্লবা কারকপা ওইনা থোক্লুরে। চহি ওল্লকপদা ঙায়রি মহাক্কী অনীশুবা নুপা অদুসু শিরে। পূম্নমক থাজবগী ৱাংমদনি। কনানা শিল্লক্লিবা লিলানো খনফম খঙখিদে থাগোই।

হনজিন-হনজিন মরাইবক লৈত্রবী মহাক্কী মফমদা মনেগী পাউতাক হোংবা লৈতে।

"পুন্সি হায়বসি মসি ওইরেকো।" ঙসিদি অসুম্না খল্লক্লে। "কনাগীদমক কপশিগে ? হুম ! কপ্লরোই। নোকসু নোক্লরোই। থেংনবা ঙম্বদুবু পুন্সিনি হায়বদাই।"

মপুরোইবগী পাম্বোমদা মোনখাংনদুনা লেল্লম্বী মহাক্কী হকচাংদা অনৌবা খূৎ কয়ানা মথং-মথং শোক্লকপদা নাচুংবা পোকখিদ্রে। নুপী অমগী মমল ঈরু খুদৈ অমগা মান্ননা লৌরিবা নুপা কয়াগী শক্লোন কয়া মহাক্কী পুন্সিগী তাংকক কয়াদা মশিং খঙদনা থেংনখ্রে। মসিফাওবা চোকথবা ফাওদ্রি থাগোই।

তারারকগুবা নুপাগী য়ুমদা চেল্লকপা নুমিৎনি। মনেগা লোয়ননা অহন খরা লাক্কুনা মচিন হংলে। "হন্দক্কি নুপা অসিসু ইশানা য়ানা চেল্লক্লবনি ইনে।" কনাবুসু হঙ্গোইবা লৈতনা তয়াং-তয়াং হায়দোরকই।

মখূৎ শমদুনা পুরক্লিবা নুপামচা অদু মমা উবদা চেনশিন্দুনা কোনশিনখিবদগী থাদোকউ য়াখিদ্রে।

"লাকও-লাকও নঙদি ইবোক্কা চৎখ্রদৌনি।"

"ঙল্লোই মমাগা লৈহৌনি ঐদি।"

মমাদগী লাপথোকউ হায়বা য়াখিদরে। ফনা থেম্মী য়াবা কৌবা লৈতে।

"ইবেম্মা অঙাংশিবু থনল্লো হায়ব্রা ?" লৈজহৌরসনু খল্লুরবনি।

"থনম্লনু ইনে। পুবিখ্রো।"

মমাগী ফিজিদু পায়খিবদগী থাদোকউ হায়বা ময়াদ্রে।

"লাকওনে নঙবু নয়ূমসু নত্তবসিদা কৈদৌবগী লৈনিংলিবনো ?" শাগন পায়দুনা চিংলে। চেৎনা পায়শিনজরম্বা মমাগী ফিজিদু নানথোকখি। মমাবু হন্না য়েংদুনা কপ্লা কপ্লা মখূৎ পায়দুনা চিংলিবা মবোক্কী মতুং অসুম ইন্নখি।

ফিজিদগী তাহৌবা মণিদু খুনগৎকে হোৎনরুই। মখোঙ থীন্দুনা হংলিবা মচাগী ব্রাহং অমনা অখাক অরাও তারকপগুম অমুকসু খংপ্রেক খংঙি। মল্লবা পুন্সিগী ব্রারীদু নিংশিংলগা হিংদুনা লৈবা অমুকসু পাল্লক্তে। শিনিংলকই অরোইবা পুন্সিগী লমদাং অসিদা।

নোংমসু হংলকখিগনি হায়বা খঙঙি। ব্রাহং অসে অচম্বা নত্তে কায়খ্রবা থম্মোয় অমদা তারিবা কোকপা ঙমদ্রবা ময়ি অদুনি। মচাগী মমাঙদা শক উৎনীংলক্তে। মহাক্কী পুন্সিবু দাকফম মশিং খঙদনা লৈহল্লম্লবী মনেবু অমুকসু নিন্দা তৌরকই।

লৌরে অরোইবা ব্বারেপ। ফিগী ময়োম মচা অদু চেৎনা পায়শিল্লে। মমল নাইবা নত্তে। শিবদা মশা কুপ্নবা থমজিনজবা ফিগী ময়োম্নি। থোরক্লে থোঙ অদু তপ্না হাংদোক্লদুনা। মখোয় পূন্নমক ইশি-শিনা তূন্নহৌরি। কনাসু খঙহৌদে।

মালিকা ইপা পাখৎনা চন্দ্রমনি মশা নোমদুনা হৌদোকই। চন্দ্রমনি ইফিং-ফিংনা হৌগৎলকই। কাংখল হাইদোক্তুনা য়েংলুবদসু লৈরমদ্রে। পূক্লীংদা চিংনবা ফাওরকই। থোঙ্গান তম্না চেনথোক্তুনা য়েংলুই। কোম্থোং অদুসু খজিক্তুং হাংদোক্লমই।

চৎলমগদৌরিবসিবু কদাইদা ওইরিগবা ? খনবদা লাম্বা ফংদে। অয়ুক্কি লৈচিন্না কুপশিনখ্রবা লম্বীদুদা কনাসু উদে। লৈমিন্নরিঙৈ ব্বারৌরিবনি হায়দুনা নোংমতা হরাওনা কৌখিদ্রবানি। খোঞ্জেন হৌনা কৌরকই – ইমা.... কদাইদনো নহাক্লা চৎলিবদুবু ? নচা লানখ্রে ইমা.....?

মঙম শানখিদে খোঞ্জেল অসে। থৎখিবগুম তৌখি অয়ুক্কি লৈচিন্না। ❑

# লম্মাংনবা

"মাঙদা চৎলিবা মরুপশা! নখোয়না ঐগী ইফমদা ইয়াম্বগী লৈফম অমুক্তা তাকপীয়ু।"

"মফম অসিদা লাক্লিবা নহাক কনানো ?"

"ময়াম্বগী খোঙ্গুল লীবদা কঙাওনরবা মনাও অমনি ঐহাক।"

"কনানা হায় মফম অসিদা নহাক্কী নয়াম্বা লৈ হায়বদি ?"

"ঐবু পোকপী ইমানা তাকপীরকই।"

"নহাক য়াম্না থুনা হনখ্রো মফম অসিদগী।"

"ঐহাকপু থাজবীয়ু।"

"থাজবা ! মসিদগী হেন্না চাউবা মীনম্বা অমা মফম অসিদা লৈত্রে।"

"মফম অসিদা থাজবা লৈত্রে হায়বা।"

"উম, মফম অসিদদি থাজবা মাঙখিবা কুইরে। নঙনা থিরিবা মহাক্লা নঙবু শকখঙলরোই। অদুনা নহাক মফম অসিদগী হনখিবনা ফরগনি।"

"মদু খক ওইথোকপা য়ারোই। মনাওবু নুংশিবা ঙমদবা ময়াম্বা সংসার অসিদা লৈরোই।"

"অদুদি নহাক হায়য়ু, ঐখোয় অসি কনানো ?"

"নখোয় কনাসু লল্লানবা নত্তে। নখোয় অমসুং ঐহাক্কী মরক্তা খেন্নবা শক্তম অমত্তসু উবা ফংদে ঐগী মীৎ অসিদা।"

"নঙনা ঐখোয়বু খঙদ্রে। অমুক্তংগা মুন্না য়েংঙু অদুগা হায়য়ু। ঐখোয় কনানো ?"

ওহ! মায়থোংশিং অসে লোইনা কাহৎলে। মীৎয়েং খূদিং পেন্দবগী মৈরীনা চাক্লি। কনাগী মফমদা ওইরিগবা ? কনাননো মখোয়গী থম্মোয়দগী থাজবা মহাকপু মুনবীগ্রিবা ? পূম্নমক ওইদুনসু মীওইবগী শক্তমদি মাঙদরি।

চৎখ্রে থাজবনা মীনম্বীরবা মখোয় ঐগী ৱা তাবীদনা। ঐহাকপু লম্মুক্লহল্লম্লে থাজবা মাঙখ্রবা মখোয়না। তপথবা ঙম্লক্তরে ৱাখল অসে। লোম্বা নাইদবা লম্বী অসিনা অমুকসু লাংতক্লহল্লি ঐহাকপু।

শাংলবা পুন্সিগী লম্বেল অমদি ওইরক্লে। নঙগী খোঙ্গুল লীবদা। ঐনা নঙবু ফংগদবা মফম অদুবু কদাইদা ওইরিগবা ? থেক খোয়না তামহৌরবা লম্বী অসিনা অচৌবা লিল অমগী শক্তম লৌদুনা য়েংশিল্লক্লে। অমুকসু পুদুনা চৎলি লম্মাংনহনগদৌবগী। শকখঙনদ্রিবা লম্বেল অমদা মঙফাওনবা ঙমদনা।

হকচাংগী পাঙ্গলনা চোকথরা ফাওরক্লবসু নঙবু উনিংবগী ৱাখলনা লমজিং ওইরিবা পূক্লীংদদি তত্তনা হংলি। নহাকপু কদাইদা লৈবগে ? ননাক্তা লাক্লিবা ঐহাকপু নুংশিনা নথানুংদা কোনশিনবীররো চেৎনা অমুক্তদি।

মচিন-মনাওগী নুংশিববু মশক খঙদবশিংনা হায় "ময়াম্বা-মনাওগী নুংশিবদি মাঙখিবা কুইরে। হৌখ্রবা মতম অমগী ৱারীনি। কনামত্তনা হৌজিক্তি মদু নীংশিংদ্রবনি। ময়াম্বনা মনাওবু থাজদ্রবনি। মনাওনসু ময়াম্ববু নুংশিবা ঙমদ্রবনি। মরী অসে তৎখ্রবনি। কনানসু শমজিনবা ঙম্লরোই।"

ৱাহৈশিং অসিনা ঐবু খোইশাউনহল্লি। হন্না-হন্না ৱাহল্লি। খাঙঙমদবা চৈনা ওইদুনা তত্তনা ওৎলরি। পূম্নমক মীনম্বনি। শক্লোন কয়াসু হোংলমসনু। থম্মোয়গী মরীদি কনানসু থদৎপা ঙম্লোই। ঐ চৎখিগনি লেপ্লা লৈতনা। মহাক্কী মনাক য়ৌনবা।

হে মীওইবা! নখূত্তা নূংথং পায়দুনা থূগায়য়ু হন্ন-হন্না নশাগী মূর্তি অসে মচেৎ কয়া থোক্লা। মাঙহল্লু চাইখায়দুনা লীক্লি মচেৎকুম নহাক্কী থম্মোয়দা থল্লিবা থাজবা কৌবা মণি মহাকপু। মায়থীবা ফংলবা খূৎশিংদুনা থাগৎলু অমুকসু থম্মোয়গী লৈমায় খূদিং নুংশিবগী কাংখুন শেমদুনা অনৌবা চার- থাজবগী।

অঙম্বা লোক্লুংদগী অৱাংবা চীংদোন, তাম্না শন্দোকখ্রিবা চীংশাং পরেংশিং, অতিয়াগা নখোয়গা করম্বা মফমদা খৃৎশম্নুনা লেপমিন্নবগে ? হৌবতা ঙাইরিবা খোঙচৎ অসিদা নখোয়গী শান্নফম অমুকসু য়েংনিংলুই। চীংনুংগী অপীকপা ঈচেল মচাশিং, চেহ্ত্রি লোইরোইননা তমগী ঈচেল তন্নদুনা। কনানসু থিংবা ঙমদে নখোয়দি। ঙমদে মাঙহনবা নখোয়গী থাজবা। নখোয় হৱাওনা শান্নরি থেক খোইনা চেল্লিবা ঈরোং নাইবা তমগী ঈচেলদা। তিনম্রি অমুকসু পাক্লবা ঈপাক্কি ঈরোন্নুংদা। পূন্নমক অমত্তা ওইখ্রি। কনানো খেন্নবা ? কনানো থাজদবা ? নখোয় য়েংঙু অমুক্তং কুম্মৈ অসে।

কদোমদগীনো খোঞ্জেল অসে ? কয়াদা নুংওলহল্লিবা । মিরবা তৌদ্রিগী খোঞ্জেলগুম নুংশিরবা নঙগী ঈশৈগী শুরনা অচিকপশিদা চীংমায় থন্না খোম্থাং য়ৈররি। লেঙলি পাল্লিবা থবায় পানবা পূন্নমক নাউথেল্লি নঙগী ঈশৈনা। মোমোন নোক্লি নুংশুক-নুংজানরম্বা চীংজাও কয়া নঙগী ঈশৈ তাবদা। লৈহনবীয়ু মহাকপুসু নঙগী ঈশৈগী খোম্থাংনা য়ৌবা মফমদা। য়ৈহনবীয়ু খোম্থাং নঙগী ঈশৈগী মহাক্কী থম্মোয় লকাদসু। নঙগী শুরগী লীচিংনা পুবিয়ু ঐবুসু মহাক্কী মনাক য়ৌনবা। হে ঈশৈ শক্লিবা ! লেপখিনু নহাক্কী ঈশৈ। খোম্থাং য়ৈরখো চীংয়া-তময়া শিন-থুংনা।

চোকথবা নহাক ঐগী লম্বীসিদা থৎলগনু। ঐগী থৌনা পূন্নমক খূদুম চনগদৌবগী হোৎনরি নহাক্না। মহাক্কী শক্তম উনিংবনা খোইরাংলবা ঐগী পূক্নীংদা ফাওরিবা অৱাবসে নঙনদি খঙবীদে।

মাঙদা চৎলিবী শোল্লবী মহাক অসিবু কনা ওইরিগবা ?

ঙম্লবা লম্বী অসিদা চৈশু শুদুনা মহাক ৱানা চৎলি। মচাগী অৱাবা মমা ওইবীতনা খঙবীবনি। মহাক্না শোয়দনা তাকপীগনি ঐগী ইয়াম্বগী লৈফম।

"কদাইদা চৎপীরিবনো ইমা ?"

"ইচাশিংগা উনররোইদবা মফম অমদা চৎলিবনি ইবুংঙো।"

"নচাশিংনা করি হায়রবগে ইমা ?"

"য়ুম অদো শিদোক্লগা মানা-মানা পাম্বদু তৌরগে হায়রে। ইমাগী লৈফম পীদ্রে মখোয়না।"

"মখোয়না ইমাবু নুংশিবা ঙমদ্রবা !"

"ইমাবু মখোয়না নুংশিবা ঙমদ্রে। নুংশিবা মাঙপ্রবা মখোয়গী থম্মোয়দা ইমাগী মফম লৈত্রে।"

"য়াম্না ৱানা উরে ইমাগী হকচাংদো। নচাবু করি তৌজৌ হায়বগে ? অমত্তংদি হায়বীয়ু নচানা ঙমজবা।"

"ইবুংঙো মসিদি ইমাগী হৌনশানি। ইমা করিশু ৱাদে।"

"ইমাগী হৌনশা ! অসুম্না খাঙবাশে ইমা নঙগী নহৌশা ওইরেকো ।"

"ইচাবু কদাইদা লাক্লিবনো ?"

"ইয়াম্বগী খোঙ্গুল লীরকপনি ইমা।"

"নহাক নয়াম্ববু নীংশিংলিব্রনে ?"

"ঐহাক ইয়াম্ববু কাউথোকপা ঙমজদে ইমা ।"

"চীংনা ৱাংবনি, তম্না নেম্বনি। চীংনা হৌরকফম্নি, তম্না তুংনফম্নি খক কাউগনু। চৎলু চৎলু নয়াম্বগী মনাক য়ৌনবা। ইমাগী মাঙ থারো লাউ ।"

ঐহাক চৎলে শোল্লবী ইমা মহাক্কী মাঙ থাদুনা। ঙল্লবা লম্বেল অসিদা । মহাক্না চৎলি চৈশু শুদুনা। মচাশিংবু মহাক্না ৱারৌপ্রে। মচাশিংনদি মসিবু খঙলিগদ্রা?

লাপথোরক্লে অসুম। মহাক্কী চৈশুগী মখোলসু তামহৌরে।

করিগুম্বা মতমদা মহাক্না ঐবু লাকপা ঙাইরমগনি হায়বদাই। "নহাকপু কদাইদা লৈবগে ইয়াম্বা ? ননাওনা কৌজরিবসি তাবা থোক্লবদি অমুক্তদি খুম্বীরকউ ? তাদ্রবজাৎলা?

মোং হাদনা লেপ্লিবা চীংশাং পরেংশিং করিগীনো নখোয়না ঐগী ইতৌবু উরগা করেম্নদুনা নোক্লিবদি ? নখোয়গী অয়াকপা মিনোক্না নুংশিরবা খোঞ্জেল পূম্নমক লোৎশিনগে হোৎনরিবা করিগীনো ?

নখোয়গী করম্বা ওইদবা চিরোন্নো ? ইতৌ তমদুনা নোক্লম্বা নখোয়না লোম্ছোক্তবগী মতৌগুম ৱা-লান ঙাঙদনা ঐবু শংত্রিক য়েংলিবদি। ঐবু মীতোপ অমগুম খল্লবরা? নত্রগা য়েক্লবা ওইনা লৌরব্রা ? মীৎয়েং অদুনা ঐবু ৱাহল্লি। খাঙবা ঙমহন্দে। মদুবু নখোয়গী ধর্ম্মরা ?

অমুকসু নোক্লি নখোয় ঐবু লক্লদুনা।

নখোয়না মাবু লোৎশিন্দুনা থম্লে নত্রা ? নখোয়গী পুকচেল খঙলে। ঐ ৱারৌদবা ঙল্লক্তরে। লেপখো নখোয় পূম্নমক মায়কৈ অমত্তদা। লম্বা পানসি ইথস্তগা। নখোয়বু তুম্না মাঙহনগনি। ফত্রবা নবুকশিং অদো ঐহাক্লা হোগায়গনি। ৱাংলে হায়দুনা নাপল কারিবা নঙকশিং অদো নোম্থিনবা অমমমতা ওইনা নখোয়বু লুরবা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লংথখিগনি।

শাপ তৌখিগনি নখোয়গী নথক্তা। মীৎকুপসিদা ঙম্নমক মৈগী চীং ওল্লো হায়দুনা। পোকখায়রকপা অঙাংবা লভাশিংনা নখোয়বু উৎ ওইনা কুপশিনখ্রসনু। চাথেকখ্রসনু ঙম্নমক ফৎত্রবা নবুকশিং অদো। হে শোরারেন ! কিম্থরক্লো নহাকসু। ননশিনখ্রো ঙম্নমক নাপল কারিবা চীংশাং পরেংশিং অসে। কনানা অনেম্বা, কনানা অৱাংবা গশ্বীরগনু খেন্নবা। লাক্লো অওনবা নহাকসু খোঙলৈ থুনা। মাঙখরো চীং। লেপ্লনু পল ওইনা ইমাঙশিদা।

ওহ! ঐহাক লম্মাংনরে। মাঙখ্রে ঐগী লম্বী। মাঙখরে থৌনা পুম্বসু। ঐগী অশাউবগী মৈরীদা মখোয় পূম্নমক মীকুপশিদা য়েক্লবা ওনখ্রে। কুপখ্রে ঐগী লম্বী অমম্বা লৈচিনগী মপৈনা। চেল্লম্বা ঈগী ঈচেলসু লেপখ্রমাল্লে। য়েক্লবনা লাঙ্গোই চল্লবা লানফা অমা ওইরে ঐহাক মফমসিদা। ঐগী অরোইবা হায়বদু লাক্লমাল্লে।

তুশিল্লবনি ঐহাক চীংশাং পরেংশিং নখোয়গী নখোঙসিদা। হৌগৎনবগী পাঙ্গলসু লোইখরে। লৈত্রে কনাসু ঐবু চিংখৎপীনবা। চিংখৎকে হায়নসু খল্লুরগনু অমুকহন্না ঐহাকপু। লৈরোল চনশিনবিরো মফমসিদা। য়াহিপ তানখ্রগে মতম চুপ্পগী ওইনা মোনখাংনদুনা নুঙপাকথকসিদা।

"মহাক্লা নঙবু নুংশি। চেৎনা থম্মু নহাক্কী থাজবা।"

লৈরোল চল্লগদবা মীৎকুপ অসিদা উহনবীরিবা অসিবু কনাগী খূৎ ওইরিগবা? হে থৌজাল হৈরবা ! ঝাহৈশিং অসিবু নহাক্কী খূৎ অদুনা ইবিরম্লিব্রা?

নহাক্কী থৌজালনা অমুক্তদি লেপহনবীয়ু ইমাঙশিদা। মতম কুইনদগী ঙাইজরক্লিবা মহাকপু। ঐগী অরোইবা মীৎকুপশিদা উজগে অমুক্তদি মহাক্কী শক্তম।

"পাঙ্গল শোল্লবী ইমা। ইমা নঙনা হায়বিরম্বদাই। মহাকপু শোয়দনা ফংগনি হায়না। নচাগী পাঙ্গল লৈরক্তরে ইমা ..... ।"

" ইবুংঙো করি তৌরবগে ? নশা অদু অমুক্তা য়াওল্লু ।"

"ইশ ! মঙলাক্লরুরেদনা !" ❑

# খূবাক খূখি হৈনিংদনা

"০১ ডিসেম্বর,ৱার্ল্ড এদস দে", নুমিৎ অসি য়াম্না মরুওইবা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অসিগা মরী লৈননা চাউনা শিল্লিবা থৌরম অমনি। অথোইবা অতিথিনা ফমফম্নাংদা লেঙশিল্লি।

অখণ্ড অহৈশিংনা ৱা ঙাঙলি -

"লায়না অসিনা মমল য়াম্নবা মীওইবগী পুন্সি কয়া মশিং থীঙমদনা মাঙহল্লি। মসিগী মরমদা মীয়ামসু ভাব তাবা ৱাংলি ... ।"

ৱাহৈশিং অসি মহাক্কী নাকোংদা মরী-মরী চঙশিনখি। মপানগী তাইবংগা শম্নদনা ঙৈহাক্তং লম্মাঙনখি । কনানসু মাবু থিবা ফংখিদে।

মহাক্না মাঙখিবা মতমদুদা অসুম্না ঙাঙনখি -

"মরায়বকসু ওস্তোক্না থীখ্রবা পাখঙনি। মরোল অনীশুনা শেংপা ফংদ্রবা ফূরিৎ-খোঙগ্রাও, হৱাই শেন্দন অমনবা অদুদগী হেন্না মশাদা নপখিদ্রবনি। মবুক থনবোই-থন্দবোই নোংমতা ঙেক লাউনা চাবা হায়বদু ফংখিদ্রবা। ফিভম অদুনা পঙলাপ লাপ্না চৎলমগনি হায়বসি থাজরুদবনি। চাননা মাঙখি ।"

নোংমৈনা পান্দুনা শিরবা নহা খরা মশক খঙদোক্লবগীদমক মোর্গতা থল্লি। ফোতোগা কোন্ননা খবরগী অহানবা লমায়দা য়াওরকই। মশক মান্নবা অমা য়াওই হায়দুনা খবর অদু মথক-মখা ওনথোকপমখে য়েংনৈ। মানি হায় মান্নবনি হায়, নত্তে হায় চিংনবা অমদি অৱাবনা মমাদু ৱাষ্টখ্রে। ময়াম চঙদুনা লাক্লে।

ইকুই কুইদনা পাউ অমমুক লাকই।

নবকুমারদু লালহৌবা য়াওখ্রে। বোর্দর এরিয়া অমদা ত্রেনিং তৌরি। ফমসু ফনা চাউরে হায়। কেদর খরসু ত্রেনিংগীদমক মফম অদুদা চঙখিবতা ঙায়রি।

পাউ অসি লৈকাইগী ঠিকা মচা তৌবা নহা অমনা হায়রবনি। মীপাইরিঙৈ অসিদা লাইমন অমুক হাপ্লরি। ওস্তোকপা মতৌ হায়বদু ওইরে।

হন্দক্কি পাউ অসিমদি অচুম্বা ওইগনি হায়না লৌনৈ। চীংগী মনুংহনজিনবা লম অমদা লালহৌলুপ মশেন খূৎ থোক্লবদা নবকুমার শিরে। লুরিবদি জগা অদুদা চণ্ডদুনা খোঙ্গুল লীরুবা ঙমদবা অসিনি। লালহৌলুপ নত্রগা সেক্যুরিটিগী খূৎপু ওইনা চণ্ডবা নত্রবদি মীচম্না চণ্ডবা ঙমদবা মফম্নি। চিংনবদগী নোংমৈনা কাপ্তুনা মফম অদুদা মীচম কয়া শিপ্রে হায়।

নবকুমারগী অশিবা মশাদু লৌরুবা ঙমদবদগী পাঙ্গোংনা শাদুনা পোৎলোইখ্রে। মচাগী ফোতোদু কোন্দুনা কপ্পদু উবদা শ্রার্দ্ধ নুমিত্তু মী পূম্নমক কপ্পদবা য়াওখিদ্রে।

অশিবা মীবু অহিংবা মীনা কাউথোকপদি হৌনশানি। নবকুমার অসুম কাউথোকখি। ফিরোইসু লোইখিবা কুইরে। শিবমক্তি শিদনা ব্রানা হিংলি শোল্লবী মমাদু। কনাসু লৈত্রে অততাই ওইনা মাবু য়েংশিনবীনবা। হিংলি হায়বদু মঙাইরে।

মী তোয়না শিরিবা লমশিদা অশিবগী পাউনা অয়ুক্কি মায় তাবগুম থোক্লে। মহৌশাগী অকিবা শক্লোন কয়ানা মীওইবগী লন-থুম অমদি পুক্সি কয়া মাঙহন-তাকহল্লি। মহৌশাগী অকিবা থৌদোকশিং থোক্রবসু মী য়াম্না শিরি। মীনা শাবা নোংমৈগী খূত্তা। শিরিবা ময়াম কনানসু নিংশিংদুনা লৈবা ঙম্বা পোৎ নত্তে।

পূম্নমক্না কাউখ্রবসু শোল্লবী মমানা নবকুমারবু খক কাউথোকপা লৈতে। লৈত-লাইরগী চৈথেংদা মচানা মপুম-থীৎপমখৈ ব্রাখিবদু নীংশিংদুনা কপ্লি। মমীত্তা শং-শংনা উরকই। মীগী হজিরা শুরুবদগী হুমাংনা পূমচোৎ চোত্তুনা হল্লকখিবা মচাগী মশক অদু।

মতম কক্তুনা কৌখিবা মনিপুর বন্দনা চাকখাওদা পীরক্লিবা চৈথেঙ অদু লানথেংননবগীদমক শরক মপান্দা হৈথরিবা নূংজাওগী মপৈ অদু মচেৎ কয়া থোক্লা থুগায়নবা হোৎনরি নবকুমার। থনবোই-থন্দবোই চারকখিবা অয়েন চেং মনম-নম্বীগী চাক্তুগা মাঙদা পৈরিবা নূং মপৈদুগা খল ওন্নবদা নবকুমার নোক্তে। পৈথরক্লিবা নুমিৎনা চীংগী মরুমদা চণ্ডব্রিঙৈদা কিলা ফাদ্রিবা মপৈদু ফানবা হোৎনরি। হুমাংনা মশাদু পূম্লুপ লূপ্লে। য়ুমদা মমানা থোংলল্লিবা শৌগ্রী থোংবগী মথেল অদুগা থোকখ্রিবা হুমাং মরীকশিং অদুগা নাপ চানদে হায়বা খঙলবসু হয়েংগীদমক খন্দুনা য়োৎশিন্নবা হোৎনৈ।

ৱানা হোৎনদুনা উচিন-নাচিন বি.এ. ফাওবদি পাস তৌরে। থরোই খুন, য়েল্লাং কেঙোই য়োম্দুনা মমানা ফংলকপা খরদুনা ভরা ওইরগা থবক মচা অমত্তংগী আশাদা ইন্তরভিয়ু কয়া য়াওশিল্লি। পিওন্দগী হৌরগা য়াওবা য়াবমখৈ য়াওশিল্লি। ক্লাস আইত পাস তৌবগী সার্তিফিকেৎ লৈরগা য়াওবা মীদসু থবক চঙনখ্রে। মাগী শরুক থুংলক্তে। মসিফাওবা নবকুমার থবক মচা অমত্তংদি তৌগে হায়বগী আশা মাঙদরি। লাইবক লৈতবা, শেল পায়দবা অমদি শঙ্গ লৈতবা অহুম অসিনা শাজৈ ওইদুনা নবকুমারগী চোংখৎলক্লিবা আশাগী ময়োল অদু হন্না হন্না কনথৎপী।

হোৎনবা য়াবা হোৎনৈ। কাখৎপা ঙমদে। খোঙফম অমফাও লৈরিবা থাক অসিদগী। হুমাং তানা শুরবসু মরেক-মহাও থোক্তবা মহিং অমদা অসুম পুৎথরকই। নবকুমার মকোক মরু ইচাউ চাউই। পাখঙ অমা ওইবগী কেবা-নানবা মমান্নবা মরক তিনগনি খঙদে। ঙাওচৎনবা অমগী মতৌগা চপ মান্নরে। মতৌ উবদা মীনা ঙাঙনবা য়াওরে। লাইরিক হৈরগা নবকুমারদৌনা তৌগদৌ লৈরবদি লাইরিক কৌবতা তম্বীরনু হায়দুনা মচা চৈবদা য়াওনরে।

খাঙফম খঙদনা ৱায় নবকুমার ৱাহৈশিং অসি তাবদা। তশেংনা ঐসিবু ঙাওরব্রা ? মথন্তা অমুকসু খাল্লে। হন্না হন্না কয়ারক খল্লি। কয়ারক থিনবা হোৎনৈ। ফংদ্রে অনৌবা লম্বী। শিদোকখ্রগে খল্লে ।

"অসুম্না হিংদুনা লৈবসে য়াম্না ৱারে । ঐ শিদোকখ্রগে ইমা। ঐ শিবা পাল্লে। ঐ হিংনিংদরে।"

নবকুমারনা মথ্বায় শোক্লা মমাদা হায়।

"নিংবা থুংদে হায়দুনা পাঙদবগী মতৌ উৎকনু। ৱাদনা নুংঙাইখিবা কনাসু লৈতবনি।"

মমানা নবকুমারবু থেমজিল্লি। লাইবক্লা ইন্থোকপীরবা মচাগীদমক খনবদা থম্মোয়দদি কপ্লি।

হেক হেক নিংশিলুবদা শিখ্রে হায়রিবা নবকুমার হিংলিবোইদা খল্লি। কনানসু হন্না য়েংশিনবীদ্রবা য়ূমদোম্পোক অদুদা খুনু খোংবগুম মচাগী মৈনা কাহৎলবী মহাক শিবা ঙাইরি।

চহি তারামুক্কি মতুংদনি।

মতম অমগী হ্বাই সেন্দন অতৎপা তোংলম্বা নবকুমার কার তোংদুনা হল্লকই।

হোংবা নাই পূম্নমক। নুং অমদি পান অনীমক্তা হোংলে নবকুমার। মপাঙ্গোংগী ওইবা মশক্তনি মীনা য়েংনরিবা। নুংগী ওইবা মশক্তি কনানসু য়েংনদ্রে। অদুনা খঙবা ঙমদে কনানসু মহাক্কী নুংগী ওইবা মশক।

"ঐখোয়গী য়ূম অমনবা অসি শিদোক্লগা পক্কাগী ফজবা অমা সারশি ইমা।" নবকুমারনা মমাদা হায়।

"অদুক চাউবা য়ূম অদুদি কদাইদগী পৈশানা শাগদৌরিবা ইবুংঙো ?" ইঙক ঙক্না মমানা হংঙি।

"ইমানা অয়াবতা পীবীয়ু।" নোকমি নোকমি তৌদুনা খুম্মী।

কম্বোংনা কৃপ্পা, শিংনাংনা ফক্লাং খাবা, য়াঙতেক্কি উরা নানথোক্লবা মল্লবা য়ূম অসিগী মখাদা চহি কয়া লেল্লক্নে। য়ূম অসিগী মখাদা পুন্সি লোয়রগে খল্লুরবনি। ৱাজরক্লবা মচাগী মনীং থুংহল্লগে খন্দুনা মচাগী অপাম্বদা য়েৎলরোই নীংলে।

মথোল তরা ৱাংবা ফজখ্রবা য়ূম অমা শাবা লোইশিনখ্রে। মতম ইচঙ চঙখিদে। মতম অসিগী অঙম অথৌ ফম্লাইবশিং ফাওবনা পাক হেক শাবা কঙম্নদবা য়ূম্নি। সরকারনা চলাইরিবা বিভাক অমগা চপ মান্নখ্রে। গাড়ী থৌনবা, পোৎ হোন্নবা, চাক থোংনবা, ফি শুনবা অমদি মাগী অরুবা কারবারগী চে-চাং শুনবা মী ময়াম অমা তলব পীদুনা থবক তৌহল্লি। মঙৈ থক-থক নিক্লুরবী মমাদু নিংথিনা সেবা তৌবীবদগী লৈকাইগী থৌদোক ৱাথোক্তা য়াওজবা ঙম্লে।

কনানবু করি হায়রকপদগীনো খঙদে। নবকুমার ভোৎ লেপকনি হায়দুনা খাম্বা লাকপগা য়াখিদ্রে। নেতাগী ফিজোল শেত্তুনা লৈকাইগী থৌদোক মচাদগী হৌরগা অচৌবা ফাওবা চিংথদনা চৎনবা হোৎনৈ। লৈকাইগী অহল-লমন, মৈরা পায়বীশিংদা ফি রোল, মৈফ্-মৈতান য়েল্লি। অৱা-অনা লৈত-লাইরশিংদা মতেং পাংঙি। লৈকাইগী পুখ্রি-নালা, লৈরক-কোনশাং, মোংফম্নচিংবা পক্কা লোইনা চনশিল্লি। নুপী-অঙাংশিং হরাওনবা কুম্মৈ-হরাও, থাবল চোংবনচিংবদা পৈশা পাংঙি। মশক-মতৌনগা ফজবনে, চাউদম-শাংদম পাখঙগা ওইবনে মফম খূদিং মাগী মমিংতা শোন্নখ্রে।

পকচম্রে ওন্থোক্লসু। মখূৎ অনীদু লোন্নরদুনা মীয়াম মমাঙদা থোরকপদুদি। মচা-ময়া ওইজগে হায়দুনা ব্রাচৎনবদা কোক্কায়-লুকাইনবা য়াওরবনি। মশক থীবদগীনা লম য়ৌনা ফজবী লৈশাবীশিং ভোৎ খোম্নবদা অহিং তূম্নখিদ্রে। মসিগুম্বা তানজা অসিদা নবকুমারনা য়ূমথোং খূদিং চঙদুনা ভোৎ খোম্বা লাকপদুদি লাইরেন মতুং ঙাইন্নবগা চপ মান্নম্রে।

ভোৎ কারে নবকুমার। চৈ কারকপা, ফীরান মমায় চুমখৎলকপদা কনানসু থৎলুবা ঙমদে। মন্ত্রী ওইনা ব্রাশক লৌরবা তুংদা বঙ্গলোদা লৈম্রে। অথেনপোৎ কৎলরিবা ময়াম অদুনা ইমাশি হায়না কৌবদা নবকুমারগী মমাদু মঙক নোম্বা হৈম্রে। মীনা খন্দ্রবসু মশানদি নিংথৌ পোকপী মমানি খনজরে।

থবক হাপ্পগী, ফম কাবগী, ট্রান্সফর তৌবগী ব্রানোম-থৌনোম লাকপা ময়াম্না ইকা ঙানা ঈনৌ তারকপদা লেঙ-লেঙ চৎপগা চপ মান্নম্রে মন্ত্রীগী বঙ্গলো মনুংদু। লৈবাক্কি অখন্নবা থৌরম কয়াগী বার্তোন ময়াম প্রাইভেৎ সেক্রেতরিগী তেবল মথক্তুদা পৈদুনা লৈ।

মথক ইথং-থংবা বার্তোন অদুগী মখুমদা থারি - "০১, ডিসেম্বর, ব্রার্ল্ড এদস দে।"

থেঙম্রে হায়দুনা হোবে, হোবে লাকখিবনি।

"লায়না অসিবু মরু ফংনা মুৎথৎশি হায়রবদি প্রজাদা তাইশিনবা অসি তোক্লসি। ঙসি-ঙসিমক, হৌজিকমক লমদম অসিদা লৈরিবা অঙম-অথৌ, অচৌ-অশাং ওইরিবা কয়াগী লেপ্তুনা চৎথরিবা অরোনবা কারবারশিং অসি মরু ফংনা মুৎথৎপা ঙম্লবতদা লায়না অসিদগী কনবা ঙমগনি।"

ব্রাঙাঙলোই অমগী ইচং থৌবা ব্রাহৈসিদা লম্মাঙনরুবা ব্রাখল অদু ফমফমদা হল্লক্তুনা ফম্লে।

খূবাক খূবগী মখোলনা ফনা কুইনা নিন্দুনা লৈখি সভা অদু। মীয়ামগী অপেনবা খূবাক্লি। ভাসন অদু মরক থৎখি ঙৈহাক্তি।

ব্রাহৈশিংদুনা তিংখং ওইদুনা মোল্লবা শোফা মথক্তুদা কক-কক য়ূরকই। নাক-য়েৎ হাইফেৎ য়েংলম্নগা খূবাক মচা অমদি খূখি হৈনিংদনা। ❑

# শীংনবা

পাউ হনবা চৎলুবগী হল্লকপদা ঙায়রি। মৌ লাকপগী ইমুং অদু ইরাং লাংঙি। চঙলক্লিবা ময়াম অদু চুম্না অমতা ফল্লদে। মৌ অদুগী মশক অদু হান্না য়েংগনি। ফজে হায়বসিমদি পূম্নমক্লা য়ারে। মসিনসু লোইবা নত্তে। মওং-মতৌ, খূৎচৎ-লাকচৎ, ৱাঙাঙ-শঙাঙনচিংবা য়েংদৌগী মতেক-ময়াদা কোইশেন-শেন্নরি। পূম্নমক্লা ঙাঙনৈ, "রানিগী মমৌ অসিদি ওহ্মোক্লা ফজৈদা, অমত্তা ৱাত্তে। থবকসু তৌই হায়নে। অদুবুদি থবক তৌবা ইমুংদা থবক তৌবা মী চঙবা তাবা।"

মমৌ লাকপগী নুংঙাইবনা থুমহৎলিবা মীৎকুপসিদা পাউ হনবা চৎলুবদা ঙাই ওইগদৌরিবী মমাদুনা হায়রকখিবা ৱাহৈ খরদু কাউথোকপা ঙমদনা রানিগী নাকোংদা নিন্দুনা লৈ।

"পাউ হনবদি মপানা চৎনবনি। মপা লাকপীদ্রিবসিগী মরম করিগী ওইরবনো ? নুপামচাদুগী অপোকপা মপা লৈ হায়বসু খঙজে।"

ৱাহৎ অসিগী পাউখুম পীফম খঙদনা রানি ঙৈহাক ফুম্বংনৈ। লাকমিন্নরিবীশিং অদুগা ঙৈহাক ঙকচান্নে। মাগী মতৌদু খঙলদুনা মনাক্তা ফম্মিন্নরিবী মচে থম্বালনা মখা শমথখি। "দাইত খূদিংমক মমাগীনি। হায়বীনিংবা পূম্নমক হেক্তা হায়বীয়ু মমাদা। করি তৌজরকউ হায়বনো ? মমা ইবেম্মনা লোইনা শীনগদৌরিবনি।" পাউখুম অসি রানিনা পেনজবা হায়বদু হেক থোকই। পাউ হনবা লাক্লিবীশিংদু ইচম-চম্বী অমত্তা নত্তে। ৱাপাং হৈবী ঙাক্তনি। অমনা অমা পাংশিল্লক, অমনা অমা ফেনজিল্লক পুংশুম হেক শুম্মী নুপী ময়ূমগী অহল-লমনশিং অদু।

"ইচাদো ঐখোয়গীসু নথক্তনি। নিংঙোনসু পিবাসু শুপ্পবনি। ঐখোয়গী লৈরিবা পূম্নমক ইচাগী ঙাক্তনি। নুপা মচাদু ইয়া ওইবগী মহত্তা পিবা ওইনা থমজরগে হায়রিবনি।"

মসিগী অর্থ করিনো ? ৱাহৎ অসিগী পাউখুম মথক্তা পীনবা লাক্লরি। থৌরিবা গাড়ী অদু মশাননি হায়বা কাউথোক্লুই। নুংশিংকী মমাঙ থাবমখৈ থৌরীবদু

মশাদা গাড়ী অদু চেন্দবগুম নীংলি। মাঙদা লাক্লিবা বস অমগা থেংজিন্নগদৌবদগী শম্নাদা লৈথোকহৌবদুদা জ্ঞান তারকপগুম তৌই। তোংলিবশিংদু ইপা পাখৎনৈ। খঙহৌদে করম্না য়ূম য়ৌরকখিবনো।

লাঙলিবা হরাওরিবা ময়াম অদু মঙোন্দা ফাওদবগুম তৌই। শেৎলম-চারম্বা, শিরম্বা সনাগী লৈতেং ময়ামদু লৌথোকখরে। অমনবা ফিরোল খরা হোংদোক্লগা ব্রা-লান অমত্তা হায়রমদনা ফম্মুংদা চঙদুনা হিপখ্রে। করি তৌরবগে ? হকচাং নুংঙাইতব্রা হংলুবসু করিসু তৌদে খুন্নকই। মহাক্কী মতৌদুদা চিংনবা অমদি পোকই।

মমৌনুপীদু ইকাই-ইকাই চঙলক্নুনা মনাক্তা ফম্লে। মপূক্লীংদা খল্লি, পাউ হনবা চৎপদা করি-করি পংহায় হায়জিল্লক্নুনা ব্রারৌখ্রবজাংলা ?

"ইমা, ঐ ইশানা য়ানা লাক্লবনি। নচাবু লৌশিনবীয়ু।" মমৌগী ব্রাহৈসি তাবদা রানি মীৎলু অনীদু পিরাংনা থুমহৎলকই। "অঙাওবীসিদি, ইমা করিসু তৌদেদা। লমশাং চৎলুবগী ব্রাদুনা তৌবনি।"

মমৌনুপীদু তপ্না হৌগৎলগা থোকখি। কাইদ, কাইদ চৎখিবদু মীনুংশিগী মীৎয়েং অমনা পেনজনা য়েংহৌই।

লাঙলম্বা ময়াম অদু চৎনখ্রে। ইচিক-চিকহৌরে ইম্নুং অদু। ঙৈহাক্তং অচিকপদা পোৎথাবা পান্নুবা মহাক্কী ব্রাখলদা ব্রাহং ময়াম অমনা লাংগোই চল্লরি।

লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লে। করিসু অব্রাৎপা লৈতে। পূন্নমক ব্রাৎতনবা শেম-শাদুনা থমখ্রবনি। মথৌনা লৈবা নুপা অমনা মপুন্সি চূপ্পা হোৎনদুনসু মহাক্লা লৈরিবা থাক অসি য়ৌবদা ব্রানা থোক্লগনি। ময়ূম-মকৈ য়েংলুই কোনুংগুম্বনি। মমা-মচা অনীমক মতীক চাবা মীওই ঙাক্তনি। মী খ্বাইনা শকখঙনবা হায়বদু ওইরিবনি।

পূন্নমকসিদা অব্রাৎপা অমদি লৈরি। রানি মসিমদি লোৎশিন্নবা কন্না হোৎনৈ। কন্নানসু মঙোন্দা হায়রবগী থৌনা লৈত্রবা পোৎশক অমবু ব্রাহং অমনা করিসু লৈতনা চিংথোক্লরি। অসিগুম্বা মীৎকুপ অসিদা থৌনা পূন্নমক মাঙখিবগুম তৌরকই। কনাগী মপান তাংদনা থৌনা লৈনা হিংলিবী মহাক পিদোল্লবী অমগুম পূক্লীং-ব্রাখল পূন্নমক শোম্থরকই। মশা নামা তেক্লবা উচেক্নুম মঙম শান্না পাইবা

ঙল্লক্তে। ওৎলরে হন্না-হন্না মখোঙ পান্দুনা লাক্লিবা ৱাহং কয়ানা। তৃম্লনু তমখ্রমাল্লে অহিং অসিমদি। হৌখিবা পুন্সিগী ৱারীবু নীংশিংলুবদা।

'অশাউবা' মীৎকুপ অমত্তুং ফাথরল্লবদি পুন্সিসে লমদাং অসিদা নাইতোম লেপ্পল্লোই। খল্লকই ঙসিতা নৌহৌননা। অশাউবা নত্তে মূক্লবনি। নক্লবা থম্মোয় মশেনগী ৱারৌনবসু নত্তে। অচাউরম কানবগী নিংঙাই অমদনি।

রাজেন্দ্রগা শাউনদুনা মপামদা লাকখিবা নুমিৎ অদু নীংশিংলি।

"য়ূম অসিদা লৈনিংদ্রবদি চৎখ্রো। মসিদা ঐনা নঙোন্দা থিংগদবা লৈতে।"

"চৎখ্রো হায়রিবা ৱাহৈ অদুমক্লা ঐবু য়ূমসিদা তাংদুনা লৈহল্লি হায়বসি চুল্লে নত্রা?"

"মদুদি নথস্তা হংজৌ।"

"নশানা শেম্বা চৎনবীদা নশাবু চাউহনজবগী ৱাহৈনি মদুদি। ঐসু ইশাগী হক লৈ। নহাক্লা মদু নমথনবা হোৎনবখক্তনি। ফক্লাং মরিনা কোইশিনবা মফমসিদা চফূ-উয়ান পান্নদুনা লৈবদি শুকঙম ঙল্লোই।"

"অদুনবু নহাক্কী অপাম্বা তৌখ্রো। চৎখ্রো হায়রেদনা।" ৱাহৈশিগী খোম্থোক মহৌশাগা মান্নদে।

ফূক হৌগত্তুনা লাকখিবনি। পুন্সিগী ওইনা কায়নরগে হায়নদি খনখিদে। অমুক্তংদি খঙহনগে খল্লুবনি।

অহন-লমন চত্তুনা কৌরুই। রানিনা চৎশি য়াদে। রাজেন্দ্রবু লাকহল্লু হায়। রাজেন্দ্রসু কৌবা চৎলু য়াদে। মথস্তা লাকসনু হায়। মখোয় অনীগী মূক্লবদা তৌফম খঙদে অহনশিং।

"নখোয় জ্ঞান লৈনরবা ঙাক্তনি। নখোয়না ফৈ হায়বদু তৌনরো।"

ৱারৌরবা অহনশিংনা ইথোরকই।

য়াম্না থাজদনা রজেন্দ্র লুহোংগদৌরে হায়বা পাউ তায়। রানি খাঙফম খঙখিদে। "অসুক থুবা ৱারেপ। ঙল্লে হায়বগী মতাগুম তৌব্রা? কয়াদা ঙমখ্রবা!" রানি থম্মোয়নুংদা শীংনবগী মৈরী অমা মকা লাম্না চাকখৎলকই।

কোয়েৎ অমুক হন্না য়েৎতুনা খোন-বেনগা লোয়ননা লেন্নগে মতাগুম রাজেন্দ্রনা চৎখিবদু মমাঙমক্তদনি। মীৎকুপ্তুদা মহাক্না খনখি, তাইবং ফাওদ্রিবা মচাগীদমক পূন্নমক মায়োক্নরগে হায়না ।

নীংশিংবগী লংজিল থোক্তুনা চিংথোরক্লি হৌখ্রবা থৌদোক্কী ৱারিশিং অদু অতৎ-অখম লৈতনা।

রানি হৌগত্তুনা মপান্দা থোরক্লে। উখোকতেন্দা ঙাথদুনা অমুক ফমথখ্রে। অহিং অদু ইচিক হুল্লি। অহিংদা শৈদল্লিবা কৌজেং-হারৌশিং, লিরি-লিরি শীৎলিবা মালংবগী শাহুম নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তগী খোঞ্জেন তাখিদ্রে। শিথরকপা থাজনা মঙাল পুম্বা কোনশিল্লদুনা চীংয়া তম্লকপদু লৈতাদ্রবা মীৎম্না অনীদুগা মীৎচান্নরুরি।

ফম্মেন্দা কোনশিন্দুনা থল্লিবা ফক অদুদা অমুকসু মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলুই। নোংমতা কনা অমত্তনসু ফম্লুদে। মহাক্না ফম্নবা হায়দুনা থাবসু নত্তে। মথন্তা অদুম মরৈ কনাসু ফম্বীদনা। অসুক কুইবসি করিসু খল্লুদে। ঙসিদি থৱায় পান্দবা মহাক অসি মরোল থোক্লকপগুম তৌরকই।

ফম্লম্বদগী হৌগৎখরে। মখূৎনা শেমজবা লৈকোলদুদা অমুক চঙলুরে। থারেবা নুংফান্দুনা ফমদুনা মীৎকুপ অমত্তা ওইরবসু ৱাখলগী পোৎথাফম লৌরগে খল্লকই। থাবল্লে, শিঙ্গারৈনচিংবা অহিংগী লৈরাংশিং ফূগায়না লৈশাৎ তল্লি। মালংবসু লিরি হুল্লরি। হৈরাং-লৈরাংগী নুংশিবা মনম, অহিংদা তাবা জীবশিংগী নুংশিবা খোঞ্জেন, মালংবগী নামিবা পূন্নমক মহাক্কী মতৌ উবদা নাথৈদুনা চৎনখিবগুম তৌখি। মখোয় পূন্নমক্না মহাকপু নাইতোম তাহনবীরে। চেক-মোক লাউদনা তুমিন-তুমিন লৈনখ্রে। পূক্নীংদা নীংঙমদনা হংলকই, “ নখোয় পূন্নমক্না ঐহাকপু ইস্থোক্লব্রা ?”

চাউরবা য়ূম্বীশিং অদুদা অমুক য়েংখৎলুই। মচাগী আশাদা শেমগৎচবা মহাক্কী পুন্সিগী অপীকপা দেশ অমনি। মসিগী কোনুংদনি নহাক্না লৈরিবসি। নাইতোম তারবা মীৎকুপ অসিদা মখোয়সু নুংশুক-নুংজাননা লেপ্লি। মশাগী হূমাংমন্তনা থোনগৎচখিবা য়ূম্ফম অসিদা শাইদাংলবগুম পূন্নমক থাদোক্লম্লগা চৎখ্রসিরা খল্লকই মফম কদায়দনো অমা।

মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রবা অহিং অদুদা লৈরিবা ময়াম অদু কোইনা চত্তুনা য়েংলল্লগা রানি ইমুংদা অমুক চঙখ্রে।

উপু অদু হাংদোক্কুনা করিগুম্বা পোৎশক অমা কন্না থিরি। মতম কুইনগী মমাঙদগী থুপচিন্দুনা থমখ্রবা চে অদু হাংদোক্কুনা অমুক য়েংলুরি। ইরিবা ময়েকশিং অদু মুৎলমদ্রি। মতম অমগুম ময়েক শেংনা লৈরম্লি। কোটনা পীরকখিবা রাই অদুনি। চে অদুগী অরোইবা শরুক্তা মখোয় অনীমক্কি সহি তৌরি। মচানা চাউরক্লবা মতমদা মচাবু য়োকপগীদমক মমল পীগনি হায়দুনা রাজেন্দ্রনা সহি তৌখিবনি। অঙম-তান্নরবসু মহাক্কী পুন্সিনা লৈরিঙৈদা মচাগীদমক মীগী মতেং লৌরোই হায়দুনা নুমিৎ অদুদা ৱাশকখি।

চে অদু শেগায়রগা লংথোকখ্রগে হায়দুনা শুপ্লায় পায়শিল্লুই, কায়নবা মহাকপু নিন্দা তৌরদুনা থম্মোয়দা। নাইতোম তাহনবা নত্তুনা নহাক্লা কনাবু নোকহনবা য়াওখ্রবগে ? মরোল থোক্তবা চেজেৎ অসিনসু পনখৈ অসিগী মনুংদা খোঙ অসে পুনসিন্দুনা থম্বীরি। থংনবা মীকুপ্তা খল্লকই, হৌজিক্তি কৈদৌরুনি, মতম অদু লোইখ্রে।

শুরু-শুরু নৈহৎলুরবা চে অদু অমুক হান্নগুম থুপচিল্লে। শোন্থরুবা পূক্লীংবু ৱাখলগী শীংনবনা থৌনা লৈউ হায়দুনা তক্লুরি। নীর্ংশিংবা মহাক্লা পুরকপা নিংঙমদবা ৱারীশিংনা শোকহল্লবা থম্মোয়গী দাকফমশিং অসে কনাদসু খঙহন্দনা লোৎশিনখ্রগে নীংলে।

লুহোংবা অসিমদি ঈজ্জৎকি অচৌবা ৱাফম অমনি। চঙনদে হায়বগী ৱানি, মচা কোকহন-লাইহন্নি হায়বা রাজেন্দ্র খঙঙি। নুপী ময়ূম অমদি মপা অনীগী মরক্তা রানিগী ঈজ্জৎ পূন্নমক অখঙবা মীশিংনদি ঙাঙনৈ, "হন্দক্কি লুহোংবা অসে থাথা য়ারোইদৌরি।"

করিসু অৱাৎপা অমতা লৈত্রে। শুপ্নগী বার্তোন খক্তং থিল্লুরগা লোইরে। বার্তোনগী মতাং য়ৌরকপা অসিদা রানি ঙৈহাক্তি খনজানৈ। তানজা অদুদা মখূরা শাজৌ চঙলকই।

"ইবেম্মা, রানি খুরাতোন ৱা হায়গে। হন্দক্কি মতাং অসে নঙ অমুক্তং খঙ্খৌ। রাজেন্দ্রদু লাক্লমই। খুরাতোনগী খোঙ পায়দুনা খুরুম্লমই। মচাগী

লুহোংবসে মহাক য়াওনিংঙি। নঙগী ৱাহৈ অমতং ঙাইবনি। হৌখিবা পূম্নমক কাউথোক্লৌদা। নখোয় অঙাং নত্রবনি। হয়েং তুংদা নচাশিংনা ৱারৌনহৌগনি।”

রানি শকফম খংহন হনজিল্লি। মহাকসু খঙঙি। রাজেন্দ্রনা মহাক্কী ৱা অমত্তং ঙাইদুনা লৈবনি। কয়ারক হন্না হায়খ্রবনি। মচাবু শেন্বগী দাইত্ত্ব অদু মঙোন্দা শিন্নৌ হায়দুনা। মচাগী লুহোংবা অসি মহাকপু য়াওহল্লু হায়দুনা মী কয়া চঙদুনা হায়হল্লি। রানিনা নূং অতেকপগুম হোই-মাই হায়দবসিদা খোঙ থাংজিল্লকপা ঙমদবনি।

কয়ারক খল্লুরবনি। খোঙফম অসে হন্দোক্লসিরা হায়দুনা। অমুকসু মথ্বায় শোক্লা ৱারৌই। করিগী হৌজিক্তদা মদু হেক্তা য়াব্রা ? পুন্সি অসিবু চাকথোংবী শান্নবগুম মকোক্তগী হেক্তা হৌবা য়াবদৌনা। শোক্লিবা থম্মোয়দা তারিবা দাকফমশিং অসে কনানা উবিখি ? পূম্নমক মীনম্বনি। নমথাক্লি। মশাগী ওইজবা থিবনি। ঐ কনাগী মফমদসু তাংদুনা হিংবা পামদ্রে। শীংনরিবা থম্মোয়দু কনশিল্লকই।

ঙৈহাক খল্লুরবা তুংদা হায়রকই – “খুরাতোন বার্তোনগী বিনিত অসে ঐগী মিং নত্তনা অতোপ্পা মিং অমা অমুক হাপ্লরোই হায়না নচানা লেপখরে।”

রানিগী ৱাহৈশিংদা ৱা মখা অমুক তারমদনা হৌগৎলগা থোকখি মখুরা শাজৌদু। খল্লি, মখা তারুবগী অমুক কান্নররোই। ❑

# অসুম্না লাপথোকখি

মীওইবা খূদিংমক অসুম্না খন্নব্রা ? মীওইবদি থম্মু থমখো । শা-ঙা, উচেক-ব্রায়া থব্রায় পানবা জীবশিং ফাওবা মশা-মশাগী মকোন লৈজে । ময়ূম লৈজে। লমদম তাম্না মচীঞ্জাক থিবা কোইনা পাইরুরবসু নুমিৎনা ময়ূম চঙদ্রিঙৈ মকোন্দা হঞ্জিন্নরকপা ঙাক্তনি। লম্মৈনা চাকখ্রবা মহুম অমদি মচাশিংগীদমক তেংথাদুনা কপ্লিবনি ।

চহি কুন হেল্লক্লে, মমা মপা অনীমক্না মাবু উবা ফংলক্তবা।

করি নুংগী মচাবু মীরমদা থাদুনা লাইরিক তমহল্লুবনো হায়বদু য়ৌরে। মচানা থবক অচৌবা তৌরে হায়দুনা চাউথোকচবগদু লৈখিদ্রে। থবক্তা হায়রম্বদু থবক্কা পামখিদ্রে ।

থোইবগী টেলেগ্রাম লাকই। নীংবদি নীংশিংলিবাজাৎনি।

"ইমা ঐ কোর্ট মেরিএজ তৌরে। নমৌ অসে জাৎ তিন্নদে হায়বতনি। মতিক চাবীনি। মঙোন্দা অব্রাংপা অমত্তা লৈতে। ঐগা দিপার্টমেন্ট পূন্না থবক তৌমিন্নরি। ইমাগা-পাবুংগনা ঐখোয় অনীগী লুংহোংবসে অয়াবা পীবীয়ু। নচানা খূরুমজরি।"

টেলেগ্রাম অসি হেক ফংবগা ইবেমনুংশি ব্রাম্থখ্রে। থম্বৌনা ঈশিং থাদুনা মাবু লায়কন্নরি।

"ইমাগী ইবুংঙো ইমাদি মাঙজরে। ইচাবু জাৎ তারবা! ঐগী ইচা মাঙজরে। ঐ লোইরে ....।"

ইবেমনুংশি মথন্তা মরাইবক্তা খূৎতুম্না শুদুনা কপ্লি। থম্বৌ তৌফম খঙলমদে।

"লাইরিক হৈহন্নিংলিবনি হায়দুনা মচাসে অনীশুবসু নত্তবা, পীশক পীক্লিঙৈদগী ইমা-ইচা উনবসু নত্তবা, মরোল লোনবা জাৎ মান্নদবা মরক্তা থমখিবদগী মমা-মপা নুংশিবা খঙখিদ্রবনি।" কৈরোই-লৈকাইনা চিবোন-চিবোন ঙাঙনরিবদু তাবদা ইবেমনুংশিগা থম্বৌগদু শিখিবনা ফরে খল্লি।

"থোইবা, নহাক ঐখোয়বু করিমত্তা নুংশিদ্রবরা? ইচাগী অপাম্বদা ঐখোয়না থিংলরোই। অদুবু নহাক নোংমতসু য়ূমদা থোরকউ। পোক্লফম্মু হেনবা অমা

মালেমদা লৈতবান। লাক্লবা ইঙেনগী নীনী পানবা রথ যাত্রা নুমিৎসে নহাক্কী নপোক নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা শ্রীগোবিন্দদা ইচাগী পুন্সি নিগে হায় খল্লি। পূজা কৎপা অসে ইমানা নঙবু য়াওহন্নিংঙি। নুমিৎ অসি নংনবা নহাক য়ূমদা থোরকউ। ইমাগী নীংবশে অমুক্তদি থুংহল্লু। সংসার অসিদা মচাবু নুংশিবা ঙমদবা মমা-মপা লৈতবনি। নঙগী ৱাখল্না নঙগী পাবুং অমদি ঐহাক পোৎথাফম খঙদ্রবনি। মতম অমগুম পাঙ্গল-থৌনাসু লৈতরে। হৌজিক্তি নঙগী নরুম থুপ্না হিংনিংলে। করিগুম্বা নহাক্লা য়ূমদা হল্লকখিদবা তারবা ঐখোয়গী পুন্সি মসি ওইগনি হায়বা ঙমদরে। ইমাগী ইবুংঙো থোইবা নহাক অমুক্তংদি হল্লকউ।”

চিঠি অসি ইদুনা ইবেমনুংশিনা মচানুপা থোইবগী মফমদা থাখি।

ইমাগী চিঠি ফঙলে হায়দুনা তেলেগ্রাম তৌরকই। থোরক্কনি নত্রগা থোরকওই ময়েক শেংনা হায়রক্তে। চিঠি ফংলবনিনা মঙোন্দা করিগুম্বা খরদি শোয়দনা ফাওরমগনি। নত্রগা পাবা থোক্তুজাৎলা ? হুম, থোক্লমগনি। “রথ যাত্রা” নুমিৎ অসি মহাকপু কাউখ্রবজাৎলা ?

অঙাং ওইরিঙৈ মহাক্লা তৌগে হায়বা থবক অমত্তা তৌহনখিদে। মদুনা মহাক পূম্নমক নীংশিংদ্রবজাৎলা ? মচানা অঙাং ওইরিঙৈ নিংঙাই তৌখিবদু নীংশিংলকই।

“ইমা গোবিন্দগী কাং চিংবা চৎপদু ঐবুসু পুবীয়ু।”

“চৎপা য়াদে ইবুংঙো।”

“কাং চিংবদু য়াম্না য়েৎনিংঙি ইমা।”

“হয়েং চাউরবকান্দা চৎকদবনি। অঙাংনা চৎহৈদে।”

লৈরক মচাদা চিংবা কাং ফাওবা হেক য়েৎহন্দে মচাবু। য়েৎনিং-য়েৎনিংনা থোইবদু কাং করিনো হায়বা খঙহনখিদে । “অঙাংনা শরক্তা চৎপা ফত্তে। মী ফত্তবা য়াম্না চৎপনি” । মমানা হায়রিবসি থোইবা লোয়না থাজে। মপূক্লীংদা খল্লি। শরক্তা চৎলিবা মীশিং অসে ফত্তবা ঙাক্তনি।

মণিপুরগী ফজ-ফজরবা ৱারী কয়া ম্বুলদা ওঝানা লীবিখিবদু নীংশিংলি । শায়োকশঙদা লৈবা শাশিংগী ৱারী, ভাগ্যাচন্দ্রনা শামু ফাবগী, খোংজোম লানগী

ব্বারী, মোইরাং লাই হরাওবগী, কৌব্রুগী ব্বারীনচিংবা কয়ানি। থোইবা য়েংনিংবনা লাংতক্লরম্মী।

থোইবগী মমঙদনি ।

খোংজোমগী খেবা চীংদা চৎলমই। পাউনা ব্রজবাশিনা ব্রিটিশকা অকনবা লান শোক্লরম্মী। অমুকসু মশাবু চীংলেন সনানি হায়নসু তৌই। মহাক্কী ওঝা ব্রজবাশিগা লানগী ব্বারী শারি। লানগী পোরম কয়া খন্নদুনা। অমুকসু য়েক্লবনা লান ঙমখ্রবদা মথ্বায় শোক্লা কপ্পী।

মঙগী ব্বারী পূম্বা মমাদা তমই।

"অমুক হন্না নীংশিংলুনু। ফত্তবা মকু মঙনি।" মমানা হায়।

মমানা থোইবদা তত্তনা হায়, "ইমাগী ইবুংঙো লৈবাক অসিগী ঈশিং-নুংশিৎ অমদি অকোয়বগী শক্তমশিং য়েংনিংলুগনু। করিগুম্বা উরুবা থোক্লবা ইচাগী ব্বাখলদা ফত্তবা মমি তাখিনি। লৈবাক অসিগী মফম অমত্তদা ফজবা অমত্তা লৈতে। লৈরম্লবসু হৌখ্রবা মতম অমগীনি।"

য়েংনিংলুবা শক্তমশিংদু অমুক হন্না য়েংলরোই খল্লে। করিগুম্বা অমত্তসু খল্লরোই নীংলে মহাক্কী অকোয়বগী মরমদা। অরানবনি হায়না লৌরে ওঝানা লীবিখিবা ব্বারীশিং। "ইমানা য়াদবা অমত্তা তৌখ্ররোই" লেপ্লে পূক্লীংদা চপ য়ুংনা।

অদুবু থোইবগী ব্বাখল্দা খাঙঙমদবা অব্বাবা অমদি পুদুনা চৎলি। করম্বা মতমদা অব্বাবা অসিদগী নানথোক্কগে খল্লিঔদা মহাকপু মীরমদা থারগনি হায়রকপদা থোইবা তশেংনা হরাওখি। মমাগা-মপাগনা মীরমদা চৎনবগী থিংে দারকপদু হরাওনা চৎখি থোইবা। খূৎ হাইরম্লগা কাখৎখি থৌগদৌরবা গাড়ী অদুগী মথক্তা ।

ইবেমনুংশি ঙসিদি মচাগী মফমদা লোৎশিনখিবা অচুম্বা খরদি হায়নিংলকই।

কুইরবগী তুংদা থোইবগী চিঠি লাকই। অসুক কুইবসি চিঠি অমুক্তা ইরক্তে। টেলেগ্রামদা ব্বাহে অমনি হায়রকপা নত্তনা। ইবেমনুংশিগা থম্বৌগদু মচানুপানা থারকপা চিঠি অদু পারি। করিবু হায়রক্লিগবা?

"ইমা-পাবুং,

ইমা অমদি পাবুংবু থাপ্লবা মফম অসিদগী নচানা খুরুমজরি। ইমা পাবুংগী থৌজালদগী থোইদোকপা অনা-অয়েক য়াওজদে। লাক্লিবা পূর্নিমা নুমিৎ অসিদা নশুনুপাগী ষষ্টি পূজা থোক্লে। নশুগী মিং অসে ইমাগা-পাবুংগনা থোলহনগে খল্লি নচানা। মতম খরদি চিঠি ইরকপা ঙমখিদে। লাপ্না লৈখি হায়দুনা ইমা-পাবুংবু নচানা মীরাইখিবা লৈজদে।

ঐ পূম্নমক খঙজে ইমা। মমানা মচাগীদমক কয়া ৱাজবা। ইমানা তাকপিখিবা পূম্নমক নচানা ঙসিসু কাউজদ্রি। অদুবু ইমা পোক্নফম ওইরবসু লমদম অদো ঐ তশেংনা লৈনিংখিদে। অকিবা অদুদগী ইমানা ঐবু কনবীখি। লমদম অদুদা নচা অমুক হল্লক্লরোই হায়না লেপ্লে। মফম অদুদা লাক্কুনা খোঙফম অমফাও লেপ্লি ংদ্রে। লমদম অদুগী লৈহাও পূম্বা হূ ওনখ্রবনি। হূ ওল্লবা লৈহাও অদুদা করম্বা কাঙখুলদগী করম্বা পাম্বীনো মউ লিংনা হৌজবা ঙমগদৌরিবা। লিল ওল্লবা উতাংবী শঙ্খু-শঙ্খুশিংনা মরোল কয়া থোক্লা য়েক্তুনা হনজিন-হনজিন চীকথৎপদা করম্বা অফবা চার চোংলকখিগদগে লৈমায়দুদা। লংজাশিংনা খূনুগী মায়খুম উপ্তুনা কয়ারক হন্না খোংলবসু অয়াকপা খোঞ্জেল নত্তনা করম্বা নুংশিবা খোঞ্জেল তারিবগে ? মফম অদুগী হৌখ্রবা ৱারী কয়া লীবীখি স্কুল তন্লিঙৈ ওঝানা। ৱারীশিং অদুনা ঐবু খূৎ পায়দুনা পুবিখি। য়েংনিংবনা খোইরাংলবা ঐহাক্না নফমদা নিংঙাই তৌজখি। মতম অমদা ইমানা হায়বীখিবদো ঙসিদি কয়াদা চুল্লবা। য়েংহৈদবা-তাহৈদবনা পীক থল্লে ঙসিদি লমদম অদো। নচাগী ৱাহং অসিমদি ঙসিসু হংলি ইমা। লমদম অদুবু কনানা পাল্লিবগে? কনানা ঙাক-শেল্লিবগে ?

নচাগী হৃমাংমস্তনা শারিবা য়ূম অসে করিগুম্বা মফম অদুদা ওইরল্লবা য়ূম অসিগী মখাদা মীৎকুপ অমফাও তূম্বা ঙম্লম্লোই। হোৎনবা কনবা, মীনা মীগী মমল খঙবা, মীনা মীবু ইকাইখুম্নবা, অচুম্বা অমদি থাজবা পূম্নমক লমদম অদুগী লৈহাওদগী মাঙখ্রবনি ইমা। আশা অমুক তৌনিংঙাই লৈত্রবা লমদম অদুগী ৱারী অমত্তা নীংশিংবা ঙমদনবা বর পীনবীয়ু নচাবু।

ইমা পাবুংগী বরদগী শেমগৎচরিবা নচাগী অনৌবা সংসার অসে অমুক্তদি হরাওনা য়েংবীয়ু। ফজরবা হৈকোল-লৈকোল, নীংথিজরবা ফূরা দলান, হোৎনবা কনবা মীওইবগী চোকথবা লৈতবা খূৎশাশিংনা হক্কুনা শাগৎলিবা

অঙকপসিংনা থল্লবা মফম অমনি নচানা লৈরিবা মফম অসে। চোকথবা ফাওদ্রিবা নচাগী পাঙ্গলতনা অফা-অপূন্নবা লৈত্রবা মফমসিদা শেমগৎখিগনি হনবা লৈতনা। অঙকপা পোকহনখিগনি চাউখৎপবু ঈখৌলাংলিবা মখোয়গী মফমদা।

মালেমগী মীপুম খূদিংমকপু শুমহৎলিবা ফজরবা মফম কয়াদা ইমা-পাবুংগা পুন্না কোইরুনবগীদমক নচানা ঙাইদুনা লৈজরি। লৈরিবা য়ুম-ইংখোল পূম্নমক নক্লবশিংদা পীবীরম্মু। মশা-মশাগী ফুরুপ্তগী হেন্না খনবা ঙমদ্রবা লমদম অদুবু নত্রবদি মালেমগী মফম অমদা হেক্তা চৎপদা নচানা কনাবুসু কিরুবা লৈতে। নচানা থৌরাংজরিবসি পূম্নমক্কি য়াইফনবনি। ইমা-পাবুংগী সেবা মতোল লোম্না তৌজবা ঙম্বা অদুতদি পীনবীয়ু। নচাগী ব্লাশক অসিতদি কায়হনবীগনু। নচানা অমুক্কা হন্না খুরুমজরি।”

*নখোয়গী নচানীপা*

**থোইবা**

ইবেমনুংশিদু মপূক্লীং নুংশিরক্কুনা কপ্লে। তাখিবা পি মরীক খরদুনা মচানা ইরক্লিবা ময়েক খরসু চামথোকপ্রে। মচা উনিংবনা লৈতাদ্রবী মহাক মশূগী মশক উনিংবনা অমুকসু কঙাওনরে ।

“পূম্নমক ঈশ্বর মহাক্না শান্নবা লিলানি। ঐখোয়নবু করি ওইহনবা ঙম্বগে ।” থম্বৌ ইবেমনুংশিবু থেমজিল্লি।

মশূ উনিংবনা পূক্লীংদদি লৈতাদ্রে মখোয় অনীমক।

“মখোয় পাবুং ইশূগী মমিংবু করি থোনশি হায়রিবনো ?”

“হয়েং আদা মশক উরগা থোনবা হায়দু তারেদনা।”

লাঙতক্লরিবা পূক্লীং অনীদু মায়ওন মান্নরকই। ❑

# শান্তিগী নোং ওইনা

হিংশাগী মৈখুনা মল্লবা পৃথিবীগী মতৌ য়েংদুনা লৈবা ঙম্লক্তে । মীওইবগী অত্যচার ময়ামদা জীবশিং খাঙবা ৱারে। মলেমগী লৈরীক অমফাও অঙীংবা ফাওদ্রে । স্বর্গলোক্কী দেবতাশিং মিপাইবা পোক্লে ।

ইন্দ্রদেব মনাইগা লোয়ননা স্বর্গলোক্তগী কুমথগ্রে। দোলাইথক্তদগী মালেম লৈমায়দা খোঙদারদুনা মীয়েং শানখৈনরকই। মৈশা লাংলবী পৃথিবী মহাকপু অমুক্তং চত্তুনা য়েংলগে খল্লকই।

খোঙথাং অম-নী চংলবা তুংদা মনাইদা পাউমেন্নরকই -

"ইদাইরেম।"

"ইনিংথৌ।"

"ঐখোয়না লাক্লিবা মফম অসিবু য়েহোবাগী হৌরকফম, ঈশ্বরগী মচা ইবুংঙো মহাক্কী পোক্লফম লমদম অদু নত্রনে ?"

"মানি ইনিংথৌ।"

"ময়ূম থাদোক্তুনা চংলুরবা ইহুদিশিংনা হল্লকখিবা মতম অদুদগী হৌদুনা ঙসি ফাওবা লান নংলিবনি মফম অসে।"

"জেরুশালেম মহাকথক্কী মখোয় হৌজিকসু লান কন্না শোক্লরি ইনিংথৌ।"

"উম শোক্লরি। অদুবু মখোয়না অরোয়বদা ফংগদৌরিবা অদু লৈকংলানি হায়বা মখোয় অমত্তনা খঙবা ঙমদ্রি। আলপস চীংশাং পরেংদগী হুমলক্লিবা মৈ পুবা নুংশিংনা মখোয়গী মশা পুন্বা তুম্না চাকথেক্লরগনি। মতম অদুদা মখোয় চোকথরকখিগনি, লানবু নিন্দা তৌরখিগনি। হৌজিক্তি মখোয়বু খাম্লুবা য়াখিরোই।"

"ইনিংথৌ ননাইনা মাঙ থাজরিবা অসিবু মায়কৈ কদোমদা চৎচৌ হায়বনো?"

"নঙনা চৎলিবদু অদুম চৎলু। নোংপোক মায়কৈ পাংলসি।"

"য়েংবীয়ু ইনিংথৌ!"

"করি তৌরবগেনে ?"

"লানগী মৈখূনা মন্নবা লৈবাক অমা মাঙদা উরিবসে ?"

"নিংশিংলিব্রা নহাক মেসোপোতামিয়া?"

"নিংশিংলি ইনিংথৌ। "

"ওহ্! ব্রায়েল হৈবা হমুরাবী, লোইরে নঙগী মেসোপোতামিয়া।"

"মমীৎ মমায় খুমজিল্লিবশিংনা মখূত্তা নূংথং পায়দুনা চাউরবা মূর্ত্তি অমা মচেৎ তানা থুগায়রিবসে ! মখোয় অসিবু কনা ওইরিগবা ?"

"মখোয় কনাসু নত্তে, মখোয়-মখোয়গী নুপীশিংবু নূংনা থাদুনা খোঙ্গোয়নরিবশিং অদুনি।"

"অদুগা মচেৎ তারবা শক্তম অসিনা ?"

"মীওইবগীদমক খনবদা পুন্সিগী নুংঙাইবা থাদোক্নুনা অরান খূভম ফংখ্রবা বুধদেবগী মূর্ত্তিনি। নূংথং পায়রিবা মখোয়না মহাকপু মশক খঙবা ঙমদরি। মখোয় শান্তি ফংবা ঙমখিরোই।"

মপু-মনাই অনীসে ঙৈহাক্তসু পোখাদে। অসুম লেপ্তুনা লাকপনা গঙ্গা, জমুনা, সরস্বতিনা ঈরোং নাইনা চেল্লিবা মীয়োক-মীচান ফবী মুনি ঋষি কয়াগী ধ্যান তৌনফম ওইরিবা লৈবাক অসিদা য়ৌরক্লে। চৎনা, চৎনা ইন্দ্রদেবনা মনাইদা হায়রক্ই ।

"ইদাইরেম।"

"ইনিংথৌ সনা য়াথং।"

"অতৈ করিগী নত্তেদা, করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপা।"

"তাকপীয়ু ইনিংথৌ।"

"ঐখোয়না থুংলরিবা দেশ অসে মহাপুরুষ কয়াগী পোক্নফম্নি হায়নৈ। অদুগা করিগীনো মখোয়গী খোঙ্গুল অমত্তসু তারমদে লৈমায় অসিদা।"

"হৌজিক্কী মীরোল অসিনা মখোয়বু কাউথোক্লখ্রে ইনিংথৌ।"

"মাঙদা উরিবা লৈবাক অসি কলিঙ্গ হায়বদু নত্রনে ?"

"মানি ইনিংথৌ মাঙদা উরিবা অসি কলিঙ্গ হায়বদুনি।"

"ঈশং কারবা নুংঙৌনা শাবা মূর্ত্তি অমথক নাইতোম তানা লেপ্লিবশি কনাগীনো ?"

"মহারাজ দিগবিজয় আশোক্কগী মর্ত্তিনি ইনিংথৌ।"

"কনা অমত্তনা মহাকপু হন্না য়েংবীদ্রমাল্লে। নিংথৌ ওইনা পোক্কগা লম্বোইরিবসি খল্লুবদা পূক্নীং নুংশিরমগনি।"

"কলিঙ্গবু ঈগী তুরেন ওইনা চেলহনখ্রবা তুংদা অনৌবা লানফম কয়াগী বার্তোন তৌরম্লগা ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখিবগী মহাকপু ক্ষেত্রিমচাশিংনা ব্বারৌনৈ।"

"উম... . ব্বারৌফম থোকই। লানফম অমা লোইশিনখ্রবসু লান্দি মখা শোক্লরি হৌজিকসু। শক্তি পায়খ্রবশিংনা শান্তি থম্বগী মিংদা অশোনবা কয়াবু নমশিন্দুনা থম্নবা হোৎনরিবসে উরেদনা।"

"উজরে ইনিংথৌ।"

শাংলবা লম্বী কয়া লাক্লবা তুংদা ইন্দ্রদেব না মনাইদা পাউমেল্লকই ।

"ইদাইরেম।"

"তাকপীয়ু ইনিংথৌ।"

"শাংলবা চীংনুংগী লম্বী অসিদা লাক্লিবসে নহাকপু করি ফাওবগে ?"

"ইনিংথৌগী থৌগল তৌদুনা চৎচবা অসিদা ননাই কনাবুসু কিবা পোকচদে।"

“লম্বী অসিদা হৌজিক-হৌজিক থোক্লিবা থৌদোকশিংগী ৱারী নহাক তারবা নত্ৰা ?”

“খরমখৈদি তাজরে ইনিংথৌ।”

“ধৰ্ম্মবু য়াদবা হিংচাবশিংনা অবতার তৌখিবা সৈতানশিংনা লম্বী অসে পায়শিনখ্রে। মসিদা চৎলিবা যাত্রিকশিংবু মখোয়না ওৎ-নৈরি। মপোৎ-মচৈ মুনবিরি । লোকখাদা ইম্বুদুনা মথ্বায় ফাওবা লৌবীরি। নোংমদি মখোয় ফংলগনি মপুগী ৱায়েল।”

“য়েংবীয়ু ইনিংথৌ !”

“করি থেংনরবগেনে ?”

“ইনিংথৌনা সনা মীৎয়েং তাবীনিংঙি হায়বা সনা লৈবাক হায়বদু য়ৌরক্রে।”

“মাঙ থাও ইদাইরেম, সনা লৈবাক য়েংনিংবা কুইরবনি।”

“ফগনি ইনিংথৌ।”

“হি ! মসিদি করি মতৌনো ?”

“করি লৈরবগে ইনিংথৌ ?”

“মোংফম্না পীক থনখ্রেনা লৈবাক অসিদে। সিদসু, অসিদসু, অদুদসু, নাক-য়েৎ, তুং-মাঙ মোংফমগী মোংফম ঙাক্ত ঙাইখ্রে।”

“নুমিৎসু তাশিল্লক্রে, করম্না খোঙ থাঙ্গদৌবনো খঙদ্রে ইনিংথৌ।”

“ঙৈহাক লেপখো ইদাইরেম, তপথখো।”

“কনানো অমা লৈরিবসি য়েংবীয়ু ইনিংথৌ।”

“অমম্বা অসিদা করি অমুক থেংনরে ?”

“নুপী অমা মোংফম অমগী মনাক্তা কপ্তুনা লৈরিবসে ইনিংথৌ।”

“মহাক্কী কনা লৈতবা য়াওরবজাৎনো অমুক্তং হংদুনা য়েংশি।”

“ফগনি ইনিংথৌ।”

মপু-মনাই অনীদু নুপী অদুগী মনাক তম্না চঙশিনখ্রে।

"নহাক্কি কনা লৈতবা য়াওরবগে ? অসুক থেংলবা ফাওবা করিমত্তা অকিবা ফাওদনা মফমসিদা লৈরম্লিবদি ?"

মচা কায়নবগী মৈনা চাক্লবী মহাক অদু মনাক্তা লেপ্লিবা অদু দেবতানি হায়বা খঙখিদরে। মহাক্কী মমীত্তা উরিবা খূদিং থাজবা ঙমখিদ্রে। খূদিংমক শীংনরগে খনখ্রে ! ইন্দ্রদেববু হন্ন-ফাও য়েংলক্তনা অসুম্না পাউখুম পীরকই -

"নহাক্না অমুক কনা ? ঐগী ইফমদগী করি অমুক পাম্লিবা ?"

"নত্তে, নত্তে, ঐহাক দেবতানি। স্বর্গলোক্কি ইন্দ্রদেবনি।"

ব্রাহ্মে অসে তাবদা অশাউবগী শকফম অদো হোংখরে। মখূৎ অনী অদু লোম্নরদুনা নুপী অদুনা ইন্দ্রদেবগী মফমদা কপ্না কপ্না ব্রাকৎলকই –

"সোরারেনগী নিংথৌ ওইরিবা দেবতা, মতম অসিগী চুরানথাবশিংনা মমা ঐগী ইথাদগী ইচাবু মুন্দুনা পুবীখ্রে। ইচাগী খোঙ্গুল লীবা ঙমদনা লৈরিঙৈ, থব্রায় য়াওদ্রবা ইচাগী হকচাংনা অঙৌবা ফিনা কুপ্তুনা মমা ঐগী ইনাক্তা থম্বীরম্লে। মৈশা কোক্ত্রিবা ইচাগী মোংফমশে কোন্দুনা তেংথাজবা নত্তনা কনাগী মফমদা তেংথারুগনি ঐনা।"

"ওম্থোক্লা মীনুংশি লৈতেদা মতম অসিগী চুরানথাবশিংসে।"

মপু-মনাই অনীমক নুপী অদুগী থম্মোয় শোকপা ব্রাহ্মেশিংদু তাবদা থম্মোয় শোক্লমই। উফুল-ব্রাইফুল তৈদুনা মচাগী মোংফমদা ওন-থোইনা কপ্লিবী মহাক্কী মতৌদা দেবতাশিং অদু মীওইবগী মতৌগুম পিরাং ঈহৌনরকই। খোঙ থাংদুনা চৎকনি কাউথোকখরে। পেন্দবগী মৈরীনা চাক্লবী মহাক অদুদি অমুকসু তেংথারি মীনুংশি লৈতবশিং অদুবু চৈরদুনা।

"হে মতমগী চুরানথাবশা ! মমা ঐবুসু ফাররাও। মচাগীদমক মমা অমনা কদাইফাওবা শিবা কিদবগে হায়বদু য়েংনশি। মচা কায়নরবী মমা কয়ানা তেংথারিবা অসি তাদবরা নখোয় ? হে অঙম্বশা ! নমীৎশিং অদু পেন্না য়েংঙু, অদুগা খাক্লা খাক্লা নোকউ মোংফমথক্তা য়াম্লিবা থুগায়দ্রিবা চফশিং অসে উরগা।

মোংফম অমা তেংথাখোল অমা, তেংথাখোলতনা নিল্লবনে সনা লৈবাক। ইমাগী ইবুংঙো, ইমাদি মাগুজরে। কদায়দনো ইমানা নগুবু থিরুগদবা ?"

মচাগী মোংফমদা মৈরা অদু চুখৎলল্লগা থুগায়দ্রিবা চফৃশিং য়াল্লিবা মোংফম ময়াম অদুগী মরক খায়না নুপী অদু কপ্লা কপ্লা চৎখরে অমম্বা অদুদা।

"ইনিংথৌ নুপী অসে মচা কৌদুনা কপ্লা, কপ্লা চৎখরে।"

"উম.... মহাক চৎখরে। অগুকপা দৃশ্য অমনি সনা লৈবাক্তা উরিবশে। মোংফম্বু লৈগুল্লা চাইখায়দুনা শানরি। মসিমদি ঐসু খগুণ্ডি।"

"করিবুনো ইনিংথৌ ?"

"মৈশা কোক্ত্রিবা মচাগী মোংফমদা তেংথারিবী মমাগী মীৎকি পি। চিন-বান্দগী থোরকপা ব্রাহৈশিং। কৈদৌঙৈদসু শাশিন্নবা খক ওইবা য়ারোই। লোৎ-শিন্দুনা থম্বসু খক গুল্লোই। তাখি ঐনা মতম অমদা সনালৈবাক্তা পোকখিবা অথৌবশিংগী ব্রারী। লিংজেল মান্নবা, খাগুবা কনবা অমদি চীং-তম নুংশিনবগী ব্রারী কয়া। অদুবু গুসিদি গুল্লমক মাগুখিবগুম অমত্তা উবা ফংখিদরে। মোংফমতনা কোইশিনখ্রবা লৈবাক অসিদা থব্রায়গী মমল খগুবা মী থিবদা ব্রারগনি। মীরোল অসে লোইখিবা গুাইবা নত্তনা উপাই লৈররোই।"

"ইনিংথৌ লম্বেল অসিবু কদোমদা ?"

"নহাকসু লম্মাংনরবরা মোংফম মরক অসিদা ?"

"লম্মাংনবা নৎচদে ইনিংথৌ মায়কৈ অদুতা তাকপীয়ু।"

"কংফালদা খোগুনা লাকপসে ফনা শাংলক্লে। নেৎলুবা মফম খৃদিং অইংবা অমত্তসু ফাওরক্ত্রে। মৈশা লাংলবনি মালেম অসে।"

"ইনিংথৌ অদুদি করম্না খোগুশানগদগে ?"

"হি তোংদুনা অমুক চৎলশি মতেক খরা।"

"করম্বা হিথাংফমদগী ওইরবনো ইনিংথৌ ?"

"উম... ঐহাক হায়গে। বঙ্গোপ শাগরদগী অসুম চৎখিবনা প্রসান্ত মহাশাগর তম্না চৎখ্রসি।"

"ফগনি ইনিংথৌ।"

মপু-মনাই অনী অদু অসুম লাকপনা প্রসান্ত মহাসাগর য়ৌক্লে। উরে ঈথৎ লৈবাক কয়া সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লূপখ্রগনি হায়দুনা তনিক-তনিক খাঙলিবশিং অদু।

"ইনিংথৌ!"

"করি অমুক লৈরবগে ইদাইরেম ?"

"ঈথৎ লৈবাকশিং অসে সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লূপখিগদৌরে।"

"মদুগীদমক থোইনা নুংনাংলুগনু। দেবতাশিংনা মীওইবগী মখূত্তা পৃথিবী শিন্নরবসু মীওইবনা মহাকপু মীরাইরি। হোগায়দুনা শান্নরি। প্রকৃতি কৌবী মহাক্লা অশাউবগী শক্লোন কয়া উৎলবসু চাওখৎপগী নাপলনা থুমহৎখ্রবা মীওইবগী মীৎনা উশিন্নদে। কয়ারক লাউ-খোংলবসু মখোয়না তাশিন্নদে। মদুগী প্রাইচিৎ লুপখিগদৌরবা মখোয়না ফংবা তারি। নহাকসু নীংশিংলিদনা, সুনামিনা ঈরোন্নুংদগী অকিবগী মশক ওইনা লাকখিবদু।"

"নীংশিংজরি ইনিংথৌ। মদুফাওবা মীওইবনা মহৌশাবু নুংশিবা ঙমদ্রি।"

"ইদাইরেম।"

"তাকপীয়ু ইনিংথৌ।"

"পাক্লবা সমুদ্রগী ঈপাক্তা হি তোংদুনা চৎলবসু ঈশিং খূজোক অমা থকফম লৈতে। কংফালনা খরা মফরগনি। মতা ফবা মফম অমদা অমুক কাখৎলশি।"

"য়েংগদৌবা মফমদি য়াম্না লৈরি হায়বদাইনে ইনিংথৌ।"

"চুম্মি, য়েংগদৌবা মফম য়াম্না লৈরি। অদুবু মখা অমুক শাংথনা য়েংনিংবা ফাওরক্তরে।"

"পূক্লীংদা করি চিংনবা ফাওবীরবনো ইনিংথৌ ?"

"য়েংলুগদৌবা মফমশিং অদুসু মৈশা লাংলবা ঙাক্তনি।"

ব্বারী শানা শানা কংফাল য়ৌরক্লে। মতা ফবা মফম অমদা ঙৈহাক্তং পোত্থারি মপু-মনাই অনীদু।

"ইদাইরেম।"

"তাকপীয়ু ইনিংথৌ।"

"লমশাং লাকপগী হৃকচাং অসে ওল্লাং-ওনশাওরে । মফম অসিসু অঙ্গৈংবা হায়বদু ওইরমদ্রে। দেবতা ওইবা ঐখোয়ফাওবা ওম্থোক্লা ওমচাক্লরবা অসিদদি জীবশিংদি করি ওইরিরগনি। পৃথিবী নঙসে খাঙঙমদনা খাঙন্ডিদা।"

"ইনিংথৌ তারিবা খোঞ্জেল অসিবু করিগী ওইরবনো ?"

মপু-মনাই অনীমক ইঙক-ঙক্লা য়েংথোরকই।

"অতৈ কনাগী খোঞ্জেল নত্তে, মীওইবগী হিংশাদা খাঙবা ঙমদ্রবা জীবা কয়ানা খাঙঙমদনা লাউ-খোংবগী খোঞ্জেলনি।"

মতম অদুদা জীবা ময়াম অদু চঙশিল্লকুনা ইন্দ্রদেবগী মফমদা খুরুম্লরে। মখোয়গী মতৌ অদু উবদা ইন্দ্রদেবগী থম্মোয়দা মীনুংশি ফাওখরে।

"ইনাইশা নখোয়গী করি পেন্দবা লৈ হায়য়ু।"

"ঐখোয় পৃথিবীদা লৈবসি য়াম্না ৱারে। মীওইবনা শান্তি পামদ্রবসু ঐখোয়দি শান্তি পাম্মি। মালেম অসি লান পাম্বশিংগী মখূত্তগী কনবীয়ু। চুথহনবীরক্লো। শান্তিগী নোং।"

"মীওইবনা করি পাম্লিবগে হায়বা নখোয় খঙলব্রা ?"

"মখোয়দি শক্তিতবু পাম্বনি। মশাগীতা খনবনি। অতোপ্পা জীবশিংবু নুংশিবা ঙমদবনি। মখোয়গী মখূত্তা শিন্নরুবদগী পৃথিবী অসে অৱাবনা পীক থনখরে। হে দেবতা ! মীওইবগী মখূত্তগী কনবীরো পৃথিবী।"

মসি হায়দুনা জীবা লখা কয়ানা ইন্দ্রদেবগী মফমদা দন্দবোৎ তৌদুনা লৈখরে। ইন্দ্রদেব ঙৈহাক খনজানৈ। অদুগা অসুম্না তাকপীরকই –

"চুম্মি নখোয়না হায়বা। অদুবু যুগ কয়া মালেমদা লৈরক্লবা মীওইবনি। মখোয়বুসু কনবীশি। মখোয়গী থম্মোয়দা মালেম্বু নুংশিবা ঙম্বা অমদি থৱায় পানবা জীবশিংবু নুংশিবা ঙম্বা শান্তিগী মশক ওইরবা গুন পূম্নমক য়াওরবা বর অদু ঐহাক্লা নোং ওইনা চুথহল্লক্লগনি। নোংলিকশিং অদুনা চোৎপদা নখোয়

পূম্নমক অফবা ওইরসনু। মসি ফাওবা মীওইবনা খন্থবা ঙমদ্রবদি মখোয় মালেমদগী য়াম্না থুনা মুৎথ্রগনি। ইনাইশা, নখোয় হৌজিক্তি হরাওরো। শক্লো নোংগৌ ঈশৈ।”

বর অসি পীরম্লগা স্বয়ং ওইনা লেপ্লম্বা মুর্ত্তি অনীদু মাঙখ্রে। নোংগৌ ঈশৈ শক্লদুনা জীবশিং অদু হরাওনা চোং ফন্নখ্রে। ইহাঙ হাঙলম্বা অতিয়াদু খঙহৌদনা মমশিল্লকই। মীৎকুপ খরগী মতুংদা নোংনা ৱা-ৱা চুরক্লে। ❑

# লোনশিনখিদ্রবা থোঙ

"মী ওৎলগা লৈগদৌ শরুক শিঙ্গো। নঙতা শিঙ্খগা ঐ ব্রাই শংলগদবনি। নঙগী পেন্নবা হোৎনবদা হামৈ য়োনবী ওইর-বনে ঐসে। ঙমদ্রে পুবা-থাংবা, মী ওত্তুনা সুম লৈরনো।"

রুহিনিনা মাগী নুপা অমুববু লাইদা কয়ারক কৎলি। অসিগুম্বা মীসে লাইনা পামদে। অমুবা শুকশি-শিবীদে।

রুহিনি শাউনা মচীন্দা মুরুম-মরুম শোন্দুনা চৎলি।

"নঙতা শিঙ্খগা ঐহাক শান্তি ফংলগদবনি। ঈশ্বর ইবুংঙো ঐনা য়ূমদা হল্লকপদা পৈশা পীয়ু হায়দনবা মাদা শিরগা লৈরম্লবদি নুংঙাইখ্রনিদা।" শরক য়ৌরফাও শোনবা তোক্তে।

য়ু অসিদা থক্লনু হায়না কয়ারক হায়বনি। য়াবা কৌবা লৈতে, অদুম মথকই। থক-থক নীক্লিবা মখূত্তু খরা য়োৎশিল্লবা তুংদদি হেক্তা ফখি। নুমিদাংব্রাইরম মচীনবান অদু ফৈরেং-তুরেং চিংঙকপদু খরা পায়শিল্লগা মফবোই নীংঙি। মসিগী থাক অসি য়ৌরক্লবদি হিদাক লৈতে। নহারোলনা ফাদুনা পুখ্রিদা কয়ারক ঈরোইহল্লি। নিনি ফানা চত্তে। কাখৎলকপগা অদুম মথকই। চরম মেত্তুনা হাৎপা নত্তনা উপাই লৈতে।

শিয়ু য়ারমদবা অমুবনা অরোইবা শোর হোল্লমদাইগী মীরোল-মীরি তাদনা লৈরিবা ফিভমদু উবদা রুহিনি মখোল থোক্তনা কপ্লি। মশা অদু লেঙখিদ্রে। মখোঙ-মখূৎসু উনমুক ঈংখ্রে। রুহিনি অমুবগী মতৌদু উরগা ব্রা অমতা ঙাঙখিদে। ঊয়ুংগুম্না চপ য়ুংনা লেপ্তুনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখ্রে।

অঙক-অঙকপা খূৎজু খূৎলাইশিং, মেচিন ময়াম অমনা অমুববু য়োমসিন্দুনা থল্লি। অসুম-অসুম তপ্লা-তপ্লা পীকথরক্লিবা শ্বর অদু লেপখিদনবনি। হোৎনরুবা পূম্নমক অরেম্বা তাই অশেংবা শোর মহাক্লা লেপখ্রবদা।

মতোং য়াওদ্রবা, তাইফেৎ তাইরবা শকফম অদু পেন্না য়েংনিংলকই। হিংবগী কোল্লুনা চপখায়বদা ঈ থাংদ্রবা, কাহৎলবা খজাইদুদা থিংবা ঙমহৌদ্রবা পি

অদু মনীং তম্না শিন্থুরক্লি। মহাক চৎপদি অদুম চৎলি। তোর্লি অদু ইন্দুনা হোসপিতালগী গেৎ তম্না চৎলিবদু কদাইদনো খঙদে।

শিখ্রো হায়দুনা লাইদা কয়ারক কৎখ্রবা অমুবা খাঙঙেনফমদা নুংঙাইনা য়াতারি। মখূৎনা লৈবাক্তা ফূ-ফূদুনা অমুববু হৌদোক্লি। কপ্পমথৈ কপ্পল্লগা অমুক মনাক্তা হীপ্লিবা অমুবনা তারিবনি খন্দুনা ব্রাহং অমুক হংলি – "করিগীনো নহাক্লা অদুক তহনা চৎলিবদি ? নচাশিংসে চাউদ্রি হায়বা নহাক খঙলিবা নত্রা? ঐবু ব্রারৌরিব্রা ? হৌগৎলো, ঐ নঙোন্দা অমুক হন্না চৈররোইয়ে। ঐদি অপঙবীনি। নঙ লৈত্রবদি কনাগা খৎনহৌগনি ? নঙনা তৌরিবসিবু চুম্বরো ?"

পাউখুম পীরক্তে অমুবা ।

তুলশিংবোংদা কোয়রল্লগা তুরেন মপান তম্না পুখ্রে অমুবদু। মচা অহল খরা চাউবদুনা মৈকোই চফূদু পায়বদুনা মাঙ থাদুনা চৎলি। মাগীদমক ময়াম্না তৌরিবদু মহাক করিমতা খঙদে। নুংঙাইনা চৎলি অমুবা। রুহিনিনা চৎখিনু হায়না খাল্লিবদু মহাক তাখিদ্রে।

চৎলিবা খোঙচৎ অদু মহাক্কী পুক্নিংদা অমুক্তনি। রুহিনি তুমিন্না চৎলি, ব্রা-লান অমত্তা ঙাঙদনা। মখোয় অনীগী লুহোংবা থিল্লকপা নুমিৎ অদুনি। মহাক্কী ব্রাখলনা চৎলিবসি ।

বর মমান্নবশিংগা লোয়ননা অমুবা মাঙ থাদুনা চৎলি। ফজরবা কোয়েৎ অদুগা লোয়ননা ময়ামদুগী মরক্তা মহাক্লা তোনথিল ঙাল্লি। রুহিনি দোলাই তোংদুনা চৎলি। অহল-লমন, মমান্নবীশিংনা নাক-য়েত্তা পরেং-পরেং ইন্নরি। মচু কয়াগী থাউমৈগী মঙালগা লুহোংবগী নীংথিজরবা ফিজোলগী মচুশিংগা অমত্তা ওইখিবগুম, পূক্নীং হূনা ফজরবা লুহোংবগী নুমিদাংনি। মাঙদা চৎলিবা অমুবগী মতৌদু উরগা দোলাইথক্তা চৎলিবী রুহিনি রুমান্না মমায় খুমদুনা লোন্না নোকচৈ।

মহাক্লা পেন্না থব্রায় তানা নোকচখিবা নুমিত্তি অমুবনা থবক ফংলে হায়দুনা থবক্কী ওরদর চে পুদুনা হল্লকখিবা নুমিৎ অদুনি। লুহোংবা নুমিত্তা নোকখিবা মীনোক্কুদগী হেন্না মকা লামখি।

থবক মচা অমত্তুং ফংনবা হোৎনবদা অসুক কুইবশি চাফম-থকফম খঙদমখৈ ৱাজরকপনি। লৈজরম্বা সনা লীক-কোল পূন্নমক চে মচেৎ অসি লৌনবা হোৎনবদা লোয়না চৎখ্রবনি। এদহোক্তা চহি খরদি লৈখিনি খনবদা নিংকোক-নিংকোক্তি অদুম তৌরি। অদুবু চঙবু চঙহৌরবদি নোংমদি শোইররোই খল্লুবদা শোর অমদি হোন্দোকচৈ।

থবক হেক তৌখিবদগী রুহিনিনা অমুববু নীংজবসি মতা অমনি। থংনবদা লৈরিবা ওফিসার বাবুগী নুপী মেম্মগী মমাঙদা অমুক্তংদি লেন্নগে হায়দুনা লৈরক্লিবনি। মীৎয়েংদা-নায়েংদা, ঙাঙবদা শকপদা, শোরক মক্তা থোরক্লবসু ঐখোয় নুপাদি ওফিসারনি, সনাসে ঙরাংতা মহাক্না শাবীবনি হায়দুনা মী খূদিং ফাদুনা ৱারী শাবদু রুহিনিগী অচাকপীনি। মেম্মখোয়গী চাকখুমদা থোংলিবা এঙ্খাং মথেলশিং, শাগৎলিবা মথোল ময়াম, তোংলিবা গাড়ী মখল-মখল রুহিনিনা শিং নান্না খঙঙি। পূন্নমকশিং অদু থোইনা মীহৌরুদে। মেম্মনা মাগী নুপা ওফিসারদা ওইনরিবনি হায়দুনা তৌরিবদু লেন্নগে মতাগুম তৌবা অদুনি রুহিনিনা খাঙবা ঙমদ্রিবসি।

“ওফিসার মচা অমা ওইজবসিদা, করিদা ফজরদনা, কোক্তাংবা, পুক্কংবদুবু। থাগৎপদা শোরাবেন হেক য়ৌই। তারক্লবদি ওম্বোক্লা নাতে চাররোইদা মেম্মা ঙকচাউবী নঙগী তাইঙোশে।” শোম্বাংননা হায়দোকখি রুহিনি। পুক্কীংদা খল্লি, “ওফিসারমক নত্রবসু ঐখোয়গীসু সরকারগী থবক্নি। শক্তা য়েংনরবসু ঐখোয় নুপাগী খজাই নাম্মা ফংবা নত্তে। লাইরিক্তা হায়রা নখোয়না হেনবা নত্তে।”

ওফিসতগী কুন্নকপদু অমুবা শকফম ইহন-হনজিল্লি। মহৌশাগা মান্নদবদুদা চিংনবা অমদি ফাওই রুহিনি। এদহোক্তা চঙমিন্নখিবশিংদু রিগুলার তারে হায়দুনা মফৈ নোম্নহৌবদু উবদা অমুবা ফমথবা য়াদ্রে।

“হন্দক্কি মন্ত্রী অসিদি থবক্তি ঙম্মি হায়ববু পৈশাদি খরা পাম্মি। পীবু পীরুরবদি শোয়বদি শোয়রোই।”

ভাব তারে রুহিনি। ৱা মখা তানদে। মখোয়নীমক তুমিন্না লৈ। থবক চঙনবা হোৎনবদা ইমুংদা মমল নাইবা অমত্তা লৈত্রবনি। চহি অমফাও ফাবসু নত্রি। ফংলিবা খরা অসিসু মীগী পূশিল্লুবশিং অদুগী মথোই হন্দোকখ্রগা চাকখুম মৈ

মুত্তনবা হোৎনবদা থনবোই-থন্দবোই লেল্লিবনি। মচাগী মনাদা চংনিং মরিগী সনা মচেৎ অমখক য়াল্লন্নদু কায়থোকখিবদগী লেপশিনগে খল্লকপা কুইরবনি। খন্দমক মখল্লি ঙন্নদি খক ঙমদ্রি।

করিগুন্না হন্দক্কী মতাং অসিদা লীৎশিনহৌদ্রবদি পাক হেক ওইথোকপগী ব্বা লৈত্রে। লৈরিবা হায়বু য়ূমফম অসিদা মঙাইরে। ফিভম অসিবু চুমহৌরবদি মতম খরা ভারাদা লৈরগা ইংখোল মতা ফবা অমা হেক্তা লৈরগা লোইরেদা।

য়োনবদা তারে। রুহিনি ব্বাফম অসে য়ানিংবদি নত্তে অদুবু উপাই অমা লৈতবনিনা য়াবদা তারে। তৌফম খঙদনা হংলকই –

"কনাদা লৈবীয়ু হায়রুগনি ?"

"তা বাবুদা অমুক্তং হংদুনা য়েংশি।"

"মখোয়দদি হায়নিংখিদ্রেদা।"

"য়ূমথংনবা হায়বদু থোকই অমুক্তংদি হংলমসি।"

হংলুবা হেক নোংঙানবদগী বাবুগী নুপী মেম্মনা রুহিনিদা লুনা তৌশিল্লকপসিদি মহানি। য়ূমথংনৈ হায়দুনা নোংমতা নখোয় করি চারি হায়দুনা হংলকখিদবী মহাক্লা এঞ্জাংবু লানশিল্লকপনে, রুহিনিনা মপাম চৎপদা শিনরু হায়দুনা সনাবু পীশিল্লকপনে মতা অমনি। হৌদোং ভক্তি য়োং সেবানি হায়বা খঙঙি রুহিনি। অদুবু কৈদৌরুনি য়ান-য়ানবা হায়বদুনি। পাৎলিঙৈদদি হয়িংদসু নোঞ্জৌ হায়বা লৈবনি। খঙঙি নোংমদি শোয়দনা কাওথোরক্কনি হায়বসু।

ইংখোল য়োনবগী শেনফম অদুনা কোন্নবা ঙমদবদগী য়ূম অদুগা পূন্না য়োনবদা তারে। উচিন-নাচিন হায়নখিবা শেনফম অদুদি শুরে। শেলবু কৎলবদি লাইফাওবা চোপ্পি হায়বদুনি। পৈশা পান্নসি মন্ত্রীনসু খরা হেনবজাৎনি।

ইকুই-কুইদনা সরকার কায়রে। অনৌবা সরকার অমা শেন্নে। সেন্তরগা তৌনখিবা এম.ও.ইয়ু. গী মতুং ইন্না সরকারগী অনৌবা ওরদর থোক্রে। ফেক এপোইনমেন্টতা থবক চঙবশিং য়াওনা মশিং হেল্লবা কর্ম্মচারিশিং লোইনা দাউন সাইজিং তৌরে। মনিং থোঙ লাইরদনা মমাঙ থোঙদগী চঙলকপফাও য়াওনা ঙক পায়দুনা ইম্বোরক্রে।

মপুক্সিদা নোংমতা য়ু থক্তবা অমুবদু হাইরং-তুরং তৌদুনা চঙলকই। করিনো মরোল-মরিসু খঙদনা ঙাঙলি – "তৌরু-তৌরুবা অমত্তসু মপা চুন্নক্রবসিদবু করি কান্নরুগদগে লাই নিংলুবগী ? ঐহাক লাই মব্রা লৌদ্রে। ঐবু ঙকশম পায়দুনা শুদৎলগা লাই নঙ পেল্লোকো।"

অমুবনা য়ু ঙাওরগা হল্লকপগী মরম খঙলে রুহিনি।

"লাইদা তাইনরগা থোক্কদবসু নত্তনা করিগী লাইদা তাইনরুদোইনো। ঙম্মিবমখৈদি হোৎনবা তারেদনা। ঐখোয় শিবমক্তি নত্তেদনা।"

রুহিনিনা হায়রিবসি অমুবা তারিব্রা তাদব্রা খঙদে।

"কুইশিনখ্রবদি চৎলু য়াররোই। খর থুনা চৎখিনবা য়ূম অসি শীদোকপনা ফরনি। ভারা থম্নবা খরা চাউনা শারসি।" মেম্মনা মাগী নুপা বাবুদা তত্তনা হায়।

বাবুনবুদি অসুম্না হায়, "য়ূম অসি শীদোক্লবসু মচী অমদা মতম খরদি লৈজখিসনু।"

শীদোক্লবা য়ূম অদুগী উ মতেক-মতা খরগা, তিন অমনবা খরনা কুপশিল্লগা শাখিবা পাকখল অমদা লৈরক্লিবসি ফনা কুইরক্লে। হান্না পাল্লম্বা থোঙ অদুসু য়োনবদা য়াওখ্রে। ফকচেৎকী থোঙ অমনা য়ূম অসি মী লৈরি হায়বদি তাক্লি। বাবুগী নুপী মেম্মনা মতাং চাদনা খৌদেন্নিবদুগী অর্থ চৎলো হায়রিবনি হায়বসে খঙণ্ডি। লাইবক্লা মীরাইবীরবসু থম্মোয়দদি শীংলি – "নোংমদি শোয়দনা চৎকনি, কনাদসু তাংদুনা হিংলোই।"

নুমিদাং অদু ফনা থেঙলে। থবক শুবা চৎখিবদগী হল্লক্তরি। মচাশিং অদু মমা ঙাইবা ঙমদদুনা তুরোই-ঙাল্লোই ফম্মুংদা ফৈনা-য়ুংনা তাখিবদগী তূম্নখ্রে। অমুবা রুহিনি হল্লকপা তানজা য়েংদুনা থোক্লুবদগী অমুক হনজিল্লকই। মশা অদু থক-থক নীক্লে। ঙাইবদা খাঙবা ঙন্নক্রদুনা শাউরকই – "হৌজিক ফাওবা য়ূমদা হল্লক্কনি খঙদ্রিবদুবু মব্রা নাইখ্রবজাৎলা মদুগী নুপী উচেক মানবীদুবু। হূই অমোম শাদুনা থেংনা-থেংনবা ওক্লদুনা লৈখ্রবাজাৎলা ?" মমীৎ অনীদু ঙশঙ ঙাংখৎলকই। মচীন-মখা ফৈরেং-তুরেং চিংলকই। ঙাঙনা-ঙাঙনা অমুক থোকখ্রে।

রুহিনি চেঙ ময়োমদু শেগাদা য়েপ্লদুনা হোবে-হোবে চঙলকই। ইমুং অদু পুম্মম মল্লে। কোইমা মাদুনা থাউমৈদু চুখৎলে। ফম্মুংদা তুমপক্লনা তাশিন্দুনা তুম্লিবা মচা অহুমদু মমা লাক্লে তাবদগী মমীৎ মচাশিংদু ফাক্লি-ফাক্লি পাঙথোক্লরকই। অপিকপদুনা মতমপাক্তা পল্লে, খরা চাউবা অনীদুনা ফমহল্লে। চাক থোংলগে তুমখ্রনু হায়দুনা মচাশিংদুনা থেল্লিঙৈ তানজাদুদা অমুবা হাই-হাইদুনা চঙলকই। ফকচেৎনা শাবা থোঙ অদু তিংখত্তুনা কাওখায়রকই।

রুহিনি খঙশাউ শাউনিংলকই।

"থোঙ অদুদা তাইনদ্রদি য়াদ্রবরা ?"

"মপু পান্দ্রবা থোঙ অসিবু কাওখায়বদা করি কায়বগে ?"

রুহিনিনা পায়রিবা ময়োমদুদা মমীত্তু লাওথোক্তুনা য়েংলকই ।

"পৈশা পীরকউ। ঐনা ঙাইরিবসি পৈশানি। ইবেম্মা রাধিকা ! নশক অদু য়েংনিংদুনা ঙাইবা নত্তে।"

লৌথোকপগা ঙাইঙমদে। রুহিনিগী মখুত্তা পায়রিবা মঙাচৎপী-তরাচৎপী খরদু লাক্লৌ লৌরগা অমুবা থোকখ্রে। রুহিনি মথ্বায় অদু প্রোক-প্রোক চাক্লে। হাইরং-তুরং থোকখ্রিবা অমুবদা শাপ তৌদুনা চৈরক্লে – "নঙদা শিখ্রো, মী ওত্তুনা লৈগদৌবগী শরুক।"

অমুবা থোকখি হাইরং-হাইরং তাশিন্নদনা ।

অহিং অদু ফনা থেঙলে। অমুবা হনজিল্লক্ত্রি। মৈনম চুখত্তুনা থিরুশিরা হায়না অমুক খল্লি। নুংশা মরক্তা বানা নূং হোল্লুবগী মশাদু য়াওনবদা চৈনা-ফাওরে। মানা থোকপা মরাইনা লাকচরনি খল্লে। মচাশিংদু ইশি-শিনা তূম্লি। হূই খোংলকপা খূদিং অমুক-মুক ফুক-ফুক হৌগৎলি। মথন্তা অমুকসু খল্লুই – "খাঙপোক অসিদা কয়াম কুইনা অসুম্না লৈখিনি ? নোংমদি ঙকশম পায়দুনা ইল্লক্লগনি। করিগুম্বা চৎপা তারবদি মফম কদায়দা? কনাগীদা থুংলুগনি ?" উবা ফংদে। হেন্না মমশিল্লকই।

খন্না-খন্না উইরোন-উইরোন ঙৈহাক তূমথরুরে।

নোং ঙাল্লন্নে। শরক্তা ময়াম লাঙনরিবদু রুহিনি থোইনা তারুদে। মচাশিং অদু থবক চৎত্রিঙৈদা করি-করিনো খরা পীজরম্নবা হোৎনরি। ঙসিদি চত্তবসু য়াদবনি। খূৎশুমনসু খরা হেন্না লৌশিল্লকই।

"রুহিনি নঙবু তাদবরনে ? অমুবদু শরক নালাদা তাদুনা লৈরে হায়রিনে।"

বাবুগী নুপী মেম্মনা লেপ্লাউ লাউরকপদুদা রুহিনি মচাদা ইনগে তৌরম্বা চাক চখোমদু পোপ থাদরম্লগা প্রপ-প্রপ চেম্থোরক্লে। অমুবদু ময়াম্না ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরমই। শ্বর অদু পিৎ-পিৎ তৌদুনা লৈরম্বদু, ময়াম চঙদুনা হোসপিতালদা পুখৎলকপনি।

রুহিনি ফীজিদা চেকশিন্না কিদুনা লোৎচরম্বা পৈশাশিংদু লোয়না পুথোক্তুনা অমুবগী মথ্বায়দং হিংলবদি হায়দুনা কোইচেন-চেন্দুনা হোৎনজবনি। পূম্নমক অরেম্বা তাখ্রে।

য়েরক্লিবা অশি পূঙগী মখোলদা রুহিনি জ্ঞান তারকই। ঙম্লবা তুরেনগী তোর্ব্বান অদুদা ব্রা-লান ঙাঙদনা প্রপ-প্রপ কুমথখিদুনা ঈরোন্নুংদুদা মশা পূম্বা লূপশিনখ্রে। মশা পূম্বা চোৎহল্লবা তুংদা অমুক প্রপ-প্রপ কাখৎলক্লে। ঙাংনা চাকখৎলক্লিবা মৈরীদুদা হন্না য়েংলুই। চোৎলবা মায়থোঙদুদা শীঙ্গুরক্লিবা পি অদু ময়েক শেংনা উরি চাক্লিবা মৈরীদুগী মঙালদা ।

য়ূম য়ৌরক্লিবদু রুহিনি মঙগী লম্বী অমদনি। তুরোই-ঙাম্লোই ঙাক্লিবা ফকচেৎকী থোঙ অদু লাওনা হাংদোক্লম্লগা পুমচোৎ চোৎনা ইমুংদা চঙখ্রে।

থোঙ অদুদি লোনশিন্দনা অসুমক লৈহৌরি। ❑

# ফিরেপ অমা

যূমদা হল্লকপা খূদিং মোমোন্তা নোক্লদুনা লৈরম্বী, মীৎচান্নরুবা খূদিং অব্রাবা কাউদুনা ব্রাখলগী পোৎথাফম ওইরিবী মহাক্কী মায়থোঙনা মোমোন নোক্লমদবদু ব্রাখলসিদা চিংনবা অমদি ফাওরকই। খল্লি, করিগুম্বা মরম অমদি শোয়দনা লৈরল্লগনি। মশাগা নুংঙাইতবজাৎলা মহাকসিবু ?

অসুম্না থেঙনা হল্লকপসে মহাক্কী পামজদবা অমনি। মতম অমগী নুংশিখ্রবা মরুপ্পি। ইথা-থাজদনা হেক থেংনরুই। কলেজ তম্লিবৈদা লোয়নখিবনি। ওন্থোক্লা মবুক-মপাউ ফখ্রবা, চমজখ্রবা, মীঙমজখিদ্রবা মরুপ্পি। মহাকসু এম.এ লোইশিনখ্রে হায়। ঐখোয় অনী য়ুনিভরসিটিদদি পুনখিদ্রে।

চা থকখিশি হায়দুনা হোতেল অমদা চঙলে। চা থক্ল-থক্ল ব্রারী শান্নে ঐখোয় অনী।

ঐনা হংলুই –

"হৌজিকপু করি হোৎনরিবগে ভায় ?"

"তৌফম অমা খঙদবদগী প্রাইভেৎ স্কুল অমদা ওঝা ওইরি ভায়।"

"তলবপু কমদৌবগে ?"

"তলবকী মতাংশিমদি হায়দোকপদা ইকাইবা ব্রানি ভায়।"

ঐ ব্রাহং মখা তানা হংলুদ্রে। পূম্নমক ইশাদা পাল্লিবা চৈনানি। চহি তরা হেল্লক্লে প্রাইভেৎ স্কুল অমদা ওঝা ওইরক্লিবা। মশক থোকপা পোৎশক অমফাও লৈদুনা য়ূমদা পুসিনবা ঙমদে। য়ূমসু পানশিল্লুগুম তৌ। মমাগী দিমান্দ ফাওবা পীবা ঙমদ্রিবৈশিদা ইচাগী অমুক য়াওশিল্লক্লিবনি। লেপ্পিবা থাক অসিদগী য়াম্নমক কাখৎপা ঙমদ্রবসু চৎনবা য়াবা ফিভম অমদি শেম্লিংঙি। অহোংবা অসি লাক্লবগীদমক করিগুম্বা খরদি তৌদবা য়াদ্রে। ব্রাখল অসি খল্লকপা কুইরবনি। ঐগী মরুপকী মফমদসু ব্রাখল অসিমক চপ য়ুংনা খল্লগা লৈরমই। অতৈ-অতৈদা খেন্নরবসু মসিদদি ইমান-মান্নবদৌনা তৌই।

চা থকপা লোইরদুনা ঐখোয় অনী হোতেল অদুদগী থোকমিন্নরক্নে। নোংমা পূনশি হায়নদুনা নুমিৎ অদুগী ওইনা ঐখোয় অনী বিদাই ৱৌনরে। মহাক চৎখ্রে, ঐগী চমখ্রবা মরুপ্তো। য়ূম য়ৌরকপদা খরদি থেঙখ্রে ।

হংগেদি খল্লুদ্রে। প্রপ-প্রপ কা য়ৌনবা চঙশিল্লে। ৱাদি ঙাঙদনা তপ্লি-তপ্লি ইন্নরক্লি। হোংদোক্লবা ফি অদু পীরল্লগা মোমোন্তা তৌগনবী মায়থোঙ অদু লৈথোকখিগে তৌরকই।

"করি তৌরবগে ? নশা নুংঙাইত্রবরা ?"

"করিসু তৌদে।"

"অদুগা করিগী মায়থোঙদো মহৌশাগা মান্নদ্রিবদি ?"

ঐঙোন্দা ফাওরিবা খাঙঙমদবা অসিদা মহাক লোৎশিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রমাল্লে। ইনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা হায়রকই –

"বাজিনা পামদবা থবক্তু অসুম তৌদুনা লৈ হায়দুনা য়াম্না ঙাঙখ্রবনি। বাজিনা পামদবা থবক্তু য়ারগদি তৌবীরুরগনু।"

ঐ ভাব তারে। বাজিনা তত্তনা হায়বা ৱানি –

"প্রাইবেৎ স্কুলদা ওঝা ওইদুনা সুম লৈরবদি মীগা মীমান্নবা ঙল্লরোই। ওঝা ওইবদু তোক্লুনা অতোপ্পা শেল থোকপা থবক ফংনবা তান্নৌ। হৌজিক্কী মতম অসে লাইরিক্লা চাবা য়াবা মতম অদু নত্রবনি। নুপা থোকপা থবক তৌনবা হোৎনৌ।"

'নুপা থোকপা থবক', বাজিগী খ্বাইদগী পামজবা থবক্লি। করম্বা থবকপু নুপা থোকপা থবক হায়না কৌগদগে ? ওঝা ওইবগী শিনফম অসে বাজিনা কয়া পামফাত্তে। কয়া নত্তে শুকপাম পামদে। অদুগীসু মথক্তা ঐনা ওইরিবসিসু প্রাইভেৎ স্কুলদনি। বাজিগী পামদবী হায়বদু খম হেক থেংঙি।

চহি খুদিংগী পরিক্ষাদা প্রাইভেৎ স্কুলশিংদা তম্বা মহৈরোইশিংনা মকোক-থোংদুনা চৎলি। লমদম অসিদা প্রাইভেৎ স্কুলশিংনা অফবা মীথোই মীহেনবা, মতিক চাবা জাতি অসিগী নাগরিকশিং লেপ্তুনা পুথোকক্লি। পূম্নমকশিং অসে পুম থীৎপা মখৈ ৱাজরিবা, মীনসু প্রাইভেৎ স্কুলগী ওঝানি হায়দুনা কল্লকপা ফাওদ্রবা, তলবনা হৈক্রু মনাদা য়োল্লগা ফংলিবা মখোয়গী অশেংবা হোৎনজমন্নি

হায়বসি পূন্নমক্না খঙলবসু মীৎ তাঙশিন্নে। সরকারগী করম্বা যৌশিলগী মখাদা মখোয়বু ইকাই খূম্নবীবা য়াওগ্নবগে ? চপ-মান্নবা ওঝা হায়বা শিনফমসিদা অরুম-অয়াং খায়না অনী থোক্লা য়েংলিবসি করম্বা মতমদা তোকখিগদগে ? ওঝাগী ৱাংলবা ফিদমবু চেংনা থাগোন্নরিবা মখোয়বু মীৎয়েং অসিনা হেক-হেক করেম্নবীরি। বাজিনা ঐবু ৱারৌরিবসি মীৎয়েং অসিগী শরুক অমনি।

ঐনা তুমিন্না ৱা ঙাঙদনা লৈবদু উবদা মহাক নুংঙাইত্রমাল্লে। তনৌরবী খূৎশা অদুনা চোকথরবা হকচাংসিদা তপ্না নাল্লদুনা চিৎথহৌবা ৱাহৈ খরদু অমুক মখা তারকই – “মখাথংবগী লখিকান্তদু শেল তানবা য়াম্না কল্লি, মথৌনা লৈ, নুপা থোকই হায়দুনা বাজিনা ৱারী শাবদা তত্তনা হায়। হায়সু হায়রনি মরৌমশীং, মালচাং করিমত্তা লৈরম্বসু নত্তে, লাইরিক হৈদনা সরকারগী থবক তৌবসু লৈতে তৌরিবা ময়ামসে ওহ্লোক্লা থুপ্রে। মহাক্কী নুপীনগা অয়ুক-নূমিদাং হোং-হোংদুনা শিরিবা সনা ময়াম । লখিকান্তশে চুমথাং মখোঙ থেংনদুনা মনি খুনখিবনি কাইসু হায়নৈ।”

তশেংনা মহাক নুপা থোকপা মীনি। মতম অসিগী চপ-চাবা মী অমনি হায়বদা মতিক চাই। মতম অসিদা মী ওইনিংলবদি মহাক্কী মতৌ তম্বদা কায়দে। লাইরিক তম্মিন্নরকই। মেত্রিক ফেল ওইবদগী তোকখ্রবনি। হেন্দিমেন ওইরি হায়, দুকান ফম্বা য়াওরি হায় তাংদাংবা অমা খঙখিবা মীশক নত্তে। অয়াম্বা মতমদা ময়ূমদা লৈরকত্রবা মীশক্লি। মঙদা তৌবগুম তেনখ্রবা মতমসিদা উরিবসে অঙকপা অমনি। ঐহাক্কুম্না লাইরিক তমদুনা লৈথোক্লম্লবদি মহাক অসুম্না ইনাক খুল্লম্লোই হায়দুনা কনাগুম্বশিংদা ৱারী শারকপগী পাউ য়ৌরকই।

বাজিগী নীংবা থুংনবা নুপা থোকপা থবক অমা ফংনবা থিরশিরা খল্লকই। খোঙ শোক্লা বর নিখিবা ছাত্র কয়াগী কোকথক্তা বর অর্শিবাদ কা লোয়ননা নানবীখিবা খূৎ অসে মতম অসিদা পায়নরিবা মরু চৎপা কলম অসে পায়রশিরা? ইখূৎমক্লা ঈশিং চাইদুনা শেমজরিবা চারশিং অসে নোংমদি হূ পাম্বী ওইরকপা শোয়দ্রে। লেপ্লিবা খোঙফম অসে অরাইবা অমদি নত্তে । থেংনবদি তারি ৱাশক অমগা লোয়ননা ।

হে ওঝা ! খেন্নবা মীৎয়েংদগী নানথোকপা ঙমদ্রবসু, নহাক্কী অৱাংবা ফিদম্সু থাগোন্নজরিবা ঐহাক্কদি নঙবু পূজা তৌজরি। নহাক্কী চন্নবা পুন্সি,

পূন্নমকপু নুংশিবা ওস্বা বিশ্বপ্রেমগী তমজনফম ওইরবা ব্রাখল মালেমসিদা কনা লৈবগে নহাক্কুম্না গুণ পূন্নমক্কী মপু ওইবা ? চানবী হৈবা অচুম্বা লম্বীবু তাকপীবা, কৎথোকপদা নশরুক ওইজবা, লৌশিংগী ঈহৌফম ওইরিবা মপাল নাইদ্রবা সমুদ্রনি নহাক্তি। নহাক্তি ব্রহ্মানি জগৎপু শেম্বীরিবা, শোন্নরি নঙবু খঙবশিংনা। নহাক্তনা খঙঙি, হৌরক্লিবা মীরোল অসিগী লাইবক নঙগী খূৎ অদুনা হক্কুনা শেন্নিবনি হায়বা।

মচা অমনা তৌরুবা শিনফমদা মপানা থাজদবা অমদি পেনবীদবা হায়বসি মচা ওইরিবা মহাক্কী মফমদদি ঈশ্বরনা য়াদবগা চপ মান্নে। ব্রাখল অসিমক্লা তৌরিবা থবক অসিদা বাজিবু করম্না থাজহনসিগে। ব্রাখলগী লংজিন পূন্নকপগুম তৌরকখি।

চোকথরবা হকচাং অমদি লৈতাফম খঙদ্রবা ব্রাখল অনীনা পোখাফম খঙদ্রিঙৈ তাঞ্জাসিদা বার্তোন অমনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরিবদু ঐহাক কাউথোক্তে।

ওঝা ওইমিন্নবা মরুপ অমা কবি চঙলে। মাইবীদা হায়রগদি লাইনৌ অশেংবনি। লাইফাওসু য়াম্না চুমখৎলক্লিবা মতাংনি। য়ুমগী মীওইশিংনদি মহাকপু অঙাওবা তথ্বাই, মী তথ্বাই ওইনা উরম্নগনি। মহাক্লা হোৎনজবা পূন্নমক ঐবু নীংশিংবীরক্তবা য়াওদে। সম্মেলন অমা য়াওরনবা মহাক্লা ঐবু বার্তোন তৌরক্লিবনি। ঙৈহাক্তং ওইরবসু য়ৌরুদবদি য়াদ্রে।

য়াম্না চীংলেন্নবা থৌরম অমনি। অশৈবা কয়াগী শৈদিন্নফম্নি । পূক্লীং, ব্রাখল অমদি হকচাং অহস্মক তাউথদুনা চৎলি। নীংথীরবা কবিতাশিংগী মপাল নাইদ্রবা ঈপাক অমদা। কল্লক য়েংথীনবা, নুংশিনদবা, খেন্নবা হায়বদু লৈত্রবা জগৎপু নুংশিবা ওস্বগী লিপুন্না চেৎনা পুনশ্রবা মফম অমনি। শান্তি লৈত্রবা, লৈতাবা ওমদ্রবা পুন্সিসিদা নোংথাংগী মঙালগুম মীৎকুপ অমত্তা ওইরবসু পোৎথাফম পীবিরি। অমৃতগী মশক্লি ।

ব্রাখল মান্নবশিং পুন্দুনা বারী শারিঙৈ য়ুম য়ৌরকপদু নুমিদাং পুং ফনা য়াম্না তাপ্রে। মতম অদু ফাওবা মহাক তুমদনা ঐবু ঙাইরম্নি। মহাক্কী মীৎয়েং অদু লাংতক্লে। মতম অমদা লোৎশিন্দুনা থমহৌবা থস্মোয়গী অরোনবা পাউখোংশিংদু ঙসিসু অমুক নীংশিংলিবজাৎলা ? নত্রগনা ঙসিসু অমুক বাজিগী

করম্বা নিংঙাই ? করিগুম্বা অমা ফোঙদোক্লিংবগী মমি মহাক্কী মায়থোঙদা তারিবদু উরে। ঐগী চিংনবা ৱাখলগী ফিজঙ মরুমদা মহাক অমুক্তা লেপখিদ্রি।

"ঙসিসু অমুক বাজিনা করি হায়রক্রে ?"

"বাজিনা করিসু হায়দেদা। পাউ অমা তমগে তৌবনে।"

"করম্বা পাউনো ? মতম অমগী ঐখোয় অনীগী লোয়শিনহৌদ্রবা নুংশি ৱারী মখাক লৈরিবজাংলা ?"

"নত্তেদা, অঙাং মচাদৌনা হৌজিকপু।"

"অদুদি করি ৱারীনো মাই দিয়র ?"

"পাবুংনা নুপা থোকপা মীনি হায়দুনা য়াম্না থাগৎপা লখিকান্তদো....।"

"লখিকান্তা কৈদৌরবা ?"

"মশক খঙদবা মী খরনা ফাদুনা পুথ্রে হায়দুনা থিবা কোইচেন চেন্নরি হায়য়ে।"

"মশক খঙদবা মীওইশিংনা হায়বা।"

"হোয়, মশক খঙদবশিংননি হায়নৈ।"

মতম অসিদদি মীবু ফাদুনা পুথ্রবা মশক খঙদবা ঙাক্তননি। লখিকান্তা নহা ওইনা শেল পায়বদা মমিং চৎখৎলক্লিবা মীশক অমনি। মহাকপু করিগীদমক ফাদুনা পুথ্রিবা ? ৱাহং অসিগী পাউখুম মহাক মশানা পীজনবগী তানজা অদুবু মঙোন্দা পীবীরকখিগদ্রনে ?

ৱাহং অসিগী মরমদা ঐহাক হেনজিন্না খল্লরোই ।

খনগদবা হায়ববু ঐগী অপীকপা তলবনা চলাইরিবা ঐগী অপীকপা সংসার অসিবু নীংথিনা ঙাক শেনবা অসিতনি।

ঐখোয়গী রানিনা লোল্লকপা অঙনবা অয়ুক্কি মনিল কারিবা চা অদু থৱায় তানা অমুক-অনীরক চিংলগা অনৌবা পাউ পুরক্লিবা খবর অদু য়েংবতা ঙাইরি। নোংমৈনা পাল্লবা অশিবা অমা ফোতোগা কোন্ননা খবরগী অহানবা লমায়দা য়াওরকপদু হান্না থেংনরুই। অশাবা মিং শিজিন্নদুনা লুপা লাখ কয়া মশিং খঙদনা শিজিন্নরম্বগী মরালদা পিরম্বা অহকপা চৈরাক্লি হায়রি । তাঙ্গা অসিদা লখিকান্তাখোয়গী ইমুংদা কপ্পবগী খোঞ্জেল তারকই।

মূমগী মবেন্মনা লোন্নকপা হাউন্নবা চা অসি লোয়না থকচিনবা ওমখিদ্রে।

ওন্থোক্লা নুংঙাইতবা ফিভম অমনি।

লখিকান্তগী নুপীনা ক্রং-ক্রং চোংদুনা কপ্লিবদু নুপী অহুম-মরি চঙদুনা ফানরি। মহাক্লা ক্রং-ক্রং চোংবা খূদিং নাগী, ওক্কী অমদি খূত্তা শিরম্বা সনাগী লৈতেংশিং অদু মতৎ-মতৎ তভুনা তারকই। মথন্তা মরাইবক্তা খূৎতুম্না শুজদুনা কপ্লি। লৈতেংশিং অসি পান্নক্রবা মাল্লি। পান্নুফমসু থোক্তে। পূন্নমক মঙোন্দা অরেম্বনি।

নুমিৎ খরগী মতুংদনি।

অনৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা চোকথদ্রিবা ৱাখল অসিনা খূৎ পায়দুনা চিংলবগুম তৌরখি। ইথন্ত হংজে। করিগীনো অসুক হৈনীংলিবসে ?

ঐখোয়গী পূজারিনা থিবদা ঙাইরিবা চাক্তু খরা কিৎ কিৎ নমশিল্লগা ষ্মুল থেংঙ্গে হায়দুনা প্রপ প্রপ থোরকই। বাজি ফম্মেন্দা তোংজে অদু প্রোক প্রোক চিংলদুনা ফন্নি। ঐনা হোবে হোবে থোরকপদু উপ্রে।

"ইবুংঙোচৌবা।"

"করি হায়গে বাজি ?"

"থবক চৎথোকপদু খরা-খরা ওন্না হনজিল্লকউ। মতম অসে য়াম্না ফত্রবনি।"

"হোয় বাজি।"

"ইপা ৱা হায়গে, নঙনা পামজনা তৌরিবা থবক্তু ইপানা থিংদেদা। তৌবতবু লৈরিবা থাক অদু নশাগা চান্নদে, ফিভম অদুদা পেন্থোকপা য়াদে হায়বনি।"

"পূন্নমক নচা ভাব তাজরে বাজি।"

"চৎলুরো, চৎলুরো।"

বাজিবু খুরুম্নম্নগা ঐগী ৱার মমাঙগী গাড়ীদু থৌদোরক্লে।

হৈনিংবগা হরাওবগা ইতোৎ-তোৎশিন্নৈ। অফা-অপুন্নবা লৈত্রবা ৱাখলসিদা।

"লৈরিবা থাক অদু নশাগা চান্নদে। ফিভম অদুদা পেন্থোকপা য়াদে।"

লম্বী চৎনা-চৎনা বাজিগী ৱাহৈ অসে নীংশিংলকই। কয়ারক হন্না খল্লবসু ৱাহৈ অসিমদি কক্লিঙাই লৈত্রে। "লম্বী অসিদগীদি হোৎনরোই", লেপ্লে অসিমসু অরোইবা ওইনা। □

# হাওলবা খুৎ

অয়ূক্কী অমেংবা নুংশা অদু ময়াক য়াওরক্লে । মসি ফাওবা হমিদ কনামত্তনা মহাকপু চৎশি হায়রদ্রি । পুক্নীংদা খল্লি - ঙরাং নুমিদাং চরা হেনখিবদুদা ঐসিবু য়াম্না শোন্না উখ্রবজাৎলা ? মাগী নুপী নশিরাদা চৎলমদাইদদি হায়রম্মি - "ঙসিগী অফংবা খুৎশুমনমখৈদি চেঙ লোয়না ব্রাল্লক্রগে । রোজাসু কুইরক্তরে । হয়েং রোজা থা মনুংদা খরা পোত্থানবা ।"

অঙনবা অয়ূক্তুদা নশিরা মোমোন নোক্লা লৈহৌই । মচাশিংদু হৌদোক্লদুনা মানা-মানা তৌগদবদু থৌদারি । মচানিপা অহন জাকির চাহি তরামুক শুরক্লে। নক্লবদা লৈবা মাদ্রাশা অমদা ইমামগী মনাক্তা থাদুনা কোরান তমহল্লি । জাকিরবু হমিদনা হফিজ অমদি ওইহন্নিংঙি । লৈতবনা কনখিবনা মহাকথক্তা মনিং থুংখিদে। ফনা ব্রারবসু মসিমদি কাউবা লৈতে হমিদ । মল্লিঙৈদা হৌগত্তুনা বেঙ্গুলদগী ইম্ফাল তান্না নুমিৎ খুদিংগী ইনাকখুনবা মীওইশিংগী য়ূমদা নোংমগী অফংবা থবক অমা হেক্তা শুরুগনি হায়দুনা লাক্লিবসি নোংমতা ব্রায় হায়দে । মহাক্লা ব্রারিবদি শুজনিংলিবা থবক অদু ফংলোইদ্রা হায়বা অসিতনি ।

করিগুম্বা নুমিৎ অমদনা খোংবান তৌগনি । করিগুম্বদনা শীং খায়গনি, কোর্ফু ফেংগনি, দুকানগী পোৎ থাংগনি । পীশক পীক্লিঙৈদগী মসিগুম্বা থবকশিং অসিগা য়াওনদুনা লাক্লবনি । অরাপ্পা থাঙ্গ-মোইরাং, তেরা-অরোংদগী ঙায়োনবীশিংগী লুবাক-দরমশিংদু গাড়ী পার্কিংদগী ঙায়োনফম তান্না অনী-অহুম লোন্দুনা পুনবা হোৎনৈ । লল্লোনবীশিংনা মাবু খঙদবা লৈতে ।

মহাক্লা পুংকক চাউরকপা মতমদনি । নোংমা ইম্ফালগী ইনাকখুনবা ইমুং অমদা থবক শুরুই । মহাকপু ওম্বোক্লা লুনা তৌবীরকখি । নুমিৎ অদুদা চাখিবা মথেলশিং অদু পুল্লিদা অমুক্তা চাখিদ্রি হমিদ । "মথোল কয়াগী ব্রাংনা-ব্রাংনা শারিবা, সহর অসিদা লৈরিবা য়ূমশিং অসে পুকচেল চাউবা মীশিংগী ঙাক্তনি।" নুমিৎ অদুদা মহাক্লা খনখি। মখোয়গী থবক্তা শুনিংখি ।

য়ূম পাল্লবা তুংদা লৌ-শিং শুদুনা লৈনিংখি । লুরিবদি মাগীনি হায়বা লৌফম মচেৎ অমফাও লৈতবসিনি । লৈরিবা য়ূমফম মচা অসিসু মপানা মমাগী মপামদা

য়াওং ইল্লকপদগী মমাপোকপা মপুৰোনা খাইবীরম্বনি । মাবু পোকপা মপাসু নোংমগী অফংবা খরনা হিংলল্লগা শিখিবা মীওই অমনি । মাগীদমক করিসু থন্নম্বা ঙমখিদে । নশিরাগা পান্নবৈদগী য়ুম মচা অসিমত্তংদি লেপ্পা ঙমখিবনি । নশিরাগী মপাম কোনুমাদা মতম খরা লৌ উদুনা লৈখি । ৱানা হোৎনজদুনা মকুবোক্লা পীবিবা লৌফম অমদা লৌ খরদি পানবা ঙমজরে ।

হুমাংমন্তনা লৈহাও ওইরগা হৌরক্লিবা ফৌ পাম্বীশিংদুগী ফৌনাশিং অদুনা নোম-নোম লাউরকপা মতমদুদা হুমিদনা খনজখি - “ খুদানা চানবীরে চানবগীদমক ঐহাক ৱাররোই ।” নুমিৎ খুদিং লৌফমদা কুম্বা লেপখিদে । ফৌমানবী, উরিচাক পাম্বী অমত্তং ফৌনা মরক্তা থেৎলম্বদা ফোইদৎচৈ । ফৌ পাম্বী অমত্তং লৌরীদা হাইথরম্বদা ঙাকখত্তুনা শেমজৈ ।

নুমিৎ খরনিগী মমাঙদগী নোং লেপ্তুনা চুরক্লি । হাংবা কৌবা লৈতে । খঙহৌদনা হৌখিবা অহিং অমদা পাৎকী ঈমায় চোনখৎলকই। নিংখায়গদৌবগী নিক-নিক লাউরবা লৌনম্বাল অদু উরগা হাই-হুন্নিবা অশংবা ফৌনাশিংদুনা তনিক্লা খাঙলি।

ফৌনা থৱায়নি খনজরিবা মখোয়শিংদু মখুত্তা য়োৎপাক থাংজৌ পায়দুনা নিংখায়রক্লিবা লৌনম্বালদু ঙাক্লবা কোয়চেন চেন্নরি। লেপ্পা লৈতনা চুথরক্লিবা নোংলক্তনি। নোংখন্নরিবা য়েমপাকশিংদুসু মনুং ফাওনা চোৎশিল্লকই। মেন্না-মেন্না নিংখায়রকপনা হেনজিল্লকই, থেম্বা য়াদ্রবা লৌনম্বান অদু । অতৎ-অখম লৈতনা হৈথরক্লিবা নোংলিকশিংদুনা চোল্লবা ঈমায়দা চোংথদুনা শান্নরিবদু খনজিনখি অমম্বা অহিংনা । অঙনবা অয়ুক্তগী ঈশিংগা লাম্থেংনরিবা মখোয়গী মীৎমাঙদগী মাঙখি অশংবা ফৌনাশিং।

লুপশিনখি অসুম উনা-উনা মীৎমাঙদা হাই-হুন্নম্বা অশংবা ফৌনাশিং । ঙমখিদে কনবা থৱায়মক্লি খনজরিবা পাম্বীশিংদু।

মতম চাদনা ডাম থিঙ্গত্তুনা খুৎশেমগী ঈচাও মশিং খঙদনা নংলবা, কোক্তা খুৎ হাপ্তুনা খাঙনরিবা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎলগে লেপ্লে হুমিদ ।

লাক্লে কোনুমা থাদোক্তুনা।

মচাদি পীশক-পীশক মরি শুজিনখ্রে । অতোম্বদু মীরোনখিবা মতমদা নশিরানা কন্না হায়জৈ -

" অঙাং মখা অমুক তারগুমশি । "

মসিমক মহাকসু পাল্লবনি । অদুবু তৌকম অমা খঙদে হমিদ । নশিরা অমুকসু মখা শমথরকই - " অঙাং অসি লৌথোক্লবা ডাক্তরদা অমুক্তা চৎলুশি।"

"ব্বা অদু হৌনা ঙাংগনু ।" হমিদ নশিরাগী মচিন মেনশিনখি । মখোয় অনীমক নুংশা থীখি । পুক্লুংদা লৈরিবা অঙাং অসি করিগুম্বা ডাক্তরদা চত্তুনা লৌথোক্লবা তারবা, মদুদা করিগুম্বা ইমাম্না খঙখিবা থোক্লবদি মখোয়বু ইদিগাদা পুথোক্তুনা বিচার তৌগনি । মদুতসু নত্তনা মখোয়বু কাফিরনি হায়দুনা নুংনা থাবীগনি । মখোয় পুম্নমক ব্বাশক-ব্বাদা তৌনখিগনি। শোয়দনমক্কীসু লৈকাইদগী তানথোকপীগনি । অসুম্না খনজানরিঙৈদা মরিশুবা মচা অসে তাইবং ফাওরকপনা হানখি । মখা তারক্কদবা মচাগীদমক মখোয় হৌজিকসু মীপাইহ্রি ।

ইম্ফালগী ভারা অমদা মচা মরিদুগা মখোয় তরুক পুন্না লৈরকপা ফনা কুইরে । নোংমগী রিক্সা থৌরুবদা ফংলকপা অদুনা কাগী ভারা, রিক্সো অব্বাইমন অমদি মখোয় তরুক্কী চীন মেন্নবা হোৎনরি । ময়াম অসি মেন্নবা হোৎনবদা নুমিদাং থেংলবফাওবা হমিদ মৈবা হৌবমখৈ শাগৎলবা রিক্সগী শাবল অদুদগী কুমথরকপা য়াদ্রি ।

মতৌ য়েংবা ঙমদ্রদুনা নশিরানা তত্তনা হায় -

"লিল্লোংগী চচা জবারখোয়গী ইংখোলদু কোবি, মোরোক, মরোইকা য়াম্না হৌই হায় । মদু খরা তিক্লুরগা ঐহাকসু কৈথেলদা ফম্লিবী নুপী ময়ামসিগী মরক্তা ফম্বা য়াওরগে ।"

হমিদ নশিরাগী ব্বাহৈদু মরক থত্তুনা চৈহৎলকই -

" কদায়দগী মদু য়াগদগে । হয়েং শিবদা জনৎ ফংলোইদবা দুজক্তা তাগদবা থবক্লি । তুমিন্না অদুম মরৈয়ু । ঐহাক্না পৈশা তাল্লিবসিদি ।"

" নঙনবু য়ারবদি করিসু কায়দে । নঙতনা শুবশে ঐহাক য়েংবা ঙমদ্রে । ঐবুসু খরা য়াওহল্লু ।" নশিরা য়াম্না হৈনিংনা হায় ।

হমিদ মাগী নুপী নশিরাদা শাউরকই ।

" নহামা নঙবু তুমিন লৈয়ু হায়মি । ঐহাকখোয় মুসলিমগী চৎনবীদা নুপীনা মপান থোক্তুনা পৈশা তানবশে হরাম্নি হায়বা নহাকপু খঙদ্রা হায়মি । হয়েং কাবরদা মীনা তিন-শিংকদবদু ঐহাক য়াম্না কি ।"

নশিরা মখা অমুক তারুদ্রে। মহাক খঙডি লায়ররবসু মহাক্কী নুপা অবদুল হমিদ মশাগী ধর্ম্ম অমদি চৎনবীবু চেৎনা ঙাকচবা মীশক অমনি হায়বা। হৌখিবা চহিগী রোজা থা মনুংদা ময়াদা ঈশিং মরীক অমা তাদনা নুমিৎ চূপ্পা নুংশা মরক্তা রিক্সা থৌরুবা, মীগী থবক শুবদা মশাদু শোকখিদুনা য়াম্না কন্না ঙম্মুদে। বা ঙাংবফাও কাও খোঞ্জেলমুক্তা ঙায়রুরবনি। শিনিংচিন্তা হিংহৌবনি।

ফরকপা মতমদুদা হমিদনা নশিরাদা হায়খি -

" ঐনা অশেংবা রোজাদার অমা ওইখিবগী খুদানা ঐবু কনবীবনি।" বাহে অসিমক্লা মহাক্লা হায়বদা হিক্তোকনিংখিদে।

মতম কক্তনা জেনরেল ষ্ট্রাইক তৌখিবা মনুংদু খূৎ পুন্দুনা লৈবা তাখি। খরা-খরা পুশিল্লক্রম্বদু চপ লেপশ্রে। ফনা য়াম্না পুখরে। মেনখৎনবা হোৎনবদা অরায়বা অমদি ওইরোইদৌরি। রিক্সা অবায়মন্নে, কা ভারানে থা অহুম শুরে পীথোকপা ঙমদবা। য়ূম্বুনা অনী-অহুম্নক থৌরম্বদু পীবা ঙমহৌদে। থংনবা নুমিৎতা অতোপ্পা মী অমা পুশিল্লক্তুনা কা অদুদা থমজিল্লে।

পৈশা শেংদোক্লবা নুমিৎতা লৌ হায়দুনা ময়াদা চারিবা পুখম-তেংকোৎ অমদি ফি-রোলনচিংবা লোয়না য়ূম্বুদুনা ফাজিলহৌরে। হমিদ ইকাই-নুংশি য়ান্ননা মচাশিং অমদি মাগী নুপী নশিরা পুদুনা থোরক্লে।

মখোয় অনীনা য়েৎ-ওই চিং-চিংদুনা পুবদা শাগল চোকথরবা মচাশিংদু বারদুনা তুম্মশ্রে। থাউ য়াওদ্রবা পোদোল অদুগী কংলবা দোশি অদু মৈখেৎ হন্ন-হন্না খেত্তুনা চূখৎনবা কন্না হোৎনরি নশিরা। তেঙ্গালি কানা ঙৈহাক্তং ঙাংনা চাক্লিঙৈগী মঙালদুদা হাঙলবা চাকখাওশিংদু মথন-মথন পায়শিন্নদুনা তুমথনশ্রে।

মথংগী নুমিৎ অমদনি।

অনৌবা পাম্বৈ অমগীদমক বা তান্নরি। " ইমাগা পোকমিন্নবা মাম্মনা পোকপা ইবাই অমা ক্লাক্তাদা লৈ। মহাকসু হোংখিবা কুইদ্রি। করিসু থোইনা পুখিদে। হামেং পুকচোনবী অমা, য়েন্নাও খরগদগী হেন্না। হৌজিক্তি লৌ পরী অমা ফাশ্রে নিনখিবা। ময়ূমসু মীতে য়ূমশাদা চাউরবা অমা শাখ্রে। ষন লাবা

পাবোৎ অমসু থাক্লি হায় । যুম্ফম অসি য়োনথোক্লল্লগা মহাক্কী মনাক্তা হোংলশিরা ? য়াম্না লুনবা ইবাইনি । মহাক্না ঐবু কৈদৌঙেদা ইম্বোক্লোই ।"

মপাম কোনুমাদা লৌ ঈশিংনা থুমজিন্দুনা মাঙখিবদু নিংশিংলকই নশিরা । হিংনবগী লম্বী অমত্তং থিবদা পুন্সিসে মকোক্তগী অমুক হন্না শেমগৎলুগনি খনবদা মহাক হৈনিংবা পোক্তে ।

অসুম্না খল্লিঙৈ নুমিদাংৱাইরম ওইশিল্লক্লে ।

বোঙ্কনা মনুংদা য়াওরিবা ঈশিং অদুনা মখোঙ অদু চামথোকখরে। চোৎলবা মখুৎ অদুনা মমায়দু নানথোক্লগা মকোক অদুদা অমুকসু নাম্বুরি । জোহরগী মতম য়ৌরক্লে । হমিদ নমাজগী ফিদাদা কাখৎখরে।

অল্লাহ হো অকবর, অল্লাহ ............ ।

অরাপ্পা মসজিৎতগী খোম্বাং য়ৈরক্লিবা নমাজগী খোঞ্জেলনা মখোয়গী থম্মোয়দা নিল্লরি। মপুদা দুৱা তৌরদুনা নমাজ হৌখরে ।

নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপদা চৎনবগীদমক হমিদনা লোইশিল্লিবদু কদায়দনো হায়বা নশিরা খঙদে । পূক্নীংদা খল্লি, ক্লাক্তাদা চৎকনি হায়বদুগী ওইরবজাৎলা ?

চৎকদৌবগী খোঙ থাংদোকপা হৌরকপদা হায়রকই -

" জাকিরদু মদ্রাশাদা চৎপা কাউগনি ...... ।"

ট্রাফিক পুলিসনা হুইশল শাংনা-শাংনা খোংলদুনা পায়রিবা লীচৈদুনা খাল্লিবা রিক্সাশিংদুদা শেৎ-শেৎ কন্দুনা তানথোরকপদুদা তুফক-তুফাই চন্না লেপ্পন্বশিং অদু চৎনবা হৌরকই। তৌফম খঙদনা থাংদোরক্লিবা হমিদকি খোঙ অদু য়ূমদা হন্নিংবা ফাওদ্রি ।

ৱাংনা-ৱাংনা শারিবা মতম অমদা মাবু তরাম্না কৌরকখিবা শহরগী কজুরবা য়ূমশিং অসিনা মহাকপু ইম্বোকপীরবগুম খল্লকই।

মহাক চৎখি মখোয়বু উশিন্নদবা শাদুনা । ☐

— লোইরবা —

" *Budhichandra Heisnamba's short* [illegible] *lives of the poor, the problem of* [illegible] *survive, relationship between* [illegible] *situation in which the protagonist flashes* [illegible] *events. That is the techniques what* [illegible] *his stories. Economy of word is* [illegible] *story Budhichandra could* [illegible] *his* [illegible] *Literature.*"

বুধিচন্দ্র হৈস্নাম্বা ময়াং-ইম্ফালগী মনুংচনবা কোন্নাখোংদা ১৯৭২, সেপ্তেম্বরগী ১১ দা পোকই । য়াইস্কুল অমদি কৈনাতোন দেবী অনীনা পোকচবা মচানীপা অহুমগী মনুংদা য়াইমনি । মণিপুর য়ুনিভরসিতিদা এম:এ: লোইশিল্লবা তুংদা বি: এদ: লোইশিন্দুনা ওঝাগী শিনফমদা থবক তৌরি । সহিত্যবু পামজরুবা নহা অমা ওইনা লমসিদা চঙশিল্লক্রি ।

'লীংজবা অমসুং অতিয়া' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক [illegible] কোঙখ্রে । মণিপুরী [illegible]



[illegible] মণি[illegible] লিট রেচর সোসাইটিগী অচওবা মেম্বর ওইরি ।